# সঁহন চৈখল



মাইবম নোংইন (প্রেমোজিৎ)



Regd No 833/89

কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপূনব মরুপ (কলম)

নিত্যাইনন্দ মসাইকোন, রিমস লম্বী, ইম্ফাল।

[illegible]

*(A collection of 16 Manipuri Short Stories)*

*By* **Maibam Nong-in (Premojit),** Tentha

Published by : **Maibam Manglem Singh** for
Kangleipak Loinasillon Apunba Marup (KLAM),
Imphal.



1st Edition . February, 2007

Cover designed by : **Maibam Premojit**

Cover art by : **M. Maningou**

**Price : Rs. 65/-**

**No. of copies : 1001**

Books available at : KLAM Office and other book stalls.

Printed at : **Ganesh Printing,** Paona **Bazar, Imphal**



জাদুমনি

# কৎচবা



তোনুসিং

পাবুং, পুপু নখোয়না চৎখ্রবসু
নখোয়না লীবিরম্বা ফুংগা রারী,
অর-তিতিগী খোঙ্গেল
অপুনবা খুন্নাই অমগী রাহৈশিংদুনা
নখোয়বু তৎতনা নীংশিংহল্লে
শেংলবা মকত্রবা পাবুং অমদি পুপুগী নফমদা
নগুগী লাইরিক ‘চৈখল’ অশিমতং কৎচরি
লাইরৈপাকতগী নগুগীদমক য়াইফরোল
পীনবীরকউ।

নখোয়গী নগু
মাইবম প্রেমোজিৎ

# ৱাহৈ খরদং

অঙাঙদি নীংথাদ খঙই হায়নৈ। য়াম্নমক নহা ওইরিব, তেন্থা লমদমগী লৈমায়দগী নৌন ঙাঙদম হুল্লকলিব অইবগী খুৎফোঙদোক, ৱাখল্লোন অমদি পান্দমগী মীৎয়েঙন সকতম অমা পুরদুন ২১শুবা চহীচাগী লোনসিল্লোন খোঙচৎকি পরেংলক্তু খোঙলোয় ওইরক্লিব লোনসিল্লোনলোইবু 'কলম'গী মাইকৈদগী তরাম্ন ওকচরি। ঈরোইব ঙম্নবগীদমক খোঙ-খুৎ কাওরকপগী খুৎকাওসিন তুংগী মওঙসু উব ফংলব অইবগী থম্মোয় পাউজেলসিংদ লৈবাক নীংব, ঈমাবু নুংশিব, মতমগী চৈনাখোলবু ঈংথন খাঙজব অমদি নুংনাঙজব পাউদমশিংবু য়ুম্ফম অমগীদমক তেমসীংনরক্লিব নহা অইবন, মপূ মাগী খুৎসেমগী ফম্বাক্তু থোক্লিব ৱারীশিংবু "চৈখল" কৌব লংহী লংসুংগি লংলান পরেং লেঙলকপ খুৎলেঙসি লোয়নসিল্লোনগি নীংথা অমদি সভমদ নাথৈরম্বদি ঙমগনি নীংজরুদে।

সীজীন্নরিব লোল-লিগী পরীংসিমদি ঈমারোলবু খজিক নাথৈনরুব মকুপশিংগী মফমদ ইহৈ-হৈনদব, ঈকোই-কোইব খরদি ফাওবিরবসু নুংসিরব ইরানয়াইদ নুংশিন হনমিন্নরকপনি খন্বীরগ কংলৈ পোকপীবু থৌগনমিন্নবদ খুৎসমমিন্ননব নোল্লুকচৈ।

"চৈখল'বু কংলৈ লোনসিল্লোন লৈকোলদ লৈসাৎ তমহন্নব হোৎনঙৈদ, কলমগী য়েলহৌথৌবুরেল ইহিলেন খা-ঙানবা, য়েলহৌ লুপলোই খোইরেন মোইরাংচা, লেনিন খুমনচা, অমদি থৌবুরেল কোকিল (রাকেস) লোয়নন গনেস প্রিন্টিং প্রেসকি ইচীন-ইনাওশিংন লৌবিখিবা থৌদাংশিংবু কলমন মসিগী লারোলদ ময়েক-লান ইদুন লৈহৌরগনি। অরোমদ অইববু থাগৎচরি। তুংলমচৎকি লম্বীদ হন্ন নাইদব থৌনাবু লোয়নসিল্লোন লাইয়েনবীন কুবিসনু হায়বসি থমজরগ তেনশিনজরি।

কৈল, সনাহোঙব মঙাঙ

চৈচৎ ০৩/০২/২০০৭ ইং,

(মোইরাং সাখাই)

যায়তোঙব 'কলম' ইম্ফাল।

# লোয়নসিল্লোনগী লাংদা থুরুরবা নহা অমা

অইবগী মমি তারুবা; ফোঙনিংবগী ব্রাখলনা মৈব্রাইখ্রবা মীশক। ব্রাখল হায়বসি চহিদা ঙাকসু লৈতবগুম তৌই। শেনগী মখাদসু লৈতবগুম তৌই। মী-মীদুগী হৌফম শাৎফমগী মখাসু য়াম্না পোনবনি। ইবদা হেনখিদুনা চহি তাঞ্জাগা ব্রাখলগা চানদবা কয়াসু থোক্কবা নত্তে। নহা ইনখৎলকপশিংসিদি অয়াম্বনা মমল য়াম্বা ফিরোল, গাড়ীমচা তোংবা; মোবাইলনচিংবা পায়দুনা অরং-অরাকতা তাউনৈ অদুবু নহা খরা থোরক্লীবসিদি মদু পূম্নমক মখোয়দা চঙদে। অনৌবা চেফোঙ, লাইরিক পানিংই, ব্রাখলদা ফাওরকপশিংদু ইথোকপা পামই। ইম্রবশিংদু ব্রানা হোৎনদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙনিংই। পাবিনবা লৈত্রবা লৈবীনবা মী লৈত্রবা লমদমসিদা লাইরিক ইনিংবা, ফোঙনিংবা য়াম্না থোক্লকইবসি করিদগীনো? ঙকত্রা?

ওইনিংবা ওইজরসনু খল্লুরবসু কল্লকপা, মীতনিংবা তাঞ্জা য়াওরকই থম্মোয়দা, নহা হায়বসিতবু নহানিদো তৌনিংবা থবক্তা অফ-ফত্তবা খন্থবা ঙমহৌদবা। অদুনা নহা ওইরিঙৈ মতমসি মমা মপা ওইরিবশিংনা চেকশিন্দবা য়াদে হায়রিবসি। ঐখোয়গী লোয়নসিল্লোন শুরুবা অইবশিংনা নহা অইবশিংবু হৈশিংনা লোয়নবিবা চঙই। খরা চেকশিনবা ব্রাৎপদা লমফৈ চৎখিদোইনি। অইবগী খোরজৈ মচিন থৌহনবা, মনীংতমহনবা অমদি য়ানশিন্দবা মচুনা চেনাদা থমহৌবা মথৌ তাই। শক্লোন কাইথরক্লবা অকোয়বশিং, মীকপ মীরাওখোল বন্দ, ব্লোকেদ, স্ত্রাইক্কী পোৎথোক ওইনা লৈতাদ্রবা ব্রাখল মরক্তা মাইবম প্রেমোজিৎতি ময়ামসিবু উরুরগা ব্রারীমচা চবুন অমা পুথোরকই লাইরিক ফোঙনবা। ফোঙনিংবগী ব্রা হৌদোরকই তোয়না তোয়না। মহাক্তি য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী ইবসি পামজরকই। শৈরেং-ব্রারেং, ব্রারীমচা চেফোঙদা য়াম্না থেংনখ্রে। রেদিওদসু পারকই, দ্রমা মচা কয়াসু ইরকই। ব্রাংজিংগী দ্রামা এসোসেসন অমগী অর্টিসসু ওইরকই। ইবা হৌরকখিবগী নোক্লীংবা ব্রারী অমদি লৈ। ইবগী ব্রাখল লৈত্রিঙৈদা কুম্মৈরোই (আর্টিস) ওইবা য়াম্না পামজরকই। দাইলোগ মতৌ তম্বা, ফজ-ফজবা দাইলোগশিং ইশিন্দুনা থম্বা, মদু মান্নবা ঙাঙবা তম্বা তৌরকপদগী অইবগী ব্রাখলসি লাকখিবনি। কলমগী অচঙবা থৌমি অমা ওইরি। মশাগী কাইথোকপা নংদ্রবা মতমসিদা কমদৌনা লাইরিক ইখিবনো হায়বসি অঙকপনি।

নহা অইবশিংবু পূক্লিং থৌগৎপা, খন্ন-নৈন্নদুনা তাথোক তাশিন তৌমিন্নবা অদুগা মদু মীয়ামদা ফোঙদোকপা হায়বসিনা কলমগীদি মঙ ওইজরিবনি। অইবশিং উনবগী থৌরম *অমিথৌ* (অনৌবা অইবা মীরোলশিং উন্নবগী থৌরম) ১১ রক তোঙান তোঙানবা লমশিংদা চৎতুনা পাঙথোকখ্রে, লাইরিক ১৬ পুথোকখ্রে, থা ২/২ গী ওইবা চেফোঙ লোয়নসিল্লোনগী ফাওনচে অমা পুথোকপা হৌরে, সোমানন্দা লোয়নসিল্লোন নীংশিং মনা পীবা হৌজখ্রে। মখল মথেল কয়াসু মীয়ামগা লোয়ননা পাঙথোকখ্রে। তাল্লকসিদা প্রেমোজিৎনা কলমগী ১৭ শুবা লাইরিকসি ফোঙনবা হায়রকপা হায়বসি খ্বাইদগী লাইবক ফবনি হায়না লৌদবা ঙমদে। তুংগী পুন্সীদা হেন্না ফবা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙমবা ওইরসনু।

ইম্ফাল<br>
০২/০২/০৭

ইহিলেন খা-ঙানব (ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম)<br>
অহানবা থৌবুরেল, কলম-ইম্ফাল।

# ৱাফম খরা

*"…. অইবশিং, থোইদোক্লা নৌরিবা অইবশিংগীনি কলম। নহারোলশিংগীদমক 'কলম' নি। মখল খুদিংমক্কী অইবশিংবু 'কলম'না কৌজরি। খুৎইশিং মাঙহনবিগনু কলমদা লেঙবিরকউ। ঐখোয় পুম্নপ চৎমিন্নসি। কলম দি অদোমগীদমকনি…"*

অশেংবনি 'কমল' মীয়ামগীদমক্কী। 'কলম' গী শেঙলবা ইরোলনুংদা ঐনা ইরোইজবা ফংজবদগী ঐনা লোয়নসিল্লোই অমা ওইবা ফংজবনি। তশেংনা ঐ শৈরেং, ৱারী মচা করিনো হায়বা খঙদে, অদুবু য়াম্না পিক্লীঙৈদগী ম্রামা লিল্লদা ঙাওজরকপা অমা ওইনা ফজ-ফজবা ডাইলোক ঙাংবা পান্নকই অমদি ঙাংলকই। মরম অদুনা ফজবা ডাইলোকশিং ঙাংনবগীদমক ঐগী অহাংবা চেবাংশিংদা হায়বা নুংঙাইবা, কপ্পা-নোকপা, অশাওবা-অফিংবা কয়াগী ডাইলোক ইশানা শেমজরগা ঙাংদুনা লাকখি। অসুম্না পিক্লীঙৈদগী ঐগী চেবাংদা শেমদুনা লাকখিবা ডাইলোকশিংদু ঐনা 'কলম' গী লুপলোইশিংগা লোযনদুনা অইবগী ইবোম্নুংদা ইরোইজবা হৌজরকপদগী ঐগী ডাইলোকশিংদু ঐনা শৈরেং অমদি ৱারীমচা ওইহনবা পাম্বগী ৱানি অমদি ওইহনবা খক্তনি।

পিক্লীঙৈদগী ডাইলোক ঙাংবনা অপাম্বা ওইদুনা লাকপদা ঈমা লৈবাক নীংবা অমদি নুংশি-নুংওনগী ডাইলোকনা হেন্না পান্নকই। অদুবু নুংশি-নুংওনগী মায়কৈদদি য়ৌনা চঙশিনবা ঙম্নকতে। অদুবু ঐগী পুন্সিদা ইহান হান্না শৈরেং ওইহনবা পাম্না ইখিবা অদুদি 'য়াইফবী' হায়বা রোমান্সকী শৈরেংদুনি। মসিগী মতুংদগীদি স্কুলগী মেগজিন অমদি মণিপুরী পাউচে কয়াদা হাপতুনা শরুক য়ারকই। মসিদগী *চিংনুংগী হরি* অমদি *কবি অঙাংহল* হায়বা খোমজিনবা শৈরেংগী লাইরিক অনিসিদসু শরুক য়ারকতুনা লোয়নসিল্লোনদা ইবোয়দুনা অসুম শান্নরকখি। মসিগী ইথিলসি লাকপদা অমুক্কা থৌনা হাপ্পীদুনা হেন্না ঙাকলৌ পীরকখিবদি থৌবালদগী ওজা রেবতি ফুরাইলাৎপমনি। ওজাবু পুন্সি চুপ্পা কাওজরোই।

পুন্সিগী ব্রারবা মীকুপ কয়াদা লোয়নসিল্লোনগী লাইরিক কয়া পাদুনা অমদি ইদুনা পুন্সিবু নুংঙাইবা মঙলান অমদা লেনজদুনা লাকপনা করম্বা মতমদা ঐগী লাইরিক অমতং পুথোকতুনা লোয়নসিল্লোই অমা ওইবা ঙমগদগে ইথম্বা হংদুনতা লাকখিবা ব্রাহংনি। অদুবু হৌজিক মদুগী পাউখুম ফংলে। ঐবু নুংশিবীবা মরুপ-মপাং, ওজাশিং অমদি ঐগী বাবচৌ (এম. মংলেম) ঐনদি তাতোন মীংগৌজবা ঈপা অসিনা ইবা লেপকনু ইয়ু নঙগীদমক ঈপাখোয় লৈরি হায়দুনা পামবোম তিংবীরকপদগী ২০০৬ কী ময়ায় ওইরকপদগী পূক্লীং লুপশিন্না ইরকপা খরগা হান্নগী অমা-অনিগা খোমগৎতুনা ঐগী ব্রারীমচা ১৬ না শেমজবা লাইরিক 'চৈখল' অসি পুথোকচরী অমদি মীয়ামদা শীন্নজরি।

লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা বনান অমদি লোনয়ান (কংলৈ লোন) গী অব্রাবা কোহনখিবা অমদি লাইরিক অসিগী অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবা ওজা সনাহোংবা মঙাঙবু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। ওজাগী শিংঙন্নরোইদবা লমন অমা তোনশিনজরে। লাইরিক অসি নম্বাদগীনা লোইবা ফাওবদা শেনগী অমদি পাঙ্গলগী মতেং পাংবীরকপা মরুপশিং অমদি ওজাশিংবু থাগৎচবগা লোয়ননা থৌদাং য়াম্না চাউনা লৌবীরীবা ঈয়াম্বা অনি ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম অমদি রাকেস নাওরেম অনিবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অদুগা লাইরিক অসিনা খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পামীন্নবগী খুদোংচাবা ফংহনখিবা ওজা এস. প্রিওর্বতাগী তৌবীমল পুন্সিগী কাউজরোই। তেল্লবা মতম খরগী মনুংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা অহিং নুংথিল খঙদনা হোৎনবীরকপা গনেস প্রেসকী ঈচিল-ঈনাওশিং অমদি মখূম য়েকপীনবা হায়জরুবদা হরাও-হরাও থব্রায় হকচাং য়াওনা য়েকপীরকপা ইয়াম্বা এম মনিঙৌ লম্ফেলবুসু থাগৎচবা ফোংদোকচরি। ঙসিদি ঐগী ব্রারীমচাগী লাইরিক *চৈখল* মীয়ামদা শিন্নজরে। অশোয়বা, অব্রাৎপা খুদিংমকতি পাবিরীবা নুংশিজরবা মীয়ামদগী ফিগাউ শানা নিজরী।

মাইবম নোংইন
(প্রেমোজিৎ)
তেন্থা।

# রারী মচাগী য়াওফম

# নানথোকপা

নুমিদাং ব্রাইরম্নী, খূনগী চর্চতা লাইশোন ঈশৈ শক্লী। পীক্লিবা মচাগা মপূরোইবা নোঙদ্রেন হল্লকপা ঙাইরম্বদগী য়ূমদা চঙলকতুনা মাঙ্গোলদা থেংলিবা মখোয় অনি পূম্না নম্মীম্নবা মমি শক্তম অদুদা য়েংলগা মরোল থোক্লিবা মচাদা লক্কদুনা নিংঙাই তৌবা থেম্নী। কুমগী নোংজুদা তাখিবা লেম্না মশীং খঙদনা হোহল্লবা য়ূমথক্তগী থাবলনা ফাওজিল্লকতুনা মমা মচাগী কৃম্নে য়েংলি। থোঙ্গালদা লোক শিথ-শিথ খূদুনা চঙলকলিবসি নোঙদ্রেননি। ব্রোরথিংলা ঙৈহাক নীংশা হোনবা কাউবা মখে মপূরোইবগীদমক ব্রাজে। মপূরোইববু পোংথাহম্নবা হোৎনজরি। লৈতবনা হেনমনখিবনা লেপতনা থবক শুবা চংচরবসু মী মান্দ্রবা মপূরোইবগী হকচাংদু থম্মোয় শোক্না য়েংলদুনা "লোক খূরকপসু কুইরে লায়েংসঙদা অমুক্তা য়েংথোকলুবা য়াবনি।"

নোঙদ্রেন লোক খূবা লোইরকপগী নীংশা চাউনা-চাউনা হোল্লী। চনিঙ-চমাঙ শম্নদ্রবা মহাক্না করিসু তৌদবা শাদুনা ব্রোরথিংলাবু থেমজিল্লী। "করিসু তৌরোইদা মরাইনা ফজখিনি।" মখা তাদনা ঙৈহাক লৈরম্লগা ফুরিৎ খাউদগী লুপা চাম্মা য়াঙ্খে খক পুথোকতুনা ব্রোরথিংলাদা পী। লুপা চনি-চহুমদং শুরবদি খনবনি, হয়েংদি শেনদোই লৌবা চঙলক্লনি। নহানমুক্কী থাগীসু শেনদোই পীদ্রিবনি মখোয় অনিমক ব্রা মচেৎ অমফাওবা ঙাঙনদনা তুমীম্ন লৈরি। নোঙদ্রেনদু ব্রোরথিংলা-দা মুম্না য়েংলদুনা শোস্থাঙননা হায়রকই;

"ব্রোরথিংলা ঐ রিক্সো থৌবা অসিনদি য়াররোই অদুনা তাচাউবগী মতুং ইন্দুনা উ খায়বা চংলগে।"

"কদায়দা চংকদ্রা?" অঙকপনা থল্লবা ব্রোরথিংলাগী হকচাংদু নোঙদ্রেনদা তপ্না ঙাথরদুনা হংলকই।

"নাগালেন্দদা।" নোঙদ্রেন নাকলদা তূম্নীবা মচাবু চেজেৎ কোল্লদুনা তূমথগ্রে। ব্রোরথিংলাদি খূয়াদা ফম্নদুনা মায়কৈ লৈত্রবা ব্রাখলগী ঈপাক অমদা পুন্সি খোঙচৎ অমগীদমক লম্বী থিরি।

*চৈখুল*

খুনগী শেনদোই চাবা মাম্মা নিংথেমগী লৌদু নোঙদ্রেননা তঙখায় চাবীদা উবনি। মমাঙ লৌরোক্কী কারকপা ফৌদু তাইথোকতুনা মাম্মাগী শেনদোইদু পীথোকলুরে। নোঙদ্রেন তাচাউবগী মতুং ইল্লগে লেপ্লে। চৎলমদাইদা ব্রোরথিংলাদা মাম্মা নিংথেমগী থবক ইনখাং অশং-অশংবা মতমদা য়াওবীয়ু হায়দুনা শিন্নরন্নগা চৎখ্রে। ব্রোরথিংলাসু শুবা নোম্বা তনদবী মরমওকপী নুপীনি।

লাইবক্লা শুন-শুনা ফৌকৈ-লনগৈ মরাং কাইদবগী ব্রানি। মাগী থবক ইনখাং লোইরগা হেক-হেক মাম্মা নিংথেমগী ইমুংগী, ইঙখোলগী থবক ইনখাঙদা মতেং পাংবা চৎলী। থবক অমা লৈবগা ফর্মদা ওইরবসু চৎতুনা পোৎ-চৈ থাবা য়াওবা, হাপু খুনবা ঈশিং চাইবা তৌদুনা মতেং পাংই। থা অমা ফাজিল্লকলে নোঙদ্রেননা উ খায়বা চৎখিবদু। লৈকায়গী অহল মাম্মা নিংথেমদু নোঙদ্রেনগী য়ুমদা শেনদোই খোম্বা লাক্লমলে। ব্রোরথিংলা তৌফম খঙলক্তে বাজবনসু লোইরে। কুচ কুমেন ইমক মকশিল্লী। অঙাংনগা খোমজিঙবনে ফর্মগী ঈশিং চাইবা, চুরি চিংখৎপা ফনা ব্রাজৈ। মানা খল্লুবদি হন্দক্কী মাম্মা নিংথেমগী থবক ইনখাংদা মতেংসু পাংলে নুতিগীসু ইংখোলগী ঈশিং চাইবা য়াওবিরি অদুনদি হন্দক থাগীদি শেনদোই হায়রক্লরোই খল্লম্বনি। অদুবু ঙরাংদু নুমীৎ মরি-মঙানি চোন্থরক্লে হায়দুনা ব্রোরথিংলাদা শাউরম্মী।

ঙসিদি ব্রোরথিংলা মশা ইনুং নুংঙাইতে হন্দক্কী থবক খরা ব্রাখ্রে। নুমিদাংব্রাইরম অদুদগী মশাদু লায়হৌ য়াওশিল্লকই। ফমুংদগী হৌগৎ-কাঙখৎপা ব্রানা থোকই। মচাদুসু থেম্বা য়াদনা কপ্লী। ইমুংগী থাউমৈদুসু চুখৎতবনিনা ইমম মন্নী। মাম্মা নিংথেমদু চঙলকই। "হাই কৈদৌরে! মৈগা চুখৎতনা লৈরিদি? করিনোনে নঙবু অঙাংগদু অদুক কন্না কপহল্লীদুবো?"

"হকচাংসি ঙমদবা অদুদা অঙাংসু পংকপ্তা কপপনীনে।" "এহ! অদুদি ইম্ফাল কাদনা য়েংথোকলুনিনা। নোঙদ্রেনদুসু শেনগকা অমতা থারকত্রা? কনাগা চৎমীন্নখিবা হায়বদু হংলগা কৌথোক্লোদনা। অদুগনে মাম্মা ব্রা হায়গে, নখোয়না তংখায় চাবী উরিবা লৌসি মাম্মা হন্দক্কী শৎলগে। শেনদোইসু ফনা কুইরে চোন্থরকপা ফরে ঙসি নোংমা

নিনিদি নোঙদ্রেন হল্লকপা ঙাইরগে, মদুদগী চোম্থরবদি মাম্মাবু ফত্তে হায়গনুকো।”

অব্রাবা অমগী মথক্তা অব্রাবা অমা। শেনদোই চাং নাইনা হুন্দবসিদ মাম্মসি শাওরদুনা লৌ শৎলগে হায়রকপনি হায়বসি খঙলদুনা ঙসি নোংমা নিনি অসিদা শেনদোইদু পীথোকতুনা লৌ শৎপীগনু হায়জগে খল্লী। অহিংসিসু থেঙলে, মীচিক মীরাওখোল ভারকত্রে মতমদুদা নক্লা খুন্দারিবা মপামগী চর্চতগী পূং ১০ তাবগী খোঞ্জেলদু মনা থাংগৎতুনা তাই। ব্রোরথিংলা মমীৎ কক্ল অমা ওইশিনবা ঙমদে। নুংঙাইবা শরুক তম্বীরমদ্রবা মহাক্কী পুন্সিগীদমক লায়বক্তা অমুক তাইনা লাইদা অমুক তাইনা ব্রাখল মওন-মওন খল্লি। হয়েং নোংঙাল্লগদি খূন লোন্নরিবা মপামদা চৎতুনা শেল হংলুগে খল্লি অদুবু মনম্মগী মতৌ অদুদা অমুকসু হৈনরক্তে।

থোঙদু কোক-কোক থীল্লকই। থোঙগী পোনা হাংদোকপগী চিনফা ফারবা মখূৎতু মপান্দগী থিনজিনলক্কুদা অকিবনা ঙাওরবা বারথিংলা ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙদনা থিনজিনলকপদুদা খূৎতুদা মুন্না য়েংলম্মী। নোংদ্রেনগী মশক্ক উবদা ঙক্লা হংল্লকই। “শুক থেঙলবা মতমসিদা করিকী লাকপ্রা?” নোঙদ্রেন মাগী নুপী ব্রোরথিংলানা হংলিবদু খুমদনা তপনা চঙশিন্দুনা ফিভম শোক্লবা ব্রোরথিংলাগী লাইবক্তা চুপ্পীরি। অদুগা লোনথোক্তবা অমগুম চিংননা য়েংদুনা মীৎকী পিসূ লেপ্পা লৈতনা সীন্থরি।

ইঙক ঙক্লা, “নহাক করি তৌপ্রা? নহাকপু যিশুনা চানবীদব্রা?”

নোঙদ্রেন ফূক হৌগৎলি উপূ মনুংদা থল্লিবা ‘বাইবল’দু লৌথোকলুরগা পেন্দবা অমগা লোয়ননা শুরু শুরু নৈথৎলি।

‘অই! করি তৌপ্রা, নঙ বাইবলবু সাউনিংপ্রা?” “শাউনিংই, মসি, মসি ওইদবনি। ব্রোরথিংলা ঐ ঙসি নাগালেন্দ কৈশুমসঙদগী থাদোরকপনি।” ব্রোরথিংলা মশা পূম্বা তূ চুংই। মপূম্নোইববু চেজেৎ কোল্লদুনা ব্রারী পূম্বা .....।

“ঐখোয় নাগালেন্দদা মতম চাদনা থুংলুই। মতম অদুদা

নাগালেন্দগী পুলিস খরা য়ু ঙাওদুনা লম্বীগী মতাইদা লৈরম্মী। মখোয়না ঐখোয়বু কুমথহল্লগা ফাজিন্দুনা থম্মী। মতম অদুদা ঐখোয় চে চাংসু য়াওদে। মরম অদুনা ঐখোয়বু মখোয়গী কেম্পতা পুশিন্দুনা অহিং অদুমা থম্মী। নোং ঙানবগা খরা চাউবা নাগা পুলিস অমা ঐখোয় তম্না চঙলকই। অদুগা মানা কদায় মণিপুরদগী মীতৈ মচাশিংদুদি লোয়না কাপথৎকে হায়দুনা নোংমৈ শৎলকই। মদুদগী ঐনা ঐগী ব্রারী পুম্বা লীখি। নঙনা তৎতনা ইফমদা পাদুনা তাহনখিবা বাইবলগী লমাইশিংদা য়াওবা যিশুগী ব্রারীশিং, যিশুগী অপাম্বশিং লোম্বা নাইদবা পাউতাকশিং পুম্বা ঐনা লৎতনা হায়খি অসুম্না ঐবু করিসু তৌরকখিদে।"

"অদুগা করিকিরা নঙনা বাইবলবু শেগাইরিবদি?"

হন্দক্তী নোঙদ্রেনদু অশাওবনা মশাদু থক-থক নিকলকই। লমাইদা তারিবা বাইবলদু লৌখৎতুনা চাগদবগুম য়েংলদুনা মখূৎতু থক-থক নিক্লা ব্রাকৎলকই, অদুগীনিনে ঐনা বাইবলবু শেগাইরিবসে। ঐনা তাঙখুল নিঙোল নহাক্লা লুহোংলমদ্রবদি ঐ অদুম শিরম্বা তাব্রা? মদুবু যিশুগী অপাম্বরা? যিশুনা হায়রম্বরা খৃষ্টানশিংবু কনগদবনি অদুগা খৃষ্টান নৎতববুদি হাৎকদবনি। য়েংউনে ব্রোরথিংলা ঐ নীংশিংলিনে নঙ ঐগী ইচা মৈরা পোকত্রিঙৈগী অদুঙৈগী থাবলগী অহিংদুদা মসিগী বাইবলসি নত্রা নহাক্লা চেনা খরা ফাকতোক্লগা পারকখিবদু।

মপূ ইবুংঙোগী মচাশিং নুংশিবা তম্মু। ঙাকপীবনা মপূ মাবু ফংনবগী অতোপ্পা লম্বী অমা ওই। যিশুবু থাজবশিংদি ফুরূপ খুদিং নুংশিবা ঙমগনি মদু নত্রবদি মহাকপু লাইরমলেন য়ৌবা ঙমদনা অমমনুংদা চৎকনি। অমুকসু নহাক্লা লমাই তরাদা ফাকতোকতুনা পারকখি, মপূ ইবুংঙোগী মচাশিং অমুকসু নখোয়দা হায়রি নখোয়না লাইরমলেন্দা লৈবা নখোয়গী মপাগী মচাশিং ওইরক্লবা নখোয়গী য়েক্লবশিংবু নুংশিয়ু অমসুং নখোয়বু ওৎ নৈবশিংগীদমক হায়জবীয়ু। মরমদি ইবুংঙো মহাক্লা ফত্তবা অমসুং অফবশিংগী মরক্তা ইবুংঙো মহাক্কী নুমীৎ থোকহল্লী অদুগা লাইনীং খঙবা অমসুং খঙদবশিংগী মথক্তা নোং চুহল্লী। মরমদি নখোয়বু নুংশিবশিংবু নখোয়না নুংশিরবদি মখোয়গী করি মানা লৈবগে? অমসুং নখোয়না নখোয়গী নচীন-ননাওশিংদতা খুরুম্নবদি অতৈশিংদগী নখোয়না

করি হেন্না তৌবগে?

য়েংউ কয়াদা ফজখ্রবা ব্রাহৈশিংনো। অদুবু নাগা পুলিস অদুগী থৌওং অদু লাইরমলেন্দা লৈবা যিশুনা পেল্লমগদ্রা মহাক্কী অপাম্বদুবু মসিরা?

নোঙদ্রেন ঙসাই অয়ুক মাম্মা নিংথেমগীদা শেনদোই পীবা চৎখিবদু হৌজিক ফাওবা হল্লকত্রি। ব্রোরথিংলা থোঙ্গাল থোক্কুনা মঙক থাংগৎতুনা মপুরোইবা হল্লকপা ঙাইরি। নুমীৎ তারমদাইদু ফাওবা হনজিনলকতবদুদা ব্রোরথিংলাদু নুংশা থীরে। থেঙজিনলকপগীদুদা নোঙদ্রেন হল্লকতুনা হোয় মাই হায়দনা ফিরোল য়োমশিনলি। অহিংসে ফনা থেঙজিনলকলে। নোঙদ্রেন ফিরোল য়োমসিনবা লেপতে।

"করিনো মসিতি করি তৌনপ্রা"?

"ঈচা মৈরা-গা ঐখোয় অহুম ঙসিগী অহিংসিদা চৎহৌরসি"।

"কদায়দা"? (ব্রোরথিংলাদু তশেংনা ঙকই।)

"খঙদে কদায়দনো হায়বা। মীনাই ওইনা য়াম্না তোনথনা হিংলকপা পুন্সিসে ব্রারে। ইনাক খুনবশিংসি মিনুংশি লৈতে। মখোয়গী মনাক্তা লৈরবদি ইবানিগী পুন্সি লৈখা তাবদা নত্তনা ঈচা অসিগী পুন্সিসিসু লৈখা তাহৌরনি। মীওইবা নহাকসি অঙকপনি! মীকূপ অমগী অশোয়বা অমনা মমাঙগী থৌদোক পুম্নমক কাওথোকপা। ব্রোরথিংলা ঐখোয় অসিগুম্বা মিনুংশি লৈত্রবা মফম অসিদা মীখা তানা য়াম্না তোনথনা হিংগদবগী শরুকপুদি ইম্ফালদা রিক্সো থৌব্রা, চেক শাব্রা করিনোমা তৌদুনা হিংলুরসি।"

"মাম্মনদি চৎলো হায়ব্রা?"

"হায়দে। ব্রোরথিংলা মপূনা চান্নবনি হায়দুনা পাঙ্গলসু তেক্লা মখোয়গী মতেংসু পাংবা, অদুগা মখোয়নদি মখোয়গী শেনবুনা শেন ওইনা উবা, অদুগা ঐখোয়গী পাঙ্গলবুনা করিসু ওইদনা উবা মখোয়শিংসিগী মরক্তা ঐখোয় কুইনা হিংবা ঙমলোই। ব্রোরথিংলা ঐখোয় থৌনা খরদি য়াওরসি। ঐখোয়সে পাঙমনদ্রে, য়াম্না তোনথমল্লীনে। অসিগুম্রবা মীনুংশি লৈত্রবা মখোয়গী মখুৎতগী ঐখোয় ঙসিগী অহিংসিদা নানথোকহৌরসি লাকও।"

# লাইনীংলোনগী মীংদ

স্নাতোম্বী থোকলকও লাকও ঐ লাকএ। চাউবা অথেঙবা অহিংদা স্নাতোম্বীগী ফমুং মপাদা পাল্লিবা থোঙনাও মপাদা লেপ্লদুনা মহৌশাগুম তপ্লা কৌরকপনী। স্নাতোম্বীদু তারমালে, মনিংথোঙদু মথোল থোকহন্দনা তপ্লা হাংদোরকই। নীংশা ফাওবা তপ্লা হোনদুনা মথোঙদু চাউকান কান্দুনা মৈফুদু পায়দুনা থোরকই। লাইওইরবা হৈনৌ পাম্বী মথোঙ তম্লা চঙলকতুনা চাউবগী মনাক্তা ফমথরে। চাউবদু মমাঙগী অহিংশিং অদুগী ওন্ন-তৈনবদা ব্রা ইঙাঙ ঙাঙলকতে। মাগীদু স্নাতোম্বীদা শাওরিবা মাল্লে।

"কোক থোক্লকপা য়াদ্রো, তারদুমক্তদা। ঐদি থোকলক্লরোইদ্রা খল্লুরবনি"।

স্নাতোম্বীদু নৌথরকই। "কৈদৌবগী ঐদি থোক্লকওইদৌরিবা? ঐবু নঙনা হায়বা ইন্দবীরো? নঙ ইংলম্লনিদনা ফুংগাদা তপ্লা চঙদুনা মৈতাল হাপলকপদা কুইখিবগী ব্রানি।"

"হোয়দা হোয়দা ঐনা নতৌ য়েংবনি। স্নাতোম্বীনা চাউববুদি কাওদ্রিদনা?"

"ঐদি কৈদৌবগী কাওদৌরিবা? নঙনা নুংতিগী কৌথোরকপদা থোকলকইশিংদু নঙবু নুংশিদবগীরো? নঙতনবু ঐবু নুংশিদবগী ব্রানি। ঐদি নহান্না ঐবু ননাক্তা পুবিরো হায়বনি মদুদা নঙনা হনুরবা মতমদা ঐ থাকপা ঙমলোইনা য়াবিদবগী ব্রানি।"

চাউবদু মায়থোঙদা লুশিনবা ব্রাখলগী মমি অমা তারকই। "নঙসু খনদুনা য়েংউনে নঙবু হৌজিকপু হনুবা ঐনা করম্না থাকতৌইনো?"

"ঐবু নঙোন্দা থাকপীয়ু হায়ব্রো? চারবসু চাদ্রবসু নঙ ঐ হিংমিন্নসি হায়বনি। নঙ নবৃক য়াম্না ফত্তে। ঐগী অব্রাবসি নঙদি করিমত্তা খঙদবা মাল্লী।"

*চৈখল*

স্নাতোম্বীদু কপথোরকই। থেঙলবা কনাগী খোঞ্জেল তাখিদ্রবা অহিংদা লাইওইরবা মাইমম ইঙখোলসিগী হৈনৌ পাম্বী মখোঙসিদনী মখোয় অনিগী নুংশি কুঞ্জে শান্নরিবসি। অহল ওইরবা ওইরবী অনিসিগী নৌথরকপা চহিনা লুন্নবা নুংশিরবা মখোয় অনিগী ব্রারীসি তারিবা অমদি উরিবদি অতিয়াদা থোক্লিবা থাজ খক্তনি। উথ্রবদি ইকায়খিনি মতাঙম ব্রাপল মরুমদা কিরুপ-কিরুপ লোৎতুনা থাবলনা মখোয় অনিগী মতৌ পূম্বা য়েংলি। মাঙ্গোলদা থেৎলিবা ফকলাং ঘরীদগী নোং ঙাল্লমদাই পূং অমা তাখিবগী ডোং-ডোং হায়বা মখোলদু খিঙলকখ্রে। মৈশা য়াওশিল্লক্রবা মৈফুদুগী অশিবা মৈতালশিংদু হৈদোকলম্লগা মখোয় অনি চঙখ্রে। অদুবু থাবল অদুদি মতোমতা অতিয়াদা মোমোন নোক্না মচাশিংবু অশোয় অঙামদগী কনজনবা ঙাক শেলহৌরি।

ঙসিদি ফাইরেনগী তরানিথোইনি পানবা ইরাই নুমীৎনি। ঙসিগী নুমীৎ অসি স্নাতোম্বীসু খঙই অদুগা চাউবসু খঙই। ঙসিগী নুমীৎ অসিদদি মখোয় অনিগী ব্রাখল চপ মান্নরমগনি। চাউবা লাইরিকসঙদা চঙদুনা কাওবা য়াররোইদবা পুন্সিগী থৌদোক কয়াগী ব্রারীশিং নীংশিং-নীংশিং মমীৎতগী মপি সীন্থ্রি। স্নাতোম্বীসু মাগী লাইরিক কাদা চঙলগা মমি শক্তমশিংদু য়েংদুনা হৌখ্রবা থৌদোকশিং নীংশিংলি। থংননা লৈরিবা স্নাতোম্বীগী ইমুংদা মমৌ অতোনবীনা ঈশৌ লাংলিবদু চাউবা মনা থাংগৎতুনা তাই, "কনানা পুবা থাংবা ঙমজদ্রে। শোল্লে শুবা ঙমদ্রেনবু নোংঙানবদগী নুমীৎতাবা ফাওবা লাইরিক কাদা কৈদৌরিবনো খঙদে। ঐদনা ইমুং অসিগী থবক পূম্নমক তৌগদবনি হায়রবদি কনানা ঙম্লেগে। মশানদি খঙদ্রবনিনা খোনজাউ থাদুনা ঙাঙলুরে মদুদগী কপখ্রনি মসি ওইরগনা য়ুথকপী, জ্বার সান্নবী নুপী অসিগী মমাঙদা ঐবুসু ফৎতবা তাহনবা। নুংশিখিদ্রেদা অহনমক্কী শকতানে লৈমীন্নরিবা য়ুথকপীগী মতৌমক্লে। মসিগী নুপা অসিনা কদায়দনো হোংখ্রসি হায়বসু য়াদে।"

চাউবদু মঙোন্দা নত্রবসু তাদুনা লৈবা ঙম্রক্লে। লাইরিক কাদগী মপান থোকলকই। স্নাতোরম্বীগী মমৌনুপীগী তাবদা ব্রারবা ব্রাহৈশিংদুদি ময়েক শেংবা হেনজিনলকই। মনীংদা ফিশুরীবা মাগী মমৌ অহনগী মখোল অমুক তারকই।

“ব্রাদৌরিদা খাইনি চাবীগা য়ূমলোম্নবসে। ইঞ্জিনিয়ারগী নুপীনীকা পোঙজরি মাল্লেনে। য়েংনিঙদবনা মীৎ নারে, মসি পুন্নমকসে নোংঙানবদগী নুমীৎ তাব ফাওবা থবক মনা অমাফাওবা শুদনা হিদাকফু চিংদুনা লৈবা হনুবা অমা লৈরিয়ে, মসি লৈবদগী তোম্বীন্না হায়বী ঐসে করিসু লৈত্রবা লৈমা হায়বা অঙাং অসিনা উৎশিৎত্রিবনিনে। মসিগী হনুবসিদা শিগ্রগা ঐ ব্রাই শংগদবনি।”

চাউবদু হন্দক্তি মপি ঈরা চেল্লকই। অশাওবনা মঙৈ থক-থক নিক্লা স্নাতোম্বীদু শাউনা চেনথোরকই। অদুবু খোঙ খুৎ পুনশিনবীরবা ‘বলি’ তৌগদৌরবা হামেঙ অমগুম চাউবনা স্নাতোম্বীদা লোম্না য়েংলদুনা মান্নরুনু হায়দুনা মঙক হাইরি। করিগুম্বা স্নাতোম্বীবু মনীংতম্মা থাদোকখিবদা লৈকায় কূম্মৈ ওইরনি হায়বসি চাউবদি খঙই।

নুমিদাংদু পূং তরামুক তাখ্রে। চাউবা ফমুংদা হিপচৈ হায়বগী ব্রানি তুমদ্রি মচাশিং-মমৌশিং তূমখিবা ঙাইরি। স্নাতোম্বীসু অশোমদা মনা থাংগৎতনা চাউবনা কৌরকপা ঙাইরি। চাউবদু মচাশিং মমৌশিং তূমখ্রবদা তপ্না থোক্লকতুনা স্নাতোম্বীবু কৌথোক্লে। স্নাতোম্বী মহৌশাগুম মৈফুদু পুদুনা থোকলকই।

“স্নাতোম্বী ঙসিগী ফাইরেনগী তরানীথোইনি পানবা ইরাই নুমীৎনি নঙ কাউরব্রা?”

“কাউদে।”

“নঙ কৈদৌরে কপ্লীদি? মদুগীদমকপু কপ্পা হৌনব্রা? মসিদি নঙ ঐগী লাইবক্তা তন্নন্নবনিনে। নহানমুক্কী মপোক্তা নঙ ঐনা লঙজরুবা মহয় অদুনা ঙসিদি চৈনাখোলসে ফংলিবনি। কদায় পীরকলো ঐঙোন্দা” ঙসিদি নুংশিরবা ঈচা য়াইমগী থব্রায় য়াওদ্রবা লাইবক্কী শরুদু। কুইরে ঈচাগা শাগোননরক্তবা নুংশিখ্রবা ঈচানি অদুবু নঙ-ঐনা চীংমী নীঙোল পুরকএ হায়দুনা মাবু ঈনথোকলুবনা ঐখোয়বু ব্রারৌখ্রেদনা।

“য়ারে তোকপীরো তাবগী থৌনা লৈরক্লে।”

ঙসিগী অহিংসি পিরাংগী অহিং ওইখ্রে। মখোয় অনিগী পেন্দবা পূম্বা ইঙা-নোংজুগুম লাইওইরবা হৈনৌ মখোঙ অসিদা মখোয় অনিনা পাউদন্নী অমনা অমদা।

"স্নাতোম্বী ঙসিগী নুমীৎ অসি নত্রা ঈচা অনিনা লাইনীংলোনগী মীংদা নঙ-ঐবু তোঙান-তোঙান য়োক্লখিবদু। নুমীৎতু নঙ য়াম্না কপখি ঐসু থম্মোয় শোকখি। থম্মোয় অনি খাইনবগী অব্রাবা খাঙুঙমদবা মৈচাক মরক্তা মঙলান কয়াগা লোয়ননা শেমগৎচরকপা ইচা অহুমগী মরক্তা হিংহৌবা ঈচা অনিনা ঈমৌ অমমমগা নাকল নাকল লেপ্লদুনা ঐখোয় অনিবু খাইদোক্লখিবদু।"

স্নাতোম্বীদু মপি নৌথরকই। থম্মোয়দু পুবা ঙমলক্তে। নুমীৎতুগী শেৎন-খাইনবগী অব্রাবদু থম্মোয় শোক্লা তমথোকচবা নত্তুনা পাম্বে অমা লৈতে।

"ঈচা অনিনা মমীৎ-মমীৎতা ঈ কাবমখৈ ইমুং অমমমদা তোঙান-তোঙান পুননখি। থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমা উদবদা লৈঙমদবা থম্মোয় অনি শেৎতুনা পুখি। নঙ ঐগী শিবগী মথৌ মঙমগী ফাওবা ব্রা লোইনখি। নঙনা ঈচা অহনগা লৈহৌখি অদুগা ঐনা ঈচা অতোম্বাগা চৎখি। অহিং অদু ঐ য়াম্না কপখি অদুগা নঙসু য়াম্না কপখি। অহিংদু ঐ শুকতূম তূমখিদে। ঐসু অহিংদু মপাল থোকলকখি অদুগা নঙসু মপান থোক্লকখি। মতম অদুদা ঈচাশিং ঈমৌশিংদি ইশি শিনা ফমুংদা তূন্নী। মতম অদুদা নঙ ঐনা অতিয়াদা থোক্লীবা থাজ মঙোন্দা পেন্দবা পূম্বা ব্রাকৎখি। নুমীৎ অদুদা থম্মোয় অনি খায়নবগী অব্রাবা অদুগী মৈচাকতি লেম্না খক মাঙলোই।"

"ঈচাশিংদা অদুম্না হায়গদবা নত্তেনে।"

"করিগী হায়রোইদৌরিবনো? মখোয়বু চাউনবা য়োকলকপদা কয়াম ব্রাখি। অয়ূক চারগা নুমিদাং চরা হেল্লক্লগা মখোয়বু চাউনবা য়োকলকখিবা নত্রা?"

অতিয়াদা ইতপ-তপ্না মচা অনিগী কৃম্মে য়েংজরম্বা থাজ মহাকসু

হন্দক্তী থম্মোয় পুবা ঙন্নকত্রব্রা করিনো খোঙজেল য়াঙনা পাইখিদুনা অহিংদু অথেঙবা অহিং ওইখ্রে।

চাউবা ঙসিদি বৃন্দাবন্দা মচাগী লাইবক্কি শরুদু পুরদুনা চৎখ্রে। হন্দক চৎলিবা খোঙচৎ অসিনা মাগীদি মণিপুরগী অরোইবা কায়নবনি। মহাক্কী অরোইবা পুন্সি ফাওবা বৃন্দাবন্দা লেন্নবগীদমক অরোইবা খোঙচৎ অসি চৎপনি হায়বসি স্নাতোম্বীদা খঙহনলমদে। মচাশিংনা মপাগী অপাম্বা অনীংবা পূম্বা খঙবনা লাম্ন-থৌরমগী শেল তিংদনবা হায়দুনা থাদোকখ্রবনি। স্নাতোম্বীবু অরোইবা ওইনা অথেঙবা অহিংদুদা য়েংলম্নগা, "কপকনু ঈচাশিংবু নাউকোল্লকউ" হায়দুনা মথম্মোয়দা লোম্না পিরাং সীন্থদুনা থেমজিল্লম্বনি।

অহিং কয়া হৌখ্রে। অথেঙবা অহিংসিদা চাউবা য়াওদ্রবসু স্নাতোম্বীগী ৱারীদি লোইদ্রি। অহিংসিদা স্নাতোম্বী তেংথানা কপলীবা অসিবু মচাশিং অসিনা নাউসুম ঈশৈ ওইনা তারিদ্রা চেক-মোক লাউদনা তূন্নী। ঙসিগী অহিংসে স্নাতোম্বী তূম্বা য়াদনা ওল্লাং ওনশাওনা তূম্বা থেন্নী। হেন্না হেন্না খনজিল্লুবদুদা হন্দক্তী কপথোরক্লে, "হে থাবল! হে থা! থৱানমিচাক, মহাক চৎখ্রে ঐবুনা ইতোমতা থম্বীরম্নে। ইবুংঙো করিগীনো নঙনা ননাইবু ইতোমতা হুনদোকপীরম্নীসিবু...? নঙদি নবুক য়াম্না ফত্তে। নহাক্লা ঐবুদি হুনদোক্লুনা চৎখ্রগা ননাইবুনা ঈচাশিংগী লাইনীংলোন মান্নদবগী মীংদ কৎলকপা হূগী হৈকৎ-লৈকৎ চারকখো হায়না থম্নমলিসিবু করিগীনো?"

স্নাতোম্বীগী অৱাবা তেংথাখোলগী মরক্তা মচাশিংনা অমত্তা ওইনা লেপ্লদুনা অথেঙবা অহিংদুদা অরূম্বা পোৎলুম অমনা থোংগৎলবা চীংজাওগুম মখূৎতা মপাগী ঈরাৎফৃদু পায়দুনা মপি ঈরা চেল্লদুনা লেপলম্মী। মদুবু উরুবদা স্নাতোম্বীদি অরোইবা ওইনা লৈমায়দা হাই-থ-খ-রে।

# অদুদি ইবুং খণ্ডদ্রেহে

ওজা নোংদম্বা হৌগৎত্রি। অদুবু ঙরাং নুমিদাং থিল্লকঅম্বা টেলেগ্রাফতুদি হিপ্ন-হিপ্না পারি। মপান্দগী নাওতোননা কৌরকই, ''তয়াই-তয়াই হৌজিকফাওবা হৌগৎত্রিরো?'' ইকোয় কোইদনা মহৌশাগুম নাওতোন গম-গম চঙশিনখি। ওজা নোংদম্বা চঙলক্লীবদু নাওতোননি খঙলদুনা ফৈজুপ চিংখৎতুনা তূমশিন্নে। মতৌদু খঙলবী নাওতোন ফমুংদা ঙেক ফমথরগা ফৈজুপতু লোইনা চিংথোকতনা, ''তয়াই, হৌগৎলো মতমসি কুইশিনলকত্রবনি। লুচিংপুরেল য়াওবা থৌরম্নীনা চোপতুনা তোক্কনিকো'' ওজা নোংদম্বা মশাদু তিঙলী য়াঙলীরদুনা মমায়দু লৈথোরকই অদুগা হংলকই, ''অদু করি-করি ব্রাৎলিগে?'' মশাদু নাওতোনদা চেপশিল্লগা মখূৎতু তম্পাক্তা থম্মী। নাওতোন ইপা পাখৎনা, ''ঙাওশিন্ননুকো মফম-মতম ইখঙ হেক খঙদ্রদনা। ঈমাখোয়নগা উখ্রগা ইকাইজৈ, সে খরা চৎথোকউ।'' মশাদু পায়দুনা ঈনথোকই।

''কনামত্তা উররোইএ ইবেম্মা, ঙনতানা লোইনা লৌ কূম্নখ্রবনি''। নোক্রেমননা হায়রকপদুদা নাওতোন অশাওবা উৎলকই, ''অদু ওইরসু অদুম্মাই তৌরক্কনু ঐ য়াম্না হৈনদে।'' ওজা নোংদম্বা ইশি-শিনা নোকই। নাওতোনগীগী তঙাংলবা খজাইদুদা লামখৎতুনা শিকই। নীংশা চাউনা হোল্লকই, থবাক্কী মিহুন ইথক ইপোম হৌরকই। ''ওহ নুপা ওইবা ঐখোয়সে নুপীশিংগী মনাক্তা লৈরবা মতমদদা নীংশা মপী হোল্লীবশিনা করিগীনো?'' ব্রাহংসু হংবা লেপতে মমিৎতুসু ফজরবা নিঙোলগী হকচাং কয়াৎতগী ইহেন হেনদোকতে। তান চাননা থালগ্নীবা কাগী মৈদু মুৎখি। পুম্নমক মমখ্রবা কাদু থম্মোয় অনিগী কুমহৈদ অচিকপা লাইরেম্বীনা থুংলপ্রে। কাগী ফক্লাংশিংদা থেৎলিবা লাইশিং মমিৎ উইশিনখ্রে। থেনদুনা থগ্নীবা পোৎশিং অশাবগুমখ্রে।

রাবৈদু খোঙনা লমশাং চৎলুবদগী মখুৎনা পায়রিবা চৈশুদুদা শৌরদুনা শুমাঙ মতোন্দুদা লেপতুনা অব্রাবগী নীংশা হোনদোক্লী। তললেদা

তাইবঙ পানবসে, অয়ুক্কী শেংলবা অইংবা নুংশিৎতু অশেংবা নুংশিৎনি হায়দুনা চৎলুববু অশিবা হকচাং ওইনা থেংনৈনে। লোইরে লোইরে য়েংহৈদবা উহৈদবা ঙাক্তা। রাবৈ থৌদোকশিংদু নীংশিংদুনা মমিৎতু ঙমখৈ লৈত্রবা অতিয়াদ য়েংখৎলী। "নুংশিপ্পবনিদা নুপামচাদু লৈকাইসিগীদমক য়াম্না হোৎনজবনি। লুদৌরিদা মালেমসে মসিবু ডেমোক্রেসি চৎপা লৈবাক হায়দুরা নত্রগনা নিংতম্বা হায়বদু ফংলবা হায়বদুরনে?" ইখঙ খঙহৌদনা লাওরক্লীবদু রাবৈ মনা থাংগৎতুনা তায়।

"চেকখাইরো, চেকখাইরো মালেম লৈমায়, নঙগী চেকখাইরবা নথানুংদ চঙদুনা পুন্সিসে পোথারগে"। অথাপ্পদা লাওরগা লাক্লীবসি মচানুপা মুহেননী হায়বা খঙলে। "আ-আ মাগীসি নিংতম্বা ফংলবা হায়দুরনে? লুদৌরিদা লৈবাকসিগী মীওইশিংসি মাগী-মাগী নিংতম্লবা হোৎনবদা ফনদি ব্রারিনিহে।"

"পাবুং কনা-কনা নীংতম্লখ্রগে? মতম লৈরিব্রো নচাসু নীংতম্বদু খিৎতা য়াওজহৌগেবা।" মুহেন ঙাঙনা ঙাঙনা মখোঙ কারন থাংবা লেপতে। মপাগী মমাঙদা হাইরং তুংরং লেপ্লদুনা, "পাবুং মালেম অসিদা হিংবা নুংঙাইরিব্রো? অনিথোকপী মণিপুরদা নচাদি হিংনিংদ্রে। য়েংঙুনে পাবুং মৈতৈ, মীতৈ ময়েক ২৭, ৩৬, ৩৫, ৪৫ অদু ওইনা চৎনগদবনি আদা ওইনা তমগদবনি মসিদা করম্বদনো ঐখোয়না লেপকদবসি। পাবুং অমুক্তা খল্লুনে মৈতৈ ওইনিংব্রা মীতৈ ওইনিংব্রা খুম্বীয়ু হায়বা।" রাবৈ মশাদু থক-থক নিকলকই, মখুৎতা পাইরিবা লীচৈদু থাংগৎলকই। মুহেন ইফিং-ফিংনা তুংহল্লী। "করিনোনে পাবুং খন্নবা-নৈনবসিবু য়াদ্রব্রো? মসিদি খন্নবা নৈনবনি। য়েংঙু লমদম অসিদা খন্ন-নৈনবা তৌদনা মশ-মশানা অপাম অপাম্বা অনীং অনীংবা পংতৌ তৌরকপদগী লৈবাক ঈরাং হৌনরিসি।" রাবৈদু তাইনফম খঙদে মচানুপাদু ঙসিদি ফনা ফজনা নুংঙাইরে খঙই। "ঐবু অমুক থোকলুখিগদ্রনে? ঙৈহাক্তা পোথাবসিদা ঈচানুপাগী মতম লেনফম ওইররেনে। ঙাঙলিবা শক্লীবশিংসিনা মমৈ-মকোক শম্নদবা ঙাক্তা"। মুহেন খুম্বদি লেপতে "পাবুঙখোয়গী লোনদা ঈপা-ঈচা ব্রারী শান্নবা য়াবনি মদুদা ভেন্দর লোনবু চাওখৎনবা হোৎনরিবা

নচানা ভেন্দর লোনবু হুনদোক্লগা পাবুংখোয়গী লোন্দা ঙাঙলদি ইরোল ইয়েক লৈজদবা মানখিনি তৌবনি। অদো, নচাগী লোনসে তরাইনগদি খনবীনু লায়রবগী লোম্নী খঙদবনা হায়বনি মৈতৈ-মীতৈ ভেন্দর কয়া লাকখিগনি।'' লমজাওলোমদা নুপী খরগী খোঞ্জেল তাই। মপা-মচা মীৎয়েং অমত্তা ওইনা থোঙ্গাল তম্না য়েংখি। নুপী ময়াম অমনা থোঙ্গালদা লৈহৌরগা সোমদা চঙলক্লীবদু নাওতোননি হায়বা মুহেন খঙই। ইপা পাখৎনা মতিনদু কুৎ য়োৎশিন্দুনা ইমুংদা চঙখিগে তৌই। ব্রাবৈদু মচানুপাগী মতৌদুদা নোকলকই। ''আ-আ অসি লাক্লদি কিররিনিনে''? মুহেন্দু খোনকদু শেন্নগা খুন্নকই। ''কিবগী নত্তেদা ঐখোয় নাওতোন লাক্লদি ঙাংনরকপা ব্রাহৈ খুদিং নুপী মনিঙ তমহনগদবনি, নুপী নুপা হক চপ মান্নৈ হায়দনা ঙাংনরকদবা ময়ামদু তানিঙদদুনা তৌবনিদা।''

''হৈ, নচননুপীনা হৌরিবা ঈহৌসি চুমদ্রো? ঈপাদি নুপীবু ফাজিন্দুনা থম্বসি পামদেনে। নুপীগী ঈহৌবু থাগৎলি। নঙসু মবুং অমনি নচনবু কদাইদা করি হায়দনা নচনবু য়েংশিন্দুনা নচনশিংনা হোৎনরিবশিংসি লৈকায় অসিগী নুপা অমা ওইনা মতেঙ পাংবা য়াইনা।'' নাওতোন মপাগা মবুংগনা তৌরিবা মতৌদুদা ঙক্লদুনা, ''করিনো পাবুংগা তামোগা য়েন লাবা শিংনবদৌনা করি খন্নরম্লীবনো?'' নাওতোন য়ুগী মনম ফাওখি। ''উং: মনমসিদি তামো য়ুসিদা থকপীরনু হায়বসি য়াবিদ্রেনে? নচন ঐখোয়না মপান থোকলক্লনা হৌরিবা ঈহৌসে খুন্নাই অসিগীদমক্লী। লৈকায় অমদি খুন্নাইসি শেমগৎপদা নুপাশিংগীসু চাউরবা থৌদাং লৈ।''

মুহেন মচননুপীনা লৎতনা ঙাঙলকলিবশিংদু উইরুম-উইরুম ব্রাখল লৈতাবা শানা তারী। অদুবু মচননুপীনা লেপতনা ঙাংশিনলকপদুদা, ''নাওতোন নবুং য়ু হেল্লগে, থাজৌ নবুং ব্রাশক্লীসিনি ঐ ঙসিদগী য়ু হেল্লে।''

''তামো তামোগী য়ু হেল্লনি হায়রিদুবু য়ু থকপা তোক্লনি হায়রিব্রা নত্রগা হান্নদগী থকপা হেল্লক্লনি হায়রিব্রা?'' মুহেন মচননুপীগী ব্রাহৈদুদা খংপ্রেক খংই, ''হৈ, থকপা তোক্লনি হায়বনিনে ''

"হুং তামোগীসি ইথা থাজদে। তোক্লীংবা ওইরবদি মরৌ থাংবা ব্রা ওাঙদ্রবসু হেল্লনি হায়রম্বগী মহুৎতা তোক্লনি শেংনদি হায়দেবা।" মুহেনদু হন্দকতি খুমনিংঙাই লৈতে। নুপী মনিং তমনবগী ঈহৌ হৌবী মচনগী মনিং মমাং থৎপা ব্রাহংদা লকক তৌই।

"অদুদি ইবুংনা লমদম অসিদা হৌজিক হৌজিক কন্না মাগী মাগী ইরোল-ইয়েক চৎনগদবনি হায়দুনা তৌনরকপা অসিদা ইবুংসু করম্না চৎনগদবনো খঙমল্লক্রদুনা অমগীসু-অমগীসু শাউদনবা হায়দুনা খরা-খরা য়াওহল্লগা হায়খিবনিনে।"

নাওতোন ইশি-শিনা নোকথোরকই। রাবৈদু সাইকংদা (ডারি) য়াম্নদুনা মচা অনিগী কুন্ধে য়েংলম্বদগী মচানুপীদা অমুক ওনশিনলকই।

"ঈচাতোম্বী অশিবদুদি করি খন্নখ্রে?" নাওতোন তপ্না ফমথরকই,

"পাবুং লমদমসিদা চৎনরিবা অমুবা আইন অসিগী মরুমদা ঙসিদি থোকহৈদবা কয়া থোকপ্রে, তাহৈদবা কয়া তাখ্রে। মরাল লৈতবা মীবু হাৎপা হায়বসি তুমিন্না লৈথোকপা য়ারোই পাবুং।" মুহেনদু নংহৌরোই মতাগুম,

"মরাল লৈতেদি কনানা হায়রিবা; য়েংঙু হয়েংগী পাউচেদা, রেডিওদা অদু তৌরম্বগীনি অদা য়াওরম্বগীনি আ কাপ্নবদনি চেনবদগীনি। নাওতোন শিবু শিরবা মরাল লৈত্রবসু অদুম লৈহনবা য়ারদৌনি।" মুহেন ইফিং-ফিংনা খুদাঙদা শিরিবা ঘরিদা পূং য়েংই।

"আই, মতমসি থেঙখ্রেনে। ঐখোয়গী চাকতু থিরবা জাৎলা, এঞ্জাংনা করি মথেন। অদু হাইবিদে হায়নি, ঐখোয় ইমুংগী এঞ্জাংসে হাউরকতবদি কুইরেকো।"

"হা-হা, ঙসিদি হাওরনি কোবীগা আম্লুগা ইরোনগনি হায়দনা তৌখিবনি। ঈচা শেন থোকপা লৈবনিনা ঙাদু মশক উখিদবা কুইরেদা।" রাবৈ হায়হৌরগে খন্না হায়রকই। মুহেনসু পাউখুম ব্রাৎতে। "কোবী

ইরোনববু কনানা হাউতে হায়রিবনো? লায়রবগী ইরোনবনি খঙদবনা হায়বনি নচা মৈতৈ-মীতৈ কোখী থাখিনি। কদোমদনো লম্বীদুনা?'' তুশিনগে তৌই। রাবৈদু ফুক হৌগৎলকই। লীচৈদু থাংঙৎলদুনা,

''মাগী অসিগী করেম্মবা মানবা ব্রাহৈসিদনিনে ঐনা প্রোক-প্রোক চাক্লীসে।'' নাওতোন মপাবু ফাদুনা থেমজিনলী। ইমুং য়ৌপ্রবা মুহেন থোঙজিন মপান্দা লেপ্লগা মকোকতু থিনদোরক্লুনা অমুকসু মপাবু করেম্মরকই।

''অদু ঐখোয় পাবুংসি ঐখোয় নাওতোনগী নুপী মনিং তম্বা ঈহৌবু শৌগৎপদি য়াম্না ফৈ অদুবু মসি নত্তবা হোতেল ফম্বী ইবেলৈবুসু শৌগৎলি তাইকো।'' রাবৈ লীচৈদু পায়দুনা তান্নখি। নাওতোনসু মপাগী মতৌদুদা শিথ-শিথ নোক্লুনা লৈহৌই।

হৌজিক্তা মথম্মোয় মকা লাগ্নম্বা নাওতোনগী মায়থোংদু থংনবা মীকুপতদি লৈচিল নোংফাই থাংলবা থাজগুমখ্রে। ইংখোলগী অকোইবদা শাংলম্বা স্নারৈ, অতরগুলাপ, চন্দ্রামুখিশিংনা হৌজিক্তা হাইনা হুম্না জগোই শারম্বদু মাইকৈ অমত্তদা চপ লেপখ্রে। নুপী ওইবিশিংগী মফমদদি মীকুপ খুদিং লানফম্মী। নুপীনা নোংমদা অহুমলক পঙথৈ হায়বসি চুমই। নুমীৎ অদুগী মীকুপ অদুনা নাওতোন ঙসিদি মমা অমা হায়বদু ওইরকখিবনি। তাইবঙ ফাওদ্রিবা অঙাং অসিগী মপা নাওতোনগী মবুংগা লুনা তিন্নবা মুহেননা নুংশিনা ওজা নোংদম্বা হায়না কৌজবা নোংদম্বনি খঙদ্রি। ওজা নোংদম্বা পুনেদা ট্রেনিং অমগীদমক চৎপদুদা মদুদি কাইহননীংদদনা নাওতোননা ব্রাফমসি মঙোন্দা ফোঙদোকখিদবনি। নাওতোনসু লাইরিক হৈবী নুপীনীনা ওজা নোংদম্বনা চৎলিবদু কুইরোইদবনিনা করিসু কাইরোইদ্র হায়দুনা হায়খিদবনি। অদুবু ওজা নোংদম্বদি পুম্নমকসি খঙদবনা মাগী ট্রেনিং লোইবগা বোম্বেদা লম য়েংবা ওইনা থা খরগী হাইজিনখিবনি। মদুদগী পাউ ফাওনখিদবনি। নাওতোনদি ট্রেনিং হেক লোইবগা পাউসে তন্নগে খনবনি অদুবু নংহৌদ্রে।

*চৈশ্রল*

হন্দক্তী নাওতোন মাগী অহোঙবা খরদা ইমুংগী মীওইশিং অমদি লৈকায়না খঙলক্রে। নুপী মনীং তম্বা ঈহৌবু শৌগৎচবা মচানুপীগী ব্রাখলদা হিংলম্বা রাবৈনা মচানুপীগী ওইরক্লীবা ফীভমসে খঙলবদা করি তৌরকদগে? ইমুংদা কোল লিক পোৎ চৈ লংখাইবগী মখোল তারকই। তপ্না ঙাশিল্লবা থোঙদু শাফু কন্না ঈনলকই। ‘‘কদায় চৎখ্রে ওকতবীদু, মমা মপা, শাগৈ নাতৈবু মীমাঙদা হাৎপা ঙম্বীদো? চৎখ্রো চৎলু নঙ ঐগী ঈচা নত্তে। নঙবু কয়াদা ব্রাংনা থাংগৎচরকপা, নঙগী পামজরিবা ঈহৌদা ঈপানা তুং ইল্লকপা ঐ ঙসিদি নুপীগী ঈহৌ খারে, পেল্লে। মনীংতম্বা নুপীগী ব্রাকৎ ঐ পামদ্রে।’’ পাবুং নচাবু ঙাকপীয়ু নচা লানপ্রে হায়দুনা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্পী। ‘‘কনাগী পাবুং, নঙদা শিজখ্রো নঙদি ঐগী ঈচা নত্তে নঙদি ওকতবীনি। ইস! লাকচখ্রেদা মবুংগা তিন্নরগা মচননুপীদা অদুক তুকৎচবা’’। নাওতোননা লাকইবা ফোনদু পাইখৎলী। ‘‘তয়াই, নহাক হল্লকলো নঙবু কদায়দা লৈবগে? করিগীনো নঙনা ঐবু অসুক ব্রাহল্লিসিবু।’’ নাওতোননা ব্রারীপুম্বা তম্মী। ওজা নোংদম্বা থুনা থোক্লকতুনা মুহেন অমদি মপাদা লাল্লে হাযজদুনা নাওতোনবু লৌশিল্লে।

মুহেনসু মতম খরগী তুংদা যূম-পান্দুনা মচানুপী অমগা নুপা অমগা ফংজদুনা ফত্তবা চীঞ্জাক পুন্নমক থাদোক্তুনা শোল্লবা মপাবু থৌগন তৌদুনা লৈখ্রে। রাবৈসু মচানুপানা ব্রাখল লৈতারকপদা হরাওজরমই।

মনা-মশিংতনা ইশং-শংলবা ইংখোলগী মনীং থংনা লৈরীবা ইকোনদা য়োক্লীবা ঙাশিংদু য়েংন-য়েংনা রাবৈ শজিক থাদরি অদুগা কোবি ঈশিং চাইরিবা মচানুপা মুহেনদা য়েংলদুনা কৌরকই, ‘‘হাই! ঈসু উনবীলৈমাদু অমুক্তা কৌরকউ পাখোন অমুক্তা থাগে।’’ মুহেন মপাগী নাক্তা চঙশিনলক্তুনা, ‘‘পাবুং উনবীলৈমাদু সেলফ হেল্প গ্রুপকী মীতিং অমা লম্পাক্তা কৌরি হায়দুনা থোকখি।

‘‘করি, হৌজিকমক কৌরুচো। ঈপানা পামদবা থবক অমত্তা তৌবা য়ারোই হায়রগা। ঈপাগী মুহেন, ঈপা নুপীগী ঈহৌশি খীরেনে। অদুনা অনৌবা ইকায়বা নংগদবা থৌদোক অমগী নুপীবু মনীং তমহনবা

ঈপা পামদ্রেনে।” মুহেন লংলবা মায়থোংদো ইমক মকশীল্লী। “পাবুং, হৌজিক ফাওবা শাউবা ফংৎপিদ্রিব্রা? পুম্নমকতু ইচনগী মরাল ঙাকসু নত্তে। মন্নুং অমা ওইরগা মচনবু ঙাক শেনখিদবা ঐগীসু ইরালনী।” মুহেন খুদক্কুদা খুৎশেমগী হরাওবা মায়থোং উৎতুনা মচননুপীগী অফবশিংদু খঙহন্নবা হায়রকই, “ঈচন অদুগী মঙালনা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী নুপীশিং ঙসিদি হরাওবগী মোমোন মীনোক তম্বা ঙমজরে। অদুবু পাবুংগী ব্রাশক অমগী তুংদা ঈচন অদুনা লিংখৎচবা কংলৈ চনুরা মরুপ্পা কনা লৈত্রবগুম নুংশুক নুংজাননা লৈরি। থোকখিবদু এক্সিদেন্টনি পুন্সিসি লানফম খরসু মায়য়োক্লবা তাবনিনে পাবুং।” রাবৈ খুইথরবা খজাইদুদা মীৎকী পিনা ঈচেল তন্নরকই, পুক্লিংদা মচাগী তমজনিঙাই লমচৎপু শোন্থাংননা - “ওহ! ঈপাগী ঈচাতোম্বী অফবা নুপী, অফবা মমা হায়বসি ঈচানা মীকুপ খরা কাওরুরিবদুবু করিগীনোনে? নুপীগী মনীং তম্নবা ঈহৌগী মায় পাক্লবগী লমজেল অদুদি নুপীশিংগী ফিদমনফম অদুনি হায়বসে নখোয় কাওনুনে।”

তাঙ্গাদুদা থোঙ্গাল্লোমদা তারিবা খোঞ্জেলদুদা পুক্লিং লুপশিনখি। ওজা নোংদম্ব নাওতোনগা স্কুতর থৌজিলকই। কুইনা ঈনথোকলুরবা মচাবু রাবৈনা নুংশিনা কোন্দুনা কপমীয়ে। মবুংনা ঙাওশিন্নদনা মপাবু নুংশিনা তৌবীরম্বা উবদা মোমোন নোকচৈ। মুহেন ওজা নোংদম্ববু কোল্লদুনা অব্রা-নুঙাই ব্রারী শান্নবা লোয়রদুনা - “নাওতোন ওজা নোংদম্ব ইবানি অসিফাওবদা চৎথোকলুগে নঙ নবুংনা থারিবা মৈতৈ-মীতৈ মোরোক অদুগা অচৌ-অচৌব কারীবা মৈতৈ-মীতৈ কোবীশিংসি অঙমবমখৈ হেকচিনলম্মু হোরেল নখোয়না পুখিনবা।” মশেন-মবাই নুঙাইবা ব্রারী শারদুনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। রাবৈ ইশি-শিনা নোক্লদুনা - “ঈচাতোম্বী, নবুংসি ঙাওবদি হল্লে হায়ববু ঙাংবদা কারন তাবদি হনদ্রিনে।” নাওতোন কুইনা মাংলুরবা থাবলগুম নিংথিরবী মায়থোঙদু ঙসিদি লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা থানিলগী থাজগুন্নী। মবুংগী মতৌদা ইশি-শিনা নোক্লগা “তামো, অদু ভেন্দর লোনগী থৌবুরেলদি কনানা?” মুহেন মচননুগীগী ব্রাহংদা খংপ্রেক খংই। “হা, অদুদি ইবুঙ খঙদ্রেহে।”

# ব্রাহং

চহী ১৩ মপুং ফাদ্রিবা মোমোচা ঙসাই অয়ুক্তগী শেল্লুরিবা সনসিংদু খুল্লক তাম্না পুখৎতুনা সনবুসিগী ময়ূম-ময়ূমদা হোইজিল্লুরগা সনবুসিংনা পীরকপা লুপা কুনমঙাদু পুদুনা নাইতোম উরিবা চীংয়াগী হৈত্রোই মখোঙদা সারিবা পীক্লবা খাংপোকসঙ তম্না লাকই। মী পোং তাদ্রবা খুঙ্গংশিংগী য়ুম্লক কয়াদুদগী লাপতক্লা লৈরিবা মাগী খাংপোক্লী। থোংজিন মপান্দা মোমোচাগী হুই অঙৌবীদু কুন্দুনা লৈরম্মী। অঙৌবী মোমোচাগী মনাক্তা চেনশিনল্লক্তুনা ঙসাই অয়ুক্তগী উরক্তবা মোমোচাবু অঙৌবীনা চঙলসি লাকও হায়বগী মতাগুম মমৈনা পোপ-পোপ ফুরি। চীংয়াগী অচিকপদুদা নাইতোম হিংলিবা মোমোচা হিংনবগী লানফমদা লাম্হেংনরিবনি।

নোংঙাল্লে। ঙসিদি নোংসু মংলি মংলি তৌই হায়দুনা মোমোচা চাক থোংনা থোংনা নোং ঙাকথোক্লবা য়েনপাক্কী অহোবশিংদু চেরং থাদুনা ফোংলি। সন থানরকপা মতম ওইরক্তুনা চাক চাথোকলে অদুগা অঙৌবীগী চাক খরা থম্বীরম্রগা খুল্লক্তগী সনসিং খোত্ররি। নুমীৎ মশক উদনা নোংগী মপৈনা অতিয়াগী লৈতেং ওইরি অদুগা মরক মরক্তা অকনবা নোংসু খোংলী। অতিয়াদা মনীং তম্না পাইরম্বা অমদি অহাংবা লক্সাঙদা চাক্তারম্বা চেক্লা শঙ্গু-শঙ্গুসু নোং তারক্কদৌরে হায়বসি খঙলবগুম মহৈ-মহৈ মহুম তম্না পাইনরক্লী। অদুবু মোমোচাদি তৌদবা য়াদবা মথৌ অমবু তৌননবগীদমক থোক্লক্লি। নোংসু খরা কনদৌ মাল্লী খন্দুনা ঙসিদি সনসিংদু সন লোকফম তাম্না পুদ্রে। মাগী খাংপোকশঙ ময়াদা পুথরক্লগা সেল্লি। অতিয়া কৌবী মাগী মতম্বাক্তা পমলম্বা নোংদুম কয়াসু লুমথরক্লব্রা করিনো মালেম লৈমায়দা চাইথরক্লী।

শেৎনা খাইনবা ঙমদ্রবী নুংশিৎ কৌবী মাসু নোং কৌবী মতাগী মতুং ইল্লক্লি। কল্লবা নোং-নুংশিৎকী শাফুলক্তা মোমোচা মতোমতা কুপ্লিবা য়েনপাক্কী মরুমদা নোং থুপ্লি। অদুগা অমুকসু লমহেনবা সন লাবা কয়াগী মঙাও থীবা কয়াদা অমুকসু কোইচেন চেনবগী অব্রাবা মরক্তা মাগী খাংপোক্লা নুংশিৎকী ঈরৈদা ব্রানা খাঙবদো উরগাসু অমুকসু ব্রাজ্জে। মোমোচাগী অব্রাবদু উরমাল্লে। নোং নুশিৎসু লেপপ্রে অদুগা অতিয়াদগী তপ্না-তপ্না মঙাল পীবসু হৌরক্লে।

*চৈখল*

নোং খন্না-খরা হাংনরকপদুর্দা খুঙ্গংগী অঙাংশিং মোমোচাগী খাংপোক ময়াদা লৈরিবা চীংখোঙ তম্না য়াইপল ফুকপা লাক্লরি। মোমোচাগী মমান্নবশিং কৌরম কৌরম্লগা চীংদা কাখৎনখি। ময়ামগী মতুং ওইরপ্না য়াইফবীসু ইন্নরকপনি। য়াইফবীদি চীংদা কাদবীদা মোমোচাগী নাক্তা চঙলকই। "তামো সন শেল্লিরো?" "হোয়, অদু নঙ য়াইপল ফুক্লে লাক্লীরো?" "উং! অদু তেরা ককচেং য়াম্না চিকইদা।" "চিক্লদি কারুরনু ঙসাই ঐনা সন তানবা চৎপদা ফুক্লকপা খরা য়াওরি মসি নঙ লৌরো।"

"হোয়! অদু নঙ নতোমতা মসিদা লৈরিসি কিজদ্রা? ঐখোয় পুপুনা অসিগী হৈত্রোই মখোঙসে লাই শানফম্মী হায়রিবা।"

"নত্তেদা নখোয় পুপুনা হায়জিল্লিবনি।"

"অদো তামো নখোয় ঈমাতোনসে ফৎতেকো মখোয় বেতোনখোয় ইবুংঙোখোয়না নুংঙাইনা থম্বা অদুগা তামোবুনা নতোমতা য়ুম শেগায়বসিদা লৈহনবা। তামো নখোয় ঈমা শিথ্রবো? নখোয় পাবুংনা ইমুংদগী মপান থোকপসু ঙমদে মদু করিগীনো?"

নীংশিংদনবা কন্না হোৎনজবনি অঈংবা ফংজদ্রবা থম্মোয় অসিনা কনাদবু তাইনরুনি। পুক্নিসিগীদমক অদুমক কপচবা তাবনি। অরোনবা অব্রাবগী নীংশা মপিদু তপ্না হোনদোক্লুনা য়াইফবীদা তপ্না লৈশিল্লকই।

"য়াইফবী নঙ ব্রারীসি খঙনিংব্রা? সে লৌরিসিদা ফম্মু। লীরগে তাও - ঐগী পাবুংদু য়াম্না ঙাওশিন্নে। নুংতিগী য়ু থকপনা মথৌনি। য়ু থকপা হেক-হেক হল্লকপগা য়ূমদা য়াম্না ওৎলম্মী। অদুগা ঐবুসু পঙফুদা ফূই। ঈমানা মচা ঐগী লাইরিক তম্নবা অমদি ইমুংগী অব্রাৎ-অপা কয়গীদমক চেককোন্দা থবক শুবা চৎল্লি। ময়ায়কাবগী খয়াৎতগী লাপথোকপা ঙমদ্রবা পাবুং নোংমগী ঈমাদগী লুপা তরা-তরা নমদুনা লৌই মদু ঙমদ্রগনা ঈমাবু ফুই। নুমীৎতু ঐগী ক্লাস থ্রীগী অরোইবা চাংয়েং নুমীৎনি। নুমীৎতু নোং তাই অদুনা থবক শুবা য়াদ্রে হায়দুনা ঈমাদু ঙস্তানা হল্লকই। অদুবু নোং তারগসু পাবুংগী চাকথাকতি লেপ্পা লৈতে। পাবুংগী শেন পীবা ঙমদবগীদমক ঈমাবু ফূবা হৌরকখি। খাঙবা ঙমদ্রবা ঈমানা নুমীৎতুগী নুংথিলদা থোকখি। নুমীৎতুমদি ঈমাদো হঞ্জিক্লে অদুবু নোংঙাল্লকপদদি ঐগী ঈমাদু 'ঠিকাদার' লুখোইদা চেল্লে হায়বগী পাউ লাকই। মদুগী মতুং ইকান কান্নদনা পাবুংসু নুপী অমা পুশিল্লকখি। মীৎকূপ খরা ঈমা কায়নবগী

অন্নাবা মরক্তুদা ঐগী ঈমা অমা লাকএ তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখি। অদুবু মদুগী ওম্না তৌরবদা ঈমাতোম্না ঐবু ওৎপা হৌরকখি। অদুগা পাবুংসু নোংমা য়ু ঙাওদুনা হন্নকপদা তুশিনবদগী অদুম খঙহৌদনা মখোঙ মখূৎ চিংশিনখি। মদুদগী অদুম মপান থোকপা ঙমখিদ্রে। নোংমা ঐনা চাক থোংবদা এঙ্গাং হাউনা থোংদে হায়বগীদমক ঈমাতোম্না ঐবু তানথোরকখি।

ঙসাইদগী ফাজিন্নবা হোৎনরিবা মোমোচাগী মীৎকী পি খান্বা য়ারক্রে। লৈতোরকপদা ভঙাংলবা য়াইফবীগী খজাই পূম্বা পিনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। মোমোচাসু মীৎকী পিদু তৈথোক্লদুনা য়াইফবীদা য়াইপল খরগা খাংপোক মথক্তা কারিবা তোরবোৎশিংদুদগী অমগা পীরদুনা চৎহনখ্রে। খংয়েং য়েংথোরকপদা শেন্নবদা ব্রারবা মমাংগী ওজা তোম্বাগী সন লাবদুগা তাখিগী সন লাবা অনিদুগা অমুরৈ খোয়গী ইখোলদা চঙবা উরকই। পাখৎপোই-শাউনীংবোই মোমোচা নীংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা চেল্লগা তাল্লি।

মতম কয়াগী মমাঙদগী সন শেন্দুনতা লাক্রুবা মোমোচা ঙসিসু হোংদ্রি মাগী পুন্সি। নাইতোম হিংলিবা মোমোচাগী পুন্সিবু য়েংশিনবীনবা কনা লৈত্রবা মীকৃপ্তা য়াইফবীগী ইমুং খক্তনি মোমোচাবু মরক মরক্তা মতেঙ পাংলিবা। মতম কয়া মোমোচাগী মমাতোনগী হাক্কন্দা মচা নুংশি খঙলুদ্রবা তোম্পোক ঙসিদি মচা নুংশিবগী ব্রাখল লাক্রে। তোমপোক্কী নুপী ইবেথোইগী শারৈ অমদি হৌগৎ কাংখৎ ঙমদদুনা ফমুংদা হেক লৈখিবদগী মাগী থব্রায় ওইরম্বা য়ু-সূ থকপা ফংখিদ্রে অদুগা চাকসু পীজবগ্না পীজদবগা পীজদবনা মশীং য়াম্নক্লে। সোমদনা মোমোচা মশা ঙল্লক্রে। য়েংসিনবীনবা কনা লৈত্রবা মাগী পুন্সিনা ঙসিসু খাঙলি চৈনা কয়া। চাক চাদবা ফন্না কুইরে। মোমোচা অরুবা ফিভমদা লৈরে অদুবু মমাতোনদি নোংমত্তা মোমোচাগী নাক্তা লেপ্পদ্রি। ঙরাংদি মোমোচাবু লুনা তৌজবী য়াইফবী লাক্লুনা চাক ইল্লম্মী, কোল-লীক অমদি ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিল্লম্মী। অদুবু ঙসিদি কৈদৌরবনো খঙদ্রে লাক্লে। য়াইফবীদি লম্নানবীনি য়াইফবীগী মমা-মপাগা মোমোচাগী মমা-মপাগা করিসু থোক্লদে লৈকায় মশেল অমা ওইনা মোমোচা অমদি য়াইফবী লোইনরুবা খক্তনি।

*চৈখ্ৰল*

ঙসিদি অয়ুক্তগী হৌরে খাকপা লাউবা নোং নুংশিৎকী লান। নুমিদাং পূং ৭ মুক তারকপগী অদুব্রাইদগী নোংলৈ নুংশিৎ কনশিনল্লকই। কল্লবা নুংশিৎকী অকিবনা মপান থোক্লক্লগা ফল্লীবা খুঙ্গগী য়ুমথোং খুদীংনা অথাপ্পা চীংখোঙদা নাইতোম লেপ্লীবা মোমোচাগী খাংপোক্লা খঙহৌদনা ফাক্লকপা নোংগী মমীৎতা অমুক-অমুক মমি সাম্মি উরগা খুঙ্গংগী মীওইশিংনা মোমোচাগীদমক ব্রাবীরি। অদুবু মোমোচাগী মমাতোনদি অদুমক খল্লুবদি লৈতে।

অদুগা তোমপোক তুরোই ঙাল্লোইনা চীংয়াগী খাংপোক অদুদা মতোমতা অকনবা নুংশিৎ মরকসিদা মচানা করম্মা লৈরমগনি খনবদা খাঙঙদ্রবা মৈচাক অমগী তমথিরবা লানগুম মায়োক্লরি। হৌগৎ কাংখৎ ঙমদ্রবা তোমপোক্লা মাগী নুপীদা মচাগী মনাক্তা চৎনবা হাইরি অদুবু ইবেথোইদি করিমত্তা নাচুংদে। ফমুংদগী খীৎতা ফাওবা লেঙবা ঙমদ্রবা তোমপোক মচাগী মৈচাক্লা থৌনা হাপ্লকই। ফমুংদগী কুমথদুনা ব্রানা মপান থোক্লকই। মতাং চানা কুপলকপা নোংথাংনা মচাগী খাংপোক্লা নুংশিৎকী ইরৈদা ব্রানা খাঙবদো উরকই। তোমপোক খাঙবা ঙমলকত্রে মচাগী নাক তল্লকই। মরক-মরক্তা উরকপা মচাগী খাংপোক তম্না তোমপোক নোংলৈ নুংশিৎকী মরক্তা মচাগী নাক্তা লাক্লে। ফীভম চাদ্রবা তোমপোক নোংনা ফুদিৎ ফুথবদা অমুক্কা ফীভম তাদ্রে মশা পূম্বা মুশিন মুশনখ্রে অদুগা ব্রা ঙাঙবসু ঙমখিদ্রে। অতিয়াদগী তারকপা নোংগী মরীক্লা মাগী মীৎকী পিগা অমত্তা ওইনা সীন্থরক্লি। সাইকংদ উপতুনা তারিবা তোমপোক কাখৎপসু ঙমদে কৌবসু ঙমদে। খঙহৌদনা কুপলকপা নোংথাংদা মোমোচাগী থোঙগী পৌরোম্না মপানদা থাবদু উরকই। শ্বাই লাওই। মতমগী নোংলৈদা মহাক্কী অমদি মচাগী পুন্সিনা ব্রারৌনা খোম্থাংগী মখোলগা লোইননা কপ্লী।

নোংঙাললে মোমোচাগী খাংপোক ময়াদা তোমপোক্কী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংনা তাদুনা লৈরম্বদু উরগা মীয়াম পুম্নমক মহে-মহে চেম্থোরকই। মোমোচাগী খাংপোক ময়াদা অশিবা মী অমা তাদুনা লৈরে তাবদা য়াইফবী পাখৎনা চেম্থোরকই। পাখৎনা চেল্লকপদা মোমোচাগী খাংপোক্লা পোরোল থাদুনা লৈরল্লগা মোমোচাগী মপা তোমপোক্কী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংনা সাইকং মখাদা তাদুনা লৈরম্বদু উরগা য়াইফবী চিংনবনা থল্লবা মায়থোংদু লুকথদুনা ব্রাহং খরদি হংলক্লী। মোমোচানা কদায়দা অদুগা ঐগী ঈমাগা-পাবুংগনা ঙসি য়াহৌরকপদা লৈরমদ্রিবসিনা কদায়দা চৎখ্রিবা? অদুগা ঐনা নেনেগা তুম্নল্লীবসিনা করিগী?

*চৈখল*

# অনৌব লৈঙাক অমা

অঙকপা হায়বদুনি পুন্সি হায়বসি হিংবগীদমক অমুকসু ৱারী। হিংবা ঙম্নবা হোৎনবগী কোয়চৎ চৎপদা উহৈদবা কয়া অমসু মশীং থিঙমদনা উরক্লে। লৈবাক অসি য়েংবদা মীৎ নারবা মতৌনিকো। ঐনগা খরা মীচঙ মীথোক লৈতবা ইমুংদা পোকলুরে, ৱাবনা চারা অমা ফংনবা হোৎনবদা লোইশঙগী থবক অমত্তসু মতৌরবদি ৱাবসি খরদি ফগনি খনবনি অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদবু ঐনা হায়বা ৱাবু তাবিগদবা কনা লৈরমগদগেনে? অদুবু থীবদি লেপতে। থীবা হকমনবদুদ নুংঙাইত্রব্রা করিনো ঐখোয় কেন্দ্রদগী কাখিবা ফম্নাইবদুনা হয়েংদগী লাকও থবক অমা পীরগে হায়রক্লে। লোইসঙগী থবক্কসি হৌজিক্কী মতমসিদা ফংগনি খল্লুবা লৈতবনিনা ঐসু অদুম লাক্লগে হায়রম্লে।

অঙকপনি পুন্সি অসি নহানমখৈ য়ুমদা লৈরিঙৈদদি খুদৈ অমগা মোজাফুরিৎ অমগনা অদুমক লেনবা য়ারম্বনি। অদুবু হৌজিক্কী চাউবা চাউদবা মস্ত্রি অমগী লৈফমদা থবক অমদি তৌরদৌনীনা মমল য়াম্বা য়ামদবা অহনবা ফিরোল শেৎ চাদবা য়ারক্লে। হন্দক্তা তূরুবদা ঙাইরিবা ফুরিৎ খোংগ্রাওদু শেৎচিল্লগা ঐ থবক কারকপনি। নহানমখৈ অহনবা ফিরোল শেৎপা উদবনরা করিনো ঐনা ঙসি বস ঙাইফমফাও খোঙনা লাকপবু ঈনে চাওবীখোয় পিশকমচাখোয় মরুপ তোম্বখোয়না থোঙ্গালদা চেম্থোরক্কুনা ঐবু য়েংদুনা নোকহৌবদু। ঐ ঙসাইৱাই করিসু খল্লুদবনি অদুবু বস মনুংদা খঙনীং নীংশিঙলকপনি। ঙসাইগী মখোয়না তৌহৌবা মওংশিংদো হৌজিকপুদি মখা তানা খল্লুদ্রে। ফম্নাইবগী কোম্থোঙ মপা য়ৌরদুনা কুমহৌরে অদুগা কা তম্না চঙলকই।

"সার! ঐ লাকচরে। খরদি থেঙখ্রমাল্লে ফনা ঙন্নদি হোৎনজবনি অদুবু ঐখোয় অদুৱাইদু লাম্থোক্লবা হোৎনবদা ওম্থোকপা লানফমগী মশক্কী।"

*চৈখল*

"ফরে ফরে হয়েংমখৈ থেঙদনবা তৌরো। রামো লষীদু য়াম্না ফৎত্রবনে? নুঙ চাইখিবদুদি কুইদ্রিবনিদা।"

ঐসু হন্দক্কী পেন্না হায়হৌরগে খল্লে। "সার! নুঙ অমা অনিদুনদি য়াবা নত্তেদা।"

"রামো য়াম্না পানমক চাইরব্রানে?"

"সার! সারখোয়দি ফম্নাইবা ওইরকপদগী য়ুমদগা নোংমা ফাদোকসু লাকতুনা মীয়ামগী অৱাৎ-অপা য়েংলরবদি খঙগদবা মদুদি নৎত্রবনিনা খঙবিরমলোই। তশেংনমক মওং অমা ওইরবনি।"

"হোয়দা রামো, 'ঠিকা' তৌরিবা মীদুগীসু খরা লৌদবদি য়াদবনিদো। মদুদগী অমুক চাদা ককলিবনিনে, কদায়দগী মথং-মথং লৌনহৌবদা ঐখোয়সু অচুম্বা তৌরিনিকাইনা শেনসে খরা চাহৌদবা য়াবা পোৎ নত্তেদা। মথংগী মীখলদা থাদনবা শেন লৈরোইদৌরিনি। ফরে-ফরে মথংদদি 'কোইলাস' থানবা হোৎনরগে চঙলো-চঙলো মতমসি আ য়ৌখ্রে চাকখুম চঙলো। ঐ ঙসিদি সি. এম-গীদা খন্ন-নৈনবা অমা লৈ অদুনা চাক লোইরগা ঐনা চৎপা নংনবা ফিরোলদু কোনয়াই খরা কেহল্লু।"

ঐ খঙলকই, ঐনা তৌগদৌরিবা থবকসি করি থবক্নো হায়বদু। তল্লি-তল্লি চাকশঙদা চাক থোংবা চঙলকই। চাক থোংলিঙৈদুদা সারগী কাদা ফোন লাকখি। সারনা ফোনদু পায়খৎতুনা ৱারী শাবদু ঐসু তায়। ফোনগদু ঐখোয় খুঙ্গংদদি পাক্না উদবনিনা সারনা ফোনগা পায়খৎতনা ৱারী শারিবা মওংদু ঐগী ইফমদদি অঙকপা কুম্ধে মখল অমনি। চাক থোংবা তনখ্রবা ঐনি অদুবু ঙসিদগীদি তনবা য়াদ্রে। হেক তনবদা থাগী অসুমল পৎ থদৎখিদৌরিবনি। ঐ তনদে-মানদে চাক অদুম থোংই। সারনা ৱারী শানবদুসু অদুম তায়। অনৌবা লৈঙাকলুপ অমা শেমদবা য়াদ্রে হৌজিক পায়রিবা ফম অসিসু পামদ্রেনা হায়নখি। কনাদনোসু খঙদে হোরেল নুমিদাং মীটিং অমা ফম্নবসু হায়নখি। ঐ মদুগী মখা তাবদি অদুম

তাখিদ্রে চাকসু লোইরে ঐ সারগী কাদা চঙলকই।

"সার! চাক থিজরে।"

"আ লাকঅগে। অদুগা মখা থংবগী কা অসি শেংদোকউ অদুগা আ শুমাংদা চাইরিবা পোৎ-চৈ ময়ামসি অমুক্তা লোইশিল্লু। রামো হন্দক্তি কুম্হে অমা য়েংউকো নয়াম্বা ঐনা হন্দক্কী লৈঙাকলোন অসে থুগাইদুনা অনৌবা লৈঙাকলুপ অমা শেন্নগা ঐনা সি. এম. ওইদবা য়াদবনিনে।"

সারনা করি-করিনো খরা ঙাঙলন্নগা থোকখি। ঐ কোকচাওবী ফুঙ কায়। ঐনা তৌরিবা থবকসিবু করি থবকনোনে? ঐ লামবা ফংদে। কদোমদগীনো করিনোমা খংনীং নীংশিংলকই - অনৌবা লৈঙাকলুপ অমা শেমগদৌরবা - মানা-মানা পাম্বা ফমশিং ফংদবগী। অস! লৈবাক অসিদি মওং অমা তৌরেদনা ফনবু নুংঙাইরিনে হঙোই ময়ামসিনা তৌরিবসি। লৈঙাক মপু ওইনবা হোৎনবদা ফনদি ব্রানরিনি। অফবা থবক তৌরকউ, লৈবাক অসি শেমগৎলকউনা থাগৎখ্রগা মখোয়দি করম হায়না শেন তানশিগে, কদায়দা ঈচা লাইরিক তমহনশিগে হায়না খন্দুনা লৈরেনে। নুংঙাইরেনে মখোয়দি। সোমদনা পোক্লফম ঈমাসে য়োংগী পোৎয়েন্দা লোইদৌরে। চুম্লিব্রনে তৌরিবশিংসিবু ঐ পাউ চেদা ইরসিরনে? মদুসু কিনে, কনানা খঙবা শাউনিংবদগী হাৎতোক্লুচো হায়দুনা থারক্লবদি, হাৎপীনবা মীনগা মরাঙ কায়রকপনে ইহৌদ্রে য়োংগী পোৎয়েন্দা ঐসু য়াওখিগদৌরিবা। ইনিংবনদি লোইরবনি খুৎশাসে। অদুবু পামবৈ লৈতে কমদৌনি। পুন্সি অসি অসুম্না অসুম লেনবা তারমাল্লে। লোইরে সোমদদি মথোঙ চাদবা থবক। কনাগী চাকপু থোংগদ্রা ফিবু শুগদ্রা, অমবু তৌগদ্রা হঙোই ময়ামগী কুমহৈবু য়েংগদ্রা পুম্নমকসে তৌদবদি য়াদবনিনা পাখং ঐনা অদুম তৌরিনি। অসিগুম্বা থবক অসিবু পিশকমচানা উখ্রবদি করিনো ঐনা তৌগদৌরিসিবো? হান্নদগী খরগা য়াবীদ্রে, পুমচোপ চোপক্কদৌরিবনি। কমদৌনি তৌনিংঙাই লৈতবনিনা সারগী থবক্তি লেপ্তুনা অদুমক শুবা তাবনি।

*চৈখল*

নোংমা অয়ুক অঙনবদা লৈঙাকলুপ কায়রে হায়বগী পাউ তায়। ঐ থব্রায় ব্রাই। পাখৎতবা ঙমদে ঐখোয় সারগীদমক্তা নুমীৎ খরনি লৈরগা সারগী কাদা চঙলুই।

"সার! হৌজিকপু করম্বা ফীভমদা?"

"রামো চঙলকউ লাউ। লাউনে, নয়াম্বা মপা চুমদ্রে। সি. এম. ওইগে খনবনি অদুবু অনৌবা লৈঙাক অমা শেম্বা ঙম্লোইদৌরিনে। রামো থজবা য়াবা মীসি লৈরমদ্রেহে।"

"অদো সার! হৌজিকপু করি করম্বা খুজীন-থৌরাং?"

"রামো লম্বী লৈতে। মীখল অমুক তৌবা তারেদনা। নয়াম্বা ঐগীদি নখোয় নত্তনা কনাসু লৈতেদো অদুনা নখোয় ময়াম চঙদুনা কন্না হোৎনবীদুনা নয়াম্ববু অমুক কাহন্দবা য়াদবনিকো। খঙদে রামো নখোয় ময়াম লৈবগীনি নয়াম্বনা চাউথোক্লীসে।"

করিনো তৌরিবা মতৌসিবো? নহানমখে মাগী মীনাই ওইরম্বা ঐঙোন্দা মানা করিসু ওইদনা খল্লম্বা ঐবু মানা ঙসি লাইগুম্না তৌরক্লীবসিবু, মসিনা মাগী করম্বা মীত্রঙগী লাংনো?

ঙসিদি সারখোয় য়ুমদা কুন্ননী হায়দুনা ঐখোয় অয়াম্বা হল্লক্লে। য়ুম হেক য়ৌবদা মী খরসু সারগী য়ুমদা লাক্লে। সার, ময়াম মরক্তুদা লেপখৎতুনা মহাকপু হন্দকমুক্কা নুংশিবীনবা হায়জে। ময়াম মথংগী থৌরাং খন্নে। চিরবা তানফমদুদা ময়ামদুগী মরক্তগী অমনা লাউরকই। "মী অমদা লুপা চাম্মঙা চাম্মঙা নৎত্রদি।"

সার তুমীন লৈখি, ব্রা মখা তারমদনা অদুমক ইমুংদা চঙখ্রে। ময়ামসু মথং-মথং য়ুমদা হন্নখ্রে। ঐসু তঙক-তঙক য়েংলম্লগা ঐগী থাগী অব্রামলগী ব্রাসি হৌদোক্লমদনা অদুমক য়ুমদা তরঙদা হল্লক্লে।

# ব্রাকৎ

অথেঙব অহিংদু মাদি তূমদ্রি। ইতেক তেক্লবা থোঙনাওগী থোঙবশিংদুদগী হুমজিনলকপা নুংশিৎনা মনাক্তা থাম্লিবা থাউ কংশিনলবা পোদোন্দুদা মুশি-মুশি চাক্লীবা মৈরীনা জগোই সারি। মখোঙ য়েংৎকী খোঙবীনা চপশিল্লগা তাখৎলক্লীবা থৌরিদুদা মুম্না য়েংবদা মপি তারবা মমীৎতু নোইদুনা থোঙনাও তম্না য়েংথোকলকপদদি অহাংবদা থাবলদি ফিঙৌ ফৌবগুম ফৌরম্লে। অব্রাং পাংনা চেপথরবা য়ুমদুগী শুমাংদা হৌরিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী খুদোলশিংদুদি অথেঙবা অহিংদুদা অখাকপা য়াওদনা অরৈবা থৌনাগা লোয়ননা কেন-কেনা জগোই শারি। থাবলগী অহিংদুদা অতেকপা য়ুমদুগী মনুংদগী মঙাল ফাওদোকপা ইঙম-ঙমদনা ঙাল্লকলীবা অপিকপা মৈরিদুনা শুমহৎপনা ওইবা তাই অতিয়াদা থোক্লীবা থাজনা মচী ইরেঙ-লেঙনিংদ্রিবা। নত্রগা হৈনৌ মখোঙ অদুগী মনাক্কী শম্বলদা ঙাথুদুনা শাৎলিবা লৈকং থম্বাল অদুনা ওইরিদ্রা? অহিং খকতং শাৎপী লৈকং থম্বালনা ফুগাইনা শাৎলকপদা থাবলনা অতিয়াদা থোক্লকত্রবদি শাৎলুবগী করিবু কাম্নরিবগে? লৈশিংদুগী মনাক নক্লা শেম্লীবা ব্রাগী ফমফমদুনা চাওভলদু কৌথোক্লবা হোৎনরি। অদুবু চাওভলদি থোকপা পামদে মরমদি মফম অদু য়ৌরবদি থম্মোয় কায়রবা ব্রারী কয়ানা থম্মোয়দু অমুক ইনৌ-নৌনা থুগাইরকতুনা অহিংদুমা হৌখিবা য়াই। অহিং অদু পোত্থাহৌদ্রবদি নোংঙাল্লগদি থবক পূম্নমক কায়রগনি। নোংঙানবগা শমপোৎ খোইবদা শীজিন্নগদবা পোৎপূগী থৌরীদু কম্না তারদুনা লোইশিল্লগা অদুমক তূমথনবা হোৎনরে।

নুমীৎ চপ য়ুংখৎলকপগীদুদা লৈখোম ইতৈ-তৈরবা মশাদু য়াম্না ব্রানা মরেঙবান্দা পোৎপূদু য়াল্লদুনা কারকই। ঈরু-মাইথজরগা চাকখুমদুদা চঙলক্লগা চফু মচাদু থাংগৎতুনা চাক থোংলে। মরোয়-মপাঙ, এনশাং-নাপী পুম্বা শেমজিন্দুনা থন্নগা চাকখুমমাঙদুদা বোড়া অদু থারগা পয়া সিরি। ফক্লাঙদা ঙাদুনা লৈরিবা মচী লেঙবা য়াদ্রবা রেডিওদু তপ্পা লামদুনা থারি। লাক্লমলিবা থৌরম অদুনা তাক্লী - অয়ুক্কী পুং তরামথোইদগীদি পাঙহেন হেনদ্রি। খঙহৌদনা থারকপা ঈশৈ 'মীমান্দ্রবী পুনিমা' ঐনা নঙবু

মীরাইখিবদি লৈতেকো। খুন্দ্রাকপম জিবন্দনা শকপা ঈশৈদু তারুবদগী চাওভল শিরম্বা পয়াদু চপ লেপখি। সেট শিরবা রেডিওগী খোঞ্জেলদু মনা থাংগৎতুনা তারি। তানজা অদুদা চাউবী চঙলকতুনা মীকূপ খরগী অচিকপদু থুগায়রে।

"মাম্মা, ব্রাফম অমতং হৌদোকচগে লাকপনি।" নুংশিনা হায়রক্কদবা ব্রা পুম্বা চাওভল লামসিনব ঙমই।

"চাউবী খঙদ্রেদা ঐসু করি তৌগদবনো? লোইবা নাইরারোইদ্রা খঙদ্রে ঐগী অব্রাবসে। শিরমদাইসি ফাওবদা ব্রাখলসে লৈতানা হিংবা ঙমলোইদৌরি।"

"অদুবুদি চুম্মী মাম্মা, পূম্নমকসি মপূ মাগী কুম্মৌনি অদুবু ইনেদু শাগৈ অসিগী মৌ ওইরমদে হায়বদি য়াররোই। অদুনা মানা নে-না তানা লৈরবদি ফৈ, মীগা মীমান্নদ্রবনিনা ফত্তা-নুংদা থোক্লবদি মাম্মসু অদুম চেন্নরক্কনী। ইবেম্মা অদুসু থিবা তাবনি, খঙদে মাম্মা, ঐসু য়ৌরগে মুন্না অমুক্তা খনথবীয়ু।"

চাওভলদি হিংনিংবা ফাওরক্রে। লিলিদু সাইকল থৌজিনলকই। "পাবুং, ঙসিদি খরা থেঙদোকখ্রে। চাক লামন্ননি।"

লিলিদু ইঙক ঙক্না চাওভলগী খুইথরবা খজাইদা ইচোৎ চোৎনা চিম্থরক্লীবা মীৎকী পিদু তৈথোক্লদুনা রেডিওনা ষ্টেশন য়াদনা শৌরিবদু মূৎথৎলি। "পাবুং কৈদৌরে কপ্লীদি? ঐখোয়সু চৎকদৌরে অদুবু পাবুংনা কনাগা লৈহৌনি খল্লুবদা নচা খোঙসে থাংদোকপা ঙমলোইদৌরে।"

অব্রাবা অমগী পি তাখিবা লোইদ্রি। খাঙঙমদ্রবা পাউ অমনা অমুক তাইবঙপানবসি উবা ঙমশিনলকতে, "নখোয় চৎপা তারবা, ফরে, অব্রাবা খূদোংথিবদগী তাইবঙ মপূনা কনবীসনু। য়েক্লবগা লম্বা পাবদা চোকথদবা ওইয়ু। অদু চৎপদি কদোমদা তারে?"

"লোক্তাক্তা।"

লম অসিনা মমি শামগ্রবা ব্রারীশিংদু তপ্না-তপ্না চোংথোরকই। লিলিনা তনিংঙনা খঙনিংনা হংলক্লীবা ব্রারীদু চাওভল তপ্না লীথরকই।

পুর্ণিমা চাকখুমদা ইশৌ লাংলি। কোম্লীকশিংদু পায়-পায়দনা পঙলঙদা লংই মচিনসু শুকলেপ লেপতে। চাওভল পীক্লীবা মচানুপীনা লাইরিক পারিবা ফকচিগী নাকলদা পয়া ইৎলি। খংলাউ লাউনা অমুক-অমুক থাদরকপা পুর্ণিমাগী কোলগী মখোলদা মচানুপী ইঙালৈ খংপ্রেক খংপ্রেক খংনা মমাদা অমুক য়েং, মপাদা অমুক য়েং তৌরি। চাওভলদি ঙসাইদগী পুর্ণিমনা তৌরিবা ময়ামদু করিসু হায়দে। ঙসাই অয়ুক ঙন্তা থায়না লাইরিক তম্মীনরকপা মমান্নবী মমানবশিংগা চাক চানরি হায়দুনা চৎখিবনি নুমীৎ তারগা হল্লকপনি। মাদি চানিংদ্রে হায়দুনা চাওভলগী মচানুপী ইঙালৈগগি চাক থোংবগী ঈশৌনি মানা লাংলিবদু।

"চাক চখোম খরা থোংবগী ঐ অমুক ঙাইরমদ্রবসু কোক থোংলগা চারম্বা য়াবদু ঐ অমুক ঙাইরন্নীব্রা। চাক থোংবসি নুপী ঐখোয়তনা তৌগদবনি হায়দুনা লৈরদি কনানা পুবা থাংবা ঙমনেগে।"

পুর্ণিমানা ঙাঙলিবদু চাওভল শাউদে, চুম্মী হায়না খল্লী। অদুবু চাওভলনা অদুক হাক্লা নুপা-নুপী থিরুবদি নত্তে মানা মঙজরিবা য়ূম্বানমীন্নবগী খঙমিন-উমিন্না লৈনবগী ব্রাখলদুদি পুর্ণিমানদি উশিন্বা ঙমদে। মখোয় অনিগী মরক্তা কনানা শোয়রিবনো হায়বদুদি চাওভলসু খঙদে। তৌবদি পুর্ণিমাদি লাইরিক হৈবীনি মরম অদুনা মরুপ মফম চাউই। কে-মৌবা পামই, ইংলিসকী চৎনবীদা ঙাওই মমল অয়াম্বা চুরুট থকই, চাকচা-হৈজান্নবা লেপতে, মনিঙ তম্বা নুপীগী নিঙতম্বা ব্রাকৎ য়াম্না তোই।

"নঙোন্দা কনানা চাকতু থোংদবা য়াদে হায়গে? তল্লগনা থোংলুনু। নঙ ঙসিদি নীংতমলক্লবা নত্রো? পার্টিদি ফজরবনিনা নমীৎকাদু ঙাঙশঙ ঙাঙলেনে। নঙনা তৌরিবা হৌজিক ফংলিবা নীংতম্বা অসিদগী করম্বা অহেনবা নীংতম্বনো নঙনা পান্নীবসে। নঙগী নীংতম্বদু নচা নুংশিবদি য়াওদেনে। নোংমতা অঙাঙসি লাইরিক পাহন্দুনা, তাকতুনা তৌগেদি খনদে নঙগীদি পার্টি, ফিয়ারবেল, দিন্নর, পিক্নীক।"

চাওভলনা ইতপ-তপ্লা মাগী ব্রাকৎ খরা থাংগৎলকপদু পুর্ণিমা থৌ-ব্রা ইশা-শাদে। মুল্লবা চাক এঙ্খাংদু থিরন্নগা মশাদু ঈহাই হাইরদনা চঙখি।

*চৈখল*

"হুং! অঙকপনি নঙনা তৌদৌরিসি, পার্টিদু ফজরবনিনা হায়েংদি ঐনা শমপোৎ কারকপফাওবা হৌগৎলমলোইদৌনি।" মচিন্দা মরুম-মরুম শোন্দুনা লৈহৌই। মচানুপীদা অমুক ওনশিন্দুনা লাইরিক পাউ হায়রি। লাইরিক তন্নকতবা চাওভলগীদি মচানুপীদা লাইরিক পাউ, ইয়ু হায়বদগী হেন্না খঙদে। পূন্নমকসিগী মথক্তা ইঙালৈসু মখোয় অনিগী মচা ওইনা ফংজরুবশিনা লাইবক থীরবনি। নোংমতা মমাদা ওইনজবা ফংদে, মমাগী মতুং ইনজবসু ফংদে। পিক্লীবা অঙাংদা মমা অমগী মিনুংশি মীৎয়েং চঙই হায়বশি লাইরিক হৈবী মতমগী ঈরাং খঙবী পুর্ণিমানদি খঙদে। খঙলবসু মচাদা মমা অমগী মিনুংশি অদুদি উৎতে। লৌশিং তাদ্রিবা ইঙালৈ হরাওনা মমাগী ফিজী পায়দুনা চেনশিনবদা মমাগী থৌ-ব্রা শাদবা মতৌদু তৌরক্লবদি, মতম অদুদা পীক্লীবা ইঙালৈদা ফাওরমগদবা চৈনাদু করিনো? ইমুংগী অব্রাৎ-অপা মেন্নবা হোৎনবদা চাওভলসু নুমীৎচুপ্পা লৌদা লৈ। মতম অদুদা ইঙালৈনা অহাঙবা য়ূমদোমপোক অদুদা অঙাং ওইনা ব্রাখলগী পোৎলূম পুরদুনা শুৎ-শুৎ কপচবতনি।

নুমীৎ চপ য়ুংখৎলকপগীদুদা চাওভলদু শমপোৎ কারকই। অদুবু পুর্ণিমদি তুম্বা হৌগৎলমদ্রি। মচানুপীনা মাঙ্গোলদা শুকচিন্দুনা ফমলম্মী। চাওভলদু পোৎপুদু তপ্না থাংথরন্নগা কাদা চঙলকই।

"হৌগৎপা য়াদ্রিব্রো? পুর্ণিমা, নঙগী অপান্বশিংসি ঐ পীবা ঙমশিল্লকতৌবা মানদ্রেবো? ঐবু হৌজিক অমুক, নুপা অমগী মাঙখিবা হক্কীদমক ঈহৌ অমুক হৌখিবা তারিব্রা? য়ূম পানবা হায়বসে ফাগী নত্তে অদুগা শান্নপোৎসু নত্তে। খঙমিন-উমিন্ননা নুংঙাইনা পানমিন্নবা য়ূম্বান্দু ঐ কল্লকই। মীরক তিল্লবা মমা অমা ওইরবী নঙোন্দা ঐনা নুপী অমগী অদুগা মমা ওইবী অমগী খুন্নাইদা লৈবা থৌদাং, মচাগী ইমুংগী ময়ামশিংদু অমুক তাকলুবগী মথৌ তাদে, তাকলুরবসু নঙনা তনিঙলোই।"

"করিনো, ঐ কৈদৌরগে? ঐগা মখা তান লৈমিন্নবা পামদ্রগনা ঐ চৎখিগে।" ফমুংদগী ফুক হৌগৎতুনা মফি -মরোল য়োমশিনলি। চাওভল করিসু হায়দে। পিক্লীবা মচাদুনা মমাগী ফিজী পায়দুনা কোয়ইন ইন্নে। পিক্লীবা মচানা উপথু-উপথু তুরীবদুসু পুর্ণিমা চিংখৎতে। পুর্ণিমা খোঙ থাংদোকখ্রে। মচানুপীদুসু কপ-কপতুনা ইন্নরি। চাওভলসু খামদে।

মদুমক্তা মানা মচানুপীবু নুংশিদবদি নত্তে। মদুগী মথা তাবদি চাওভল পুর্ণিমাবু খক কৌবা চৎলুদ্রে। তৌবদি মপামদ লৈবদগী পুকচেল খরদি হোংবা হৌরে হায়না তায়। মতম খর লৈরগা ইঙালে মফম খঙখিদ্রে হায়দুনা পাউ তায়। চাওভলসু মী থাদুনা মচাগী পাউ লৌই অদুবু মরী মখোঙ অদুম খঙখিদ্রে। মদুগী মতুং ইকান কান্নদনা পুর্ণিমাসু ব্রাখল চোইরকখি। মপামনা লায়েংবা য়াবা লায়েংখি অদুবু ফবা ঙমখিদ্রে। হৌজিক্কী মা তশেংনা অঙাওবী অমা হায়বদু ওইরে। মচা-মপূরোইবা, মমা-মপা নীংশিংখিদ্রে। পূম্নমকতুনা পূম্নমক ওইখ্রবসু চাওভলনা চৈনা অমদি খাঙলি। করিগীদমক মানা মচা নুংশি খঙদবী মমাদগী পীক্লীবা মচাবু খামদুনা লৌহৌদ্রিবনো?

মপানদগী পারীদু চেনশিল্লকই। মতাঙ অদুদা চাওভলগী ব্রারীসু লেপখি। পারীদু নীংশা থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা পাউ তম্মী। ইঙালৈদু পাবুংদগী য়াইফরোল লৌবা লাকপদা লম্বীদগী কমান্দোনা ফাখ্রে অদুনা লিলি ঐখোয় খূৎলায়শিংসি পুদুনা মফম অসি থুনা থাদোকতবা য়াদে। লিলি ঈপা পাখৎলি, মখোয় অনিমক মফম অদু থাদোকখ্রে। চাওভলদি নোংশাগী মখূত্তা তাখ্রবা শজি অমোমদুগী মথোঙ খঙদনা লাক্কদৌরিবা ইঙালৈগী মথংগী পুন্সি অদুগীদমক খল্লুবদা লমাঙন্দুনা লৈমায়দা তাখ্রে। লৌশিং মাঙলবা চাওভলনা মসিমদি খঙলি মাগী চিংনরম্বা অদুমক্লী হায়না।

মথংগী নুমিৎকী পাউচে, রেডিও পাউদা য়াওরকই - থৌবাল পুলিস কমান্দো তিম্না মীয়ামগী নীংতম লান্মীগী নুপী দিষ্ট্রিক্ট কমান্দর অমা ফরে। ফারবা নুপী অদুগী মমীং লোংজম ইঙালে, অপোকপগী মীং লোংজম চাওভল, অপোকপী লোংজম ওংবী পুর্ণিমা, তেন্থাদগীনি, আর্মি নম্বরনা ২৪১৬৭ নি।

চাওবলদু, ও খোংনা কপলকই। নুপী নীংতম ঈহৌবু লুচিংবী, নুপীনা নীংতম্না হিংবা পাম্বী, ব্রাকৎ কনবী পুর্ণিমা, করিগীনো ঙসি নচাগী লৈফম খঙলবা, মশক খঙলবা মতম অসিদা ঈচা পীয়ু হায়বগী ব্রাকৎলকত্রিবা? চাওভল মীৎকী পিগী ঈচেলদি হৌজিকসু কংদ্রি অদুমক সীন্থরি।

*চৈখল*

# অনৌবা ডাইরিগী লম্বায়দা

তা কোইরেং!

ময়ামগী তাকোইরেং, অহল ওইরবা তোনসনাগীসু চানজবা তাকোইরেংনি। কোইরেংদু থিনথদনা চেল্লকতুনা 'সারবু' হায়দনা তোনসনাগী নাক্তা লেপ্লরে।

"তা-কোইরেং, কাদু শেংদোকপা লোইরব্রা"?

"লোইজরে সার"।

"নানহল্লু, পূক্লীং হূনা ফজহল্লু, চহি কয়া শো লোন্দুনা থম্লরবা কাদু লূ-নালহল্লু। থোঙনাওশিংদু হাংদোকতুনা নুংশিৎনা মনিঙতম্না শাম্নহল্লু। নুমিদাংদনা থাবলনা কেকু লোৎহল্লু। অদুগা শে শোসে, উপু অদু হাংদোকউ। মদুদা উচন চল্লবা মমি শক্তম অমসু লৈরমগনি মদুসু খরা থেৎচিল্লু। অদুগা মদুগী নাকলদা ২০০৬ ইংগী ডাইরি অমসু লৈরমগনি মদুসু পায়থোরকউ ঐ কাদা লৈরম্লগে।"

তোনসনা, চহি হুমফুগী মতুংদা মীথুং অমা ওইনা, শেম শারবা কা অদুদা ঈকোই-কোইনা চঙলকই। নিংঙথিরবা কা অদু ফমুং অমা, সোফা খরা, অদুগা উপু অমা মদুগী মথক্তা মচু-মচুগী খূৎশেমগী লৈশিং, মদুগী মনুংদা এপ্রিলফুল লৈ অদু উরবদা তোনসনা থব্রানমীচাক্কুম লংলম্বা মায়থোংদু ইমক মকশিনখি। ফমুংগী কাংথোলদা মকোকতু ঙাথরদুনা চুরুটতা লায়চুরবা তোনসনা চুরুট চিংলদুনা চুরুটকী মৈখু মরক্তা থম্মোয় শোক্লবা ব্রারীশিংদু নিঙশিংনবা হোৎনরি। অদুবু শিথ-শিথ খুরিবা লোকখু অদুনদি পূম্নমকতু মমি শামহল্লী। চহি হুমফুগী মতুংদা অমুক ইবা হৌরক্লবা অনৌবা চহিগী ডাইরিদুসু অমুক ফাকতোকতুনা খোরজে অমুক পায়থৎলি অদুবু খনথরুবদা অকিবা ফাওরকই। অকিবনা চোকথরবা খূৎশাশিংদুনা পায়রিবা ডাইরিদু তপ্না থম্লদুনা মৈ চূরিবা চুরুটতু অরোইবা ওইনা শাংনা চিংলদুনা লূমলবা নীংশা মপী অমা হোন্দোক্লী।

"সার! চুরুটসে থাদোকপীবনদি ফরবনি।"

*চৈখল*

তোনসনা তপ্না হৌগৎলকই। "তা-কোইরেং ফম্মু, ফম্মুনে। ঐনা হৌজিকপু করি কল্লকপা লৈখিগদগনে? কদায় ডাইরিদু! তাকোইরেং, ঐগী পুন্সিসি লৈখা তারেকো, হিংবগী মমল য়াওদ্রেকো? মসি নুংশিবনা ঐবু লৈখা তাহনবনি, নুংশিবনা ঐবু ব্রাহনবনি।

"সার! ঙসি থুংলগদবা মীসিবু কনা ওইবীরবনো"?

তোনসনাদু মোমোন নোক্লকই। অদুগা মমি শক্তমদু তপ্না পুথোরকই। য়েংউ মা-ঐ পূম্না নম্মীনবা মমি শক্তমসি নুংশিদ্রা? তাকোইরেং! ঙসিদি ঐগী ডাইরিসে হৌবদগী লোইবা ফাওবা পারক্কে। ব্রারীসি তারগা নঙ কনাদসু ব্রারী শাদোক্কনু। মাঙবা নাইদ্রবা মতিক লৈবা নুংশিবা হায়বা ব্রাহৈসে ঐগী ব্রারীসিনা নুংশিববু তুকৎচবা ফাওখিদুনা মমল লৈখিদবা য়াই।

মতমদু, ঐনা চহি কুন-কুনমাথোই শুরকপা অদুগা মাগীনা চহি তরানিপান শুরকপা ইনখৎলকপা মতমদা থেংনখিবা মা ঐগী ব্রারীনি। তারো, ঐগী ডাইরিগী অহানবা লৈমায়দগী -

চৈচৎ ১/৪/২০০৬ এপ্রিলফুল নুমীৎ অসিনা মা ঐ কায়নবা নুমীৎনি। পুন্সি খোঙচৎ অমগীদমক তিন্নরম্বা, পূল্লম্বা মতম খরা, মাগী ঐগী পুন্সি, ঙসিদি অমুক চৎনখিবা তারে মাগী -মাগী মায়কৈ অমমমদা। কায়নবগী নোংমা ব্রাৎলিঙৈগী অহিং অদুমদি ঐ ফনা থেঙলফাওবা তূমখিদে। মরমদি মহৌশাগুম মা মপান থোকলকতুনা মরীনি পানবা থাজগুন্নবা মায়থোংদুনা চেপথরদুনা জুম-জুম লাউবা মখূৎতু থাংগৎলদুনা তপ্না-তপ্না হাইরকখিনি। ঙরাংদি মহৌশাগুম ঙনলকতে। মাসু ঐগুম্না কায়নবগী অব্রাদুমক মাগী মফমদসু ফাওখিবরা খঙদে? মহৌশাদি ইফমদা মাগী শক্তমদু মীকুপ খরদগী হেন্না উৎপা ঙমদনা মমায় লূকথদুনা চঙখিবনি। অদুবু নুমীৎসিগী অরোইবা অহিংসিদদি মকা লান্নবা মায়থোংদুনা ঐগী থোঙনাও তম্না য়েংদুনা লৈখিবদু অতিয়াদা থোক্লীবা থাজনা মাগী মায়থোং তম্না য়েংলকপদা অশেংবা নোংজাবীগুমই। পুন্সিগী ওইনা কাইনগদবা নত্তবা মাগী খোঙচৎ অসিনা অসুক চৈনা পীরবা অসিনদি করিগুম্বা মা-ঐ কায়নবা তারবা, মতম অদুদা ঐগী পুন্সিনা করি ওইখিনি হৌজিক্তগী খনথরুবদা অকিবা ফাওরকই। থম্মোয় অনিনা অসি

য়ৌনা ব্রাশক্লখ্রবসু মাগী অহলশিংবুদি কিবনা চৎলমদাইদু থম্মোয় অনিনা মনিঙ তম্বা ঙমখিদে। অদুবু রিক্সো মথক্তগী খূৎশাশিংদুনা "তামো, ঐ চৎলুখিগে, ননাক্তগী থোকখ্রবসু থব্রায়দি নঙগী থব্রায়গী নতুং ইল্লী। ঐ শোয়দনা নঙগী ননাক্তা লাক্লনি হায়বগী মতৌগুম খূৎশাশিংদুনা হাইরম্বদুদি কাউবা য়াখিদে। ঐনা মফম অসিদা লাকপা থা অমা ফারবা মতুং থম্মোয় অনিনা অমৎতা ওইখিবনি। ঐসু ঙকখি খঙহৌদবা ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বা। হন্দক্তা খঙলকই নুংশিবা, নুংশিবা হায়বশিবু অসুক খম্বন চাউবরা, অসুক কল্লকপা ফাওবরা, খঙদে মীসু অসুম্মা তৌরিদ্রা; খঙদে ঐদি য়াম্না হেনজিল্লে। ঐগী থাজবা মাঙবা মতমদদি মাসু ঐবু হেক-হেক থাজহল্লী। নুংশিবা হেনমনখিবনা ঐসু মঙোন্দা ব্রাহে খরদগী হেনদে মাসু ঐঙোন্দা তত্তনা হায় "ঐদি চীংমী নিঙোলনি ঐবু নঙগী ঈপা-ঈমানা পামগদ্রনে?"

মানা চৎলমদাই নুমীৎ তরেৎনি ব্রাৎলিঙৈগী অহিংদুনা চৎলমদাইগী অরোইবা ঐখোয় অনিগী উন্নবা ওইখি। নুমীদাং পূং তরামুক তাখ্রে থম্মোয় অনিদি অথেঙবা থাবল অহিংদুদা ব্রাশক্লখি। ঐসু ঐগী হকচাংদা ঙাথরক্লীবা মাগী হকচাংদু তপ্পা নানলদুনা থম্মোয় অনি হেন্না নকশিন্নদুনা অহিংদুনা নুংশিবগী পুব্রারী ওইখি। "বোইনু ঐ নঙবু কৈদৌঙৈদা থাদোকলোই। নঙ য়াওদনা ঐ ইথন্তা হিংবা ওইথোকলোই। নঙদি ঐগী হকচাং তংখায়নি।"

অদুঙৈ থম্মোয় অনিনা পাউ ফাওদোক্লদ্রিঙৈ, মীৎকা মীৎকা মীৎচান্নদুনা থম্মোয় অনিনা ব্রাহং কয়া তৎতনা হংনরবা তুংদা নোংমা তাঙনা থোকপা তানজা অমদা ঐনা অরৈবা থৌনা পূম্বা পুথোক্তুনা "বোইনু ঐ নঙবু নুংশি য়াম্না নুংশি" হায়বা মতমদা মানসু "ঐসু নঙবু নুংশি" হায়রকপা মীকূপ্তা ফংখিবা নুংঙাইবা মীকূপ অদুনা তাইবঙদা মদুগী মীকূপ অদুদগী হেন্না নুংঙাইবা লৈতে খনবনি অদুবু নুমীৎ অসিগী অহিংসিনা মীকূপ অদুদগী তাখিদে। নুমীৎ অদুগী থেঙজিনলক্লবা অহিং অদুদা মা ঐগী নুংশিবনা ইপাক অদুদা লূপ্লীঙৈ মাগী পাবুংনা খঙখিবা অদুনা কায়নবগী মীকূপতুগুম অদু য়ৌনা ব্রাখিবনি।

ঙসিদি মহাক চৎখ্রে হাঙহৌরবা মাগী কাসিনা কায়না পোৎলূম পুরবী মমা অমগুম তুমীন তুমীন লেপতুনা লৈহৌরে। মা লৈত্রে খঙলবা মাগী কাসে য়েংলুরবসু মহৌশাগুম মহাক্তী লৈরমদ্রে। নাকেন্থাগুন্নবা

উপালগুম নুংশিৎ কৌবী লাইরেম্বীনা নোংলৈগী জগোয় শারকপদা খুৎশা য়াওদ্রবা উপালনা মতৌ লৈতনা মালং ইরৈদা তুংইন্নবগুম, মঙাল য়াওদ্রবা ঐগী মীৎশিনা মাগী কা তম্না হেক হেক য়েংলুবদা বোইনুগী মাইথোংগী মহুৎতা ব্রাখলনা লূমথরবা শেন্দ্রাংনা মাগী নাকলগী চেক্কী ফৈরাদা তোংদুনা লৈবদু উরকই। ঙসিদি মা-ঐগী ব্রারী পুম্বা অথেঙবা অহিংসিদা ইমাঙদা থোক্লরে। কায়নবগী অব্রাবসে কনাদবু ব্রাকৎলুনি। খাম্বা য়াদনা সীম্বরক্লীবা খাঙঙমদবা মীৎকী পিনা ইমাঙদা ফাল মথক্তা থগ্রীবা ঐগী ডাইরিদা পোপ পোপ তারি। খোঞ্জেল অসিনা অথেঙবা অহিংদুদা মানা ইফমদা ব্রাশকখিবা অদুগা অরৈবা পুম্বা পুথোকতুনা ব্রাকৎখিবা ব্রাহৈশিংদুগুম শেংফাৎতনা তাবগুম খল্লী। মাগী শুমাঙদা কোয়পাই পাইদুনা ‘বোইনু করিগীনো নঙনা মপান্দা থোক্লক্ত্রীবদি পাখঙ ওইবা মহাক্কী নুজা নঙবু ঙাইবদা ব্রারে হায়না খুৎলং ঈশৈ শক্তুনা লক্লরকপদা ইকায়বনা খাঙবা ঙমদ্রবী ঐগী বোইনুনা চেন্থোরকপদা উচেকশিংনা ইপা-পাখৎনা পাইখিবা অদুগা মহাক্না তপ্না চেপথদুনা য়েংলকপদা তাশিনবা নংহৌদনা হুমদোকখ্রবা অমুবা শন্নাংশিংনা ব্রাহোংনা জগোই শারকপগুন্নবা থৌদোক কয়াদু অথেঙবা অহিংসিদা খঙশিৎ শিৎলকপা নুংশিৎনা মায়কৈ খঙদনা হুমদোকখ্রবা অঙৌবা চেবাঙশিংদুগী মরক্তা উরকই।

ঐগী খঙহেন হেনজিনবা মতৌদুদা ইকায় থিগনবী মহাক্না লুকথদুনা লেপশিন্নরগা লোন্না লোন্না হেক হেক য়েংলকপদু ঙসিদি লৈত্রবা মতুংসিদদি য়েংলুনু য়াদনা য়েংশিনলুবদা মখোয়গী মাঙ্গোলদা থানবা বলবতুনা লুকথরদুনা ঙাল্লি। অশিৎ অব্রানথাগী লাক্কনী তাক্লমদবা অঙাওবা থৌওংদুনা খঙহুম হুন্নকপদা বলবতুনা নাকল অমদগী নাকল অমদা হাইরকপদা ঐগী ফমফম অদুদা মাগী বলবগী মৈঙালনা অমুক-অমুক চেল্লকতুনা অঙৌবা চেনাশিংদুদা ইরিবা মরাঙ কায়দ্রবা ব্রাহৈশিংসে ইথক-ইপোম হৌহল্লী। মতমগী খোঙচৎতি খক লেপতুনা লৈথোক্তে অদুম অদুম উরকতবনা ফনা কুইরক্লে মাগী মপাউ তারকতবা, মশক উরক্তবা থম্মোয় অনিনা মীকূপ খূদিং লোইন্দুনা নুংশিবী মহাক্না ইনাক্তা লেঙদনা লৈরবদি খল্লিবা থম্মোয়সিনা মপূগী থৌজাল অমগুম থা খরদি মা-ঐ মীকূপ খূদিং নুংশি ব্রারী শাদুনা লেল্লকপা থম্মোয় অনিগী ঈচেলনা খঙতৎ তৎখিবদা থম্মোয় অসিনা ব্রারিবা তাইবঙপানসিদা অদুক ব্রাবা থৌদোক থেংনরকখিদ্রা?

*চৈখল*

অহিং কয়া হৌখ্রে। ব্রাখলসে লৈতাদ্রে। ঐগী খনজবগী ওন্ন তৈনবদা মাদি ঙসিসু মন্না মপাউ করিমত্তা তাহল্লক্ত্রি। নঙনা ঐবু কাউরগে খল্লবসু নঙনা ইফমদা ইরাল অমদি পীরম্মু মদুনা ঐ নঙবু কাউবা ঙন্ত্রা য়েংগে, নঙবু তশেংনা থম্মোয় পান্দবীরনে? থা খরা লোইনবা অদুদদি নঙনা অরৈবা পূম্বা কৎথোক্তুনা ঐগীদমক লেপখি অদুবু খঙহৌদনা হুন্নকপা অঙাওবা নোংলৈনা হুম্বদা মাইকৈ ওন্নরবা নুমীৎলৈগুম নঙনা চৎখিবা নুমীৎ অদুদগী নপাউ অমৎতা তাহল্লকত্রিবশিবু নঙবু থম্মোয় পানবী অমরানে?

নঙগা থেংনরুবদগী নুংশিবা মশক খঙলকপনি। অদুনা ঐনা নফমদা পীখিবা ঐগী নুংশিবসু অশেংবা অমদি অরেপ্পনি। অদুবু ঙসিদি নঙগা থেংনরুবা অসিনা ঐ নুংশিববু তুকৎচহল্লে, অকিবা ফাওহল্লে। থা খরগী তুংদা খঙহৌদনা থেংনবদুদা নঙনা নুপী ওইবীগী অন্নাবা পূম্বা পুথোক্তুনা ব্রাকৎলকখি। ইফমদা পাউ পীনবগী খূদোংচাদবশিংসু ফোংদোক্লকখি। অদুবু বোইনু ঐ মসিমদি হায়নিংই, নঙ ঐগীদমক শিবা কিব্রনে? নুংশিবা অমগী মফমদা নমখায়বা ঙমলোইদবা শম্বলবু লৈব্রানে? ঐদি নঙগীদমক কৈদৌগে? নোংমদা নঙগী ননাক্তা কয়ারক লাকউগে ঐগী পুন্সি নঙগীদমক লৈখা তাহনগনু। নঙগী নফমদা নুংশিবসে মচু-মচুগী নোংথাঙনি হায়বা খঙলম্নবা নঙগীদমক পুন্সিসি অসি য়ৌনা লৈখা তারম্লোইদবনি। ফরে, য়াইফবীতা ওইয়ু অদুগা ঐনা ঙসি ফংলিবা চৈনা অসিমদি নঙগী নফমদদি ফংদবা ওইয়ুকো।।

অকিবা ফংনা খুরক্লীবা তোনসনাগী লোকখুদুদা কোইরেং পাখৎনা খরা নকশিল্লী। তোনসনা নীংশা মপীদু চাউনা-চাউনা হোল্লদুনা - "তা কোইরেং, ঐগী ব্রারীশি নুংশিদ্রা? ঙসিদগী চহি খরগী মমাঙ ঐনা তুরিজম পায়রিঙৈদা লৈত্রামদা লৈবা ঈশিং চাইবী মনাক্তা কম্যুনিটি হোল অমা শঙগাবা চৎলী। মদুদা বোইনুদু অমুক থেংনখি। মা য়াম্না হোংলমলে মপোক হৌরমলে, ময়াঙসু য়াম্না কংলমলে অদুবু মাগী মীৎনা নোকপা মীনোক অদুদি হোংলমদ্রি। মা-ঐগী অনৌবা ডাইরিগী চেনাশিং ফাক্কৎনবা থৌরাংলকই। তা কোইরেং, ঐসে অফবা মী অমদি নত্তেনে হনুথং অসিদা তৌহৈদবা থবকশি থাদোকপা ঙমদ্রিবশিনি। ঐনা ঙসিফাওবা নুপী থিদনা লেল্লক্লীব অসিগী ব্রাখল কনানা খঙদ্রবসু.....।

*চৈখল*

সার, মদুগী মতুংদা অমুক্কসু থেংনখিদ্রব্রা?

থেংনখি কয়ারক থেংনখি, অনৌবা ডাইরি অমগী অনৌবা ব্রারীশিংগী পন্দুপশিং মথং-মথং। কনাসু খঙহন্দনা কনাসু উহন্দনা পূক্লীং হূরবা লৈকোলদা, নিল খোংলবা ইম্ফালগী অকোয়বদা পাক্লবা ঈশিংগী ঈয়ায়শিংদা অদুগা থাবল ফরবা অহিং কয়াদা। নুংশিবগী ব্রারীদি লোইবা নাইখিদে, থাদোকপা ঙমখিদে অদুবু লুরিবদি মাদি মচা-মব্রা লৈরবীনি। খঙদেদা তা কোইরেং নুংশিবা হায়বসি মতম খায়দে মসিদি অশেংবা লঙজবমকনি। অদুনা ঙসিগী কা অসিসু মীথুং অমা ওইনা মানা থুংলরগবনি। পূংসিসু তাশিল্লক্লে, শে, অনৌবা ডাইরিসি ঙসিদগী নঙ পায়রো। ঙসিদগী নহাক্লা ব্রাৎহৌরীবা চেনাশিংসি নঙনা মপুঙ ফাহল্লো। ফরে, ঐ মাবু লাকপা ঙাইহৌরগে, নঙসু করি করিনো নথৌদু লোইশিনজহৌরুবো।

কোইরেং থোকখিবদা ঙাইহিরি, কদোমদগীনো নেংমৈগী খোঞ্জেল অমা তাখি। কোইরেং মমীৎ মানা চপ য়ুংই। মায়কৈ শীনবা থুংনা য়েংলুবদা তুংদা নাহেখোল অমা তারকই। মদু কনাগীসু নত্তে তোনসনাগী থবাক্তগী চেন্থরক্লীবা ঈ-সিংদু মখূৎনা পায়রদুনা লৈমায়দা তুথবা হৌরক্লীবদু উরকই। কোইরেং চেনশিন্দুনা মাগী সারবু কোনখৎতুনা থোঙ্গাল তম্না য়েংলকপদদি চীংগী খুল্লাকপা অমনা নুপী অমবু শোরো-শোরো চিংলদুনা চিংনবা লৈতনা থোঙ্গাল তম্না থোকখিবা উই। কোইরেং হৌগৎকে তৌই। অদুবু তোনসনানা খুদাঙ পায়দুনা য়াল্লি। মপি ঈরা চেল্লদুনা চৈনা খাঙনা কোইরেংদা য়েংখৎলকই।

"তা কোইরেং! ঐগী ডাইরিগী চেনাশিংদুগী অব্রাৎপা চেনাশিংদু নঙনা মেনশিল্লগা থমজিনখ্রো। কনাদসু উহল্লুরনু। হৌজিক মতমশে অরানবা তৌবা য়াদ্রবনি। তৌজরুবা থবককি মহয়সু হৌজিকতি চোম্থদরে। তৌরুবগা ফংবনা হাল্লে। কদায় মমি শক্তমদো অমুক্তা থাংগৎলকউ য়েংগে। ... তা কোইরেং....। তোনসনা অরোইবা ওইনা মমীৎ উইশিনখ্রে। মীকূপ খরগী তুংদদি কাদু পূমচিক চিকখ্রে।

# ফাওন-চে

'পোষ্টমেন-পোষ্টমেন' মখূৎনা সাইকলগী শরীকতু খিঙবা লেপতে। ইলিজাদু মীনোক অমগা লোয়ননা চেনশিনখিদুনা মাগী য়াওবরা থিরি। অদুবু মাগী উদ্রবা অদুদা থব্রায় নুঙাইতনা পোষ্টমেন অদুদা মাগী মিং হায়দুনা মাগী হেক য়াওবগা থিনবীরক্লবা শিন্নরি।

ইলিজা চীংমী নিঙোল্লনি, তম্পাক্তা ময়ূম পাল্লকপনি। হিংনবগী লানফমদা মখোয়গী থোঙ্গালগী মতাইদা হোটেল তৌদুনা হিংজবনি। ইলিজা ঙসাই অয়ূক অঙনবদগী হোটেলদা লৈরক্লী। তবোপ-তবোপ লাউবা মমায়দু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎনা চা অমুক পুথোক, তল অমুক পুথোক ফনা ব্রানা হোৎনজে। অতকপা তলদু হৌদুনা থল্লগা মী খরা কোমলকপগী তানজা অদুদা শুম চারবা হোটেল য়ূম্বী অদুদা য়াল্লিবা শাবা লোইশিল্লকদৌরবা লোং অদু অমুক পায়দুনা শাবা হৌরকই।

"লেম্বী! লাকও লোক্তা ঈশিং শোকপা চৎশি।"

"ইলিজা লাকএ। ইলিজা ইসতেফেনদু হোরেল নখোয়দা লাক্লী হায়। নখোয় ইপুংগা ময়ু থক্কনি হায়এ। অদুনা নঙদি খুনকী নিংথৌকা লুহোংবা তারেনে।"

"লেম্বী, শাউনিংপা ব্রা হাইকনু। ঐতি তমকী ওজা কোকিলগা লুহোংকনী।"

ইলিজা, ইলিজা করিনোনে নঙনা ইনেনা কৌবগা তাদবমখে নতোমতা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরিদো? শে, পোৎসে অমুক্তা থারু লাউনে। ঙসিদ্দি পোৎসিসু খরা য়ামখ্রে।

ইলিজা হৌগৎতুনা পোৎয়োনবী তমুবীগী পোৎ-চৈদু লৈবাক্তা থাংথমিন্নে। অদুগা হাইনবা নাইদনা তমুবীগী চাঙাং অমা পুথোকরকই।

"হায় ইলিজা নঙগী লোংসিদি লোইদৌরেদনা অস ঐগীসু লোংশি লৈদবা য়াদ্রবনিনে। ঈশিংসু তারক্লনি। হয়েং থরোই খুল্লবা অমসু লৈদবা য়াদবনিনে তৌরিসে শেনগী মথৌ ঙাক্তা হৌজিক্কী চাক চানিংঙাইসু লৈত্রবা মতমসিদা লোংবু লৈগদ্রা ঈচানুপাগী লাইরিক তঙ্কগীবু থাগদ্রা হিংনিংদবা য়ৌরে।

*চৈখল*

ঙসিদি কাং অহৌবা নুমীৎনি। মীসু অতৎ-অখম লৈতনা ইলিজাগী হোটেল মায়কৈ তমলক্লী। ইলিজাগী হোটেল মায়কৈ অসোমদদি হাইফেৎ মমিং চৎলী। অঙকপা অমদি মাগী শিংজু বোরাগী মহাওনি। নোংমা অসামগী হোজাইদগী মৈতৈ পাখঙ অমখক্লা হায়রম্মী 'ঐনা মণিপুরদা লাইরিক তম্বা লাক্লমদাইদা ঐগী লৈকায়গী মরুপ-মপাওশিং, ঈমা-ঈবেনশিং, ঈপূ-ঈবেনশিংনা ঐদি মণিপুরদা চৎপা ফংলনি, ঈপা-ঈপূশিংগী খুভম উবা ফংলনি, কংলাগী মশাইগোন্দা চেন চোংদুনা শান্নজবা ফংলনি অদুগা কৈথেল ফম্বী ঈমা-ঈবেনশিংনা শুবা শিংজু বোরাসু চাবা ফংলনী হায়দুনা হরাওনা হায়রমখি। অদুবু মদু পূন্নমক মণিপুরদদি তাইওন্নরমল্লে খন্দুনা ব্রাজরুবদি শিরোই চীংদা শাৎপী লিল্লী, ইলিজানা তম্পাক্তা শাৎতুনা মতম অদুগী শিংজু বোরাগী মহাও অদুদগী তাদনা শুদুনা মীহৌরোলগী থৌদোকশিংবু নীংশিংহল্লে। কাং থোক্লকপা মীসু অরেপ্পা লৈত্রি অদুগা তমুবীসু হিংনবগী লানফমদা অনৌ-অনৌবা পোৎ কয়া হাপচিন্দুনা ইলিজাগী হোটেল মমাঙদা পোৎ য়োল্লি। অরাপ্পদা ইলিজাগী মপুরোইবা কোকিলদু য়ু ঙাওদুনা লম্বীদা লাউদুনা লাক্লী। ইলিজা, পাকশিদগী শেনশিংদু লৌথোক্তুনা কোকিলনা খঙদনবা লোৎশিল্লি। মরমদি কোকিলনা লাক্লীবসিগী মরমদু খঙই। হোটেলদা চঙলক্তুনা ইলিজাদা শেন পীয়ু হায়রি অদুবু য়ু থকপা ত্তার শান্নবনা মথৌ ওইরবা কোকিলনা হায়বদু ইলিজানা পীনিংদে। মপূরোইবনা শাউনা চঙলক্তুনা ঙসাইদগী ইলিজানা ব্রানা হোৎনরিবা ময়ামদু লংখায়বা হৌরক্লম্মী। "হে লমচৎ নাইদবী নঙ হোটেল ফম্বা য়ারোই। হোটেল অসিদা চা থকপা লাকপা নুপা খরগা য়া-য়া নোকতনা। অদুদসু নত্তনা নঙনা পোষ্টমেন হেক লাকপগা ফাওনচে য়েংলিদুবু কনাগীনো! ঐ, মীৎ নাইকো, ঐগীদা লৈনিংদ্রগনা চৎখ্রো পোষ্টমেন্দুগী মতুং ইনখ্রো।"

কোকিলগী অখাক-অরাউগুন্নবা তাবদা ব্রারবা ব্রাহৈশিংদুগী মরুমদা ইলিজা খাঙবা ঙমলক্তে। মাগী অনিঙবা অপাম্বা অচুম্বা ব্রাখল লিচৎ অদু মপুরোইবা কোকিলদা খঙহন্নবা হোৎনৈ অদুবু মচীন খুম্মী হায়দুনা ফুজিনবী। মতাইদা য়েঙ্গাং য়োল্লীবী তমুবীদু ইলিজাগী মতৌ য়েংবা ঙম্রকতে।

*চৈখল*

"কোকিল, য়ারে তোকও। নুপীদা অদুক তমথিগদবা নত্তে। নঙসু খোংগুন তাউ। য়েংউ ঙসাইদগী ইলিজানা হোৎনরিবশিংসে। নুপা নঙদি নুপাগী থৌনা চেল্লু। ইলিজা লৌরকপগীদমক ঈমা-পাবুংনা ইস্নোক্লে হায়দনবু ময়ায়কাবা চিঞ্জাক শীজিন্নরমদবা নঙনা মরুপ ওইরকতুনা পুন্সিবু লৈখা তাহনগদবা নত্তে।"

কোকিলদু অঙাওবা অমগুম পোৎয়োনবী তমুবীদা মমীৎ খানা য়েংলকই - "ইনে, ইলিজাবু ইনেগী অনৈবা পুন্সি লমবেল অদুদা পুথবীনবা হোৎনবীগনু। ইনেসে লুখ্রাবীনি। লুখ্রাবী অমগী পাউতাক ঐনা লৌগদবা নত্তে।" অশাওবনা অফ-ফত্ত কাউখ্রবা মচিন থৌরবা ব্রাহৈ কয়ানা তমুবীদু খুইথরবা খজাইদুদা পূক্লীং নুংশিরবা পি মরিকশিংদুনা খুন্বা ঙল্লরোইদবা ব্রাহং চান্মা হংলিবদু নথৈদুনা চৎনবা হোৎনৈ। ইলিজাসু অকৃৎ-অতোঙ মান্নদ্রবা মাগী হোটেলগী লৈমায়দা চাইখাইদুনা তারিবা চান্ন-থক্লবশিংদুগী মরক্তা কোকিলগী চৈফমগী মমি অদু য়েংল-য়েংলদুনা শুৎ-শুৎ কপ্লী।

"ওহ! নঙগী থম্মোয়সি পিকইদকো। ঐনা ঙাইজখিবদি শুপ্নগী মবুং অমগী থম্মোয়দগী চেন্থরকপা মচন নুংশিবগী ঈচেল অমগা লোয়ননা ইরকপা ঐগী চঙজফম পীরকপগি মপাউদু খক্তনি।"

অশেংবনি ইলিজা, তম্পাক্তা ময়ূম পাল্লকপদা পেন্দ্রবা মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পাশিংনা মপাম লমদমদা লাকচনবগী লম্বী ককখিবনি। অদুনা ইলিজানা ঙসিসু ঙাইখিবনি মপাম লমদমদগী থৌজালগী পাউ অমখক। মকোয় খাকপা 'তুপী' উপ্পা পাঙলগী ফিজোল শেৎপা পোষ্টমেন অদুনদি থাজবা পীরম্মী ইলিজাগী ফাওনচে হেক য়াওবগা থিনথদনা থিল্লককে হায়দুনা।

অয়ুকতু চঙখিবদা ঙায়রিবনি কোকিলদু, চফু-উয়ান কোল্লিকশিংদু মপান্দা লংথোরকই। "নঙবু কনানা চাক থোংউদনা থোংলিবনো? লমচৎ নাইদবী হূরান লোনচৎ চৎপী নঙনা থোংবা চাকতু ঐনা চাগদবা নত্তে। ঐ খঙলোই হায়না খনলিনে। হে ! নঙ য়াম্না থুনা নপাম চৎহৌবনা ফরনি নত্রবদি নাতে কয়া চাররোই" ফূজিনবসু

লেপতে। ইলিজাগী ব্রাকৎসু তাবিদে। মপুরোইবগী অখাক-অরাওগুন্নবা তাবদা ব্রারবা ব্রাহৈশিংদুদা ঐ লানদে হায়দুনা খুমজনবগী হক অমৎতা ফংজদে। ফূবা য়াবা, থুগায়বা য়াবা থুগায়রন্নগা ফাল মথক্তা খিল্লীবা টি.ভি.দু কোন্দুনা থোকখ্রে। ইলিজা খাঙফম থোকপা চৈনাশিংদুদি হান্নগুম অদুম খাঙহৌই। নুপী ওইবীশিংগী মফমদা মসিদগী হেনবা অতৈ করি চৈনাবু লৈরমখিগদগে?

হন্দক মরক্তী কোকিলদু ফমুংদগী হেন্দোকত্রে। মশাদু হন্দক্তী য়াম্না শোকচিনখ্রে চাকখাওসু শোক্লে অদুগা থোঙাকসু য়াওরে। হৌজিক য়াম্না কননা মায়োক্লরিবদি মাগী লেংবা থিনবা অসিনি। ইলিজা মপুরোইবগী মনাক্তা ফমদুনা মপুরোইবগী অশোয়বা পূম্বা পুথোক্লুনা অচাকপা থম্মোয়দু খাঙলি। মসি নত্তনা মাগী মপুরোইবগী অব্রাবদা অতৈ মতেং লৈতে। অদুবু ইলিজাগী ব্রাহৈশিংদু কোকিল থোইনা তানিঙবা পোক্তে। চাদ থক্তবনা খঙকৃৎ কৃৎশিনখ্রবা মমিৎতু ফক্লাংদা থেৎলিবা খৃষ্টমাস নুমীৎতা কাপমীন্নখিবা মখোয় অনিগী মমি শক্তম অদুদা শংত্রিক য়েংলদুনা হৌখ্রবা পুন্সিবু নিংঙমলক্তে। নুংঙাইবগী তাইবঙ অদুদা থেংনখিবা মরুপশিংদুবু ঙসিদি অকিবা ফাওরকই।

‘‘ইলিজা, নঙগী নফমদা ঐসি শা অমা হায়বদু ওইখ্রেকো। নঙসে ঐনা মীরাইরুরেনে।’’

ঙসিদি শাগোলশেন্নী পোষ্টমেন লাক্কদবা নুমীৎনি। ইলিজাদু পোষ্টমেন লাকপা ঙাইরম্বনি অদুবু লাকমন্দবদুদা হোটেলদু থোঙ লোনশিলন্নগা চঙলকলে। চাক চারকতবা কুইরবা মপুরোইবগীদমক লৈরকখিবা এমপলদু পায়দুনা কোকিলগী নাক্তা ফমথে।

কোকিলদু ইলিজাদা মমিৎতু শংত্রিক য়েংলি। মীৎলু অনীদগী পিদি সীন্থরকপা লেপতে। শম্নবদা ব্রারবা খোঞ্জেলনা তপ্না পোৎথা-পোৎথা ঙাঙলকই।

‘‘ইলিজা ইনে তমুবীদি মতোমতা ফমহৌরব্রা?’’

‘‘উং।’’

"ঐ ইনেদা য়াম্না লানখ্রমাল্লেকো। ইবানিগীদমক ব্রাবিরকপা নঙ ঐগী মতেঙ পাংদুনতা লাকপা ইনেদা ব্রাহৈ অদুমক হায়বা ঙমখ্রবনি।

"... লুখ্রাবী অমগী পাউতাক, ঐনা লৌগদবা নত্তে ইনেশে লুখ্রাবীনি।"

***

কোকিল মপিদি লেপ্পা লৈতনা সীঙ্খ্রক্লী। ইলিজা ব্রারীদু নাথৈনবা হোৎনরকই। ঐসু লায়েংসঙদা অমুকতং চৎনিংই। অদুগা ব্রাফম অমতংগা হৌদোকচগে। পিবুক্লুংগী নাব্রাসে নুপা-নুপী খঙদোক্লীংই।

পাঙবা ইঙম ঙমদ্রবা মমিৎতু ইলিজাদা খংয়েং য়েংলকই -

"মদু খঙলগা করি কান্নগে? নুপী ওইরগা কৈদৌগে মতিক চানবা শেন্নগা লোইরে। অদুগা মদু আইন্নসু য়াদ্রবনি অদুগা ঐসু মদু পামদে। ঐদি নুপীনবু হেন্না পামলেদা।"

"ঐস্ নুপী পামমে। নুপাশিংসে য়াম্না কিরে, নুপাশিংসে ঐ খীরে।" থম্মোয় শোক্লা কপচৈ।

ব্রাকচিং থাদা নোং চুবনু অমুক ঙকলুখিগদ্রা? হন্দক্তী কোকিলদু খোঞ্জেল থোক্লা কপথোরকই। "নঙগীশি ঐবু ইকায়বা পীরিব্রা? তাইশিনবা ঙমলরোইদ্রবা থম্মোয়সি নঙনা হনজিন-হনজিন চৈনা পীরি।"

লৈকাঙ চারবা থোঙনাওগী শেগায়রবা ফিজঙদু তম্না য়েংথোকখিবদা তমুৰীগা পোষ্টমেনগা চে অমা পায়বদুনা থোঙ্গালদা চঙলকলী। ইলিজা মপান্দা চেনথোকখীদুনা চেদু লৌরদুনা মপুরোইবগী চিংনবা অদু কোক্লবগীদমক পাদুনা তাহনগে খনদুনা চেনশিনলকপদদি কোকিলদি তাইবঙসিদগী কায়নরমলে। অদুবু খদাঙ য়ৌবা ঙমদনা, অরোইবা তাইবঙ থাদোক্লমদাইদা সীন্থরম্বা পি অদুনা কনাগীদমক... ?

# মীংয়েংদুগী ওয়খৈনা লানদ্রিফাও

নুংঙাইরিদনা? মসিবু নঙনা ইফমদা হংফম থোকপরনে? নঙগা ঐগা করি থোক্লরদনা ব্রাহংশিমক ঙসি অমুক হংলক্লীবনো? অদুবু ঐ থম্মোয় পান্দবা অমদি নত্তেদনা। ঐ খুমদি খুমলম্মীদনা ‘‘ঐবু নুংঙাইরমগদবা মানব্রনে? পাউখুম অসিদা নহাক্লদি ব্রারৌরমগনি ঐগী মওং অদুদা নহাক ইকায়রমগনি অদুবু নঙদি মীকুপতু খক্তনি। ঐদি নফমদা কয়ারক্লীদনা।’’

নুমীৎতু শাগোলশেম্মী পোষ্টমেননা ফাওনচে অমখক থিল্লকখি, ঐ ঙকখি। কনাগীনোনে? খঙনিংবা অমগা লোয়ননা য়েংই। মখূমগী মনিঙদা ইরম্মী য়াম্না পীক্লা ক্লাকৈথেল। ক্লাকৈথেলদগী কনানোনে, চেখাউদ্ খরা থুনা হাংদোকই।

শকখঙদবা মরুপ, নহাক্কী লৈফম খোরজৈ মরুপ’ লাতম অমদগী ফংই। মরুপকী লৈফম হেক ফংবগা ঐ নহাক্কা খঙনবা পাম্বদগী ফাওনচেসি ইজরক্লীবনি। ঐগী অপাম্বসিদা নহাক্লা শোয়দনা অয়াবা পীরক্কনী থল্লী। ঐনা মরুপকী খুনগী ফজবা কয়াগী ব্রারী তাবা পাম্মী অদুগা লোয়ননা মরুপকী ইমুং-মনুংগী মরমদসু খঙনীংই। অদুগা মরুপকী মমি শক্তম অমসু পামই। মথংগী ফাওনচেদা ঐগী মরমদা অমত্তা চিৎথদনা ইরক্কে লেপ্লগে।

নহাক্কী শকখঙদ্রবী মরুপ
ব্রাংলেনথোইবী

ঐগী লৈফম খোরজৈ মরুপ লামতমদগী। উম ! মানি লৈখা তারবা মঙাল য়াওদ্রবা, অমম্বা শোইনাইরবা পুক্সিসিনা ফক্লাং মরিনা কোয়শিল্লবা অমম্বা কা মনুংদুদা চহি কয়া লেল্লকপদা অরোইবা মীকূপতু ঙাইনা-ঙাইনা লেনখি অইবা অমা ওইনা চেফোঙ কয়াগী মহাও লৌদুনা, ঐবু করিনো হৌজিক তৌগদৌরিশিংবু? ঐ ইশানা ইশাবু কনানো হায়বদু

কাউথোকলুরব্রা? হিরম অসিদা ঐনা শরুক য়ারুবগী করি হক লৈগেনে? খুম্বা ওন্নরোইদবা ব্রাহং কয়াদুগী পাউখুমদু মথা তানা থিরুদনা হন্দক্তী ইরগে খন্দুনা নুমীৎ তরুক্নী চোম্থরবগী তুংদা ঐগী ফাওনচে ইরে।

মরুপ ব্রাংলেনথোইবী,

মরুপকী পাউ ফংবদা ঐ য়াম্না নুংঙাই। ফকলাং মরিনা কোয়শিল্লবা পিরাংনা থুমহৎলবা কা অসিদা লেল্লকপা চহি মঙা শুরক্লে অদুবু ঙসিদি নঙগা মরুপ অমা ওইনা ফংবা অসিদগী ঐগী পুন্সি অরোইবা মীৎকূপতু ফাওবদা মোমোন নোক্লা চৎচবা ফংগদ্রা?

থাবগী লোইবা নাইদ্রবা মেরাগী থানিলগী থেঙলবা অহিংদা লিরি হুন্নকপা নুংশিৎকী ইরৈদা মনা পুঙলবা উপাল কয়ানা কেন-কেনা জগোই শাদুনা অহিংগী লাইরেম্বীবু শুমহৎনবা হোৎনবদা পুন্সি চেঙজেল লোইরবা অকঙবা উনা, উশা কয়ানা মশুং মমান্নবী কয়াবু কায়ন ইঙ্গিৎ পীরন্নগা মালেম লৈমায়দা কেল্লকপগী খোঞ্জেলনা ঐগী খুঙ্গংগী পাখঙ লৈশাবী ঈনখৎলক্লীবা অঙাংমচা কয়াগী থম্মোয়দা লমতা থাগী থাবল চোংবগী মখোলগুম থম্মোয় মথূম-মরাঙ হৌহনবগী শুম্মৎনীংঙাই ওইরবা নীংথিবা কয়া ব্রাৎতে।

মেঙনা ঈংলবা থাজগী মঙালদা লিরি হুন্নকপা মালঙগী শাহুমদা খুন অসিগী মিংশেন ওইদুনা মাঙদা পূমবূম লেপতুনা মচাশিংবু অব্রাৎ-অপা য়েংলিবা কংলা চীংদগী লূরবা লোক্নী ঈশিংনা ইপাক তম্না চেন্থরক্নুনা ইকোপপাৎ অমদি খরুঙপাৎকী ইয়াইদা তিনখিবগী খোঞ্জেলনা নাউশুম ঈশৈ ওইদুনা শিন্মী কয়ানা শিন্থা কয়া পাঙলুবগী অব্রাববু কাউথোহন্দুনা মথোঙ হুকত্রবা মিনুংশি খঙদ্রবা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা চেৎনা কোন্দুনা থম্বীরি। অদুগা খূন অসিগী ময়ায় চবুক্তা খায়দোকতুনা চেন্থরক্লীবা তুরেল অসিনা চিক্লবা পাউজেল পুরদুনা চান্নবা নুংশিন্নবা কয়াগী খোয়থূমনরবা লাইজগা লোয়নরদুনা থেককোই-নাকোইবা য়াওদনা চুমদ্রিং চুম্না মীচঙ-মীখাই নাইদনা খূন অসিগী খুঞ্জাশিংদা তপয়াংবগী পাউ তন্রি।

*চৈখল*

অশিঙল্লবা মহৌশাগী অৱাৎপা লৈত্রবা লমদম অসিদা ঈমা-ঈপাগী অমখক পোকচবা মচা ওইনা ঐগী ইতৌদবু য়েংল্লদুনা মমিৎতগী লোম্না-লোম্না মপি সীল্পরদুনা লৈরি। ফরে লেপ্নগে, তাইবঙমপূনা নহাকপু মতম চুপ্পদা চানবীসনু।

নহাক্কী শকখঙত্রিবা মরুপ

চাউথোই।

নুমীৎ অসিদগী চৈনা অমদি ইফমদা হাপচিনবীরমলেদনা। মীওই অমা ওইনা পোকলল্লগা মীওইবা অমগী চৎনরোল থৌদোক কয়াদা মীরক তিঞ্জবা ঙমদবা ঐ অসিবু ঙসি ফাওবা করিগী তাইবঙ অসিদা মী ওইনা মমীংতগী হিংদুনা থম্নীরি। হে ! নোংদয়ম্ব নঙনা ইফমদা পীবিরিবা চৈবাক অসিবু করম্বা লঙজরুবগী মহয়নো? লোইগদবনা কয়াম ব্রাৎলিবগে তাইবঙ মীওইবা মরকসিদা মী শাবা পামদবদগী অচিকপা কা মনুংশিদা ইতোমতা হিংজরম্বা পুন্সি অসিবু করিগীনো, ব্রাংলেনথোইবী নঙগী মরুপ হায়বা রাহৈশিনা ঐবু তাইবঙ কুম্মৈদা পুথোক্লবা হোৎনরিবা।

খরা লৈবগা নঙগী ফাওনচে অমুক লাকখি। হীবম অসিদা নহাক থব্রায় য়াম্না য়াওনা উই। তৌববুদি নঙগী চহি মতাঙ অসি য়াম্না ইরাঙ লাঙজবা ইঙাও ঙাওজবা মতম্নী। অদু ওইরবসু চহি ১৪-১৫ খকতং ঙায়রিবা নঙনা অসুম্না তৌবা হায়বসিমদি ঐ পামদে। মবমদি অনিশুবগী পাউরোল অদুমদি নঙগী মরমদা অমত্তা চিৎথদনা ইরকখি। অমুক ঈকান কান্নদনা থারকখিবা অহুমশুবা অদুমদি ঐ নঙ য়াম্না শাওনিংই। অদুগা নঙগী নতৌদুদা ঐ য়াম্না পাখৎপা ফাওখি। নঙনা হাপলকপা নঙগী মমি শক্তম অদুদা খরদি খঙলে নঙ নশক ফজবী অমনীনা খরদি লাঙগনি। ফাওনচেদু ফনা কুইনা পাদনা মোন মখাদা তাদুনা অদুম লৈ। অদুবু করিগীনো খঙদে মদুনা ঐবু অহিং তূমহনখিদে। নুমীৎ তরুক্কী চোস্থরবগী তুংদা মোন মখাদগী লৌথোক্কুনা পারুই।

চৈখল

ঐগী চাউথোই,

হন্দক্কী ঐগী মীংগৌশি চাউথোই নঙ ঙকপ্রা? খঙদে ঐ হায়ফম খঙদে। নহাক্কী ব্রারীসিনা ঐবু ঙাওহল্লে। মরৌ লৈবা ব্রাহংতনা থনবা নহাক্কী পাউরোলশিংনা ঐবু নুংশিবগী ঈপাক্তা পুথবিরে। চাউথোই, মরূপ অমা হায়বসে পুন্সিগী লমবেল অমদা অরোইবা পনথুং অদুফাওবা চৎমীন্নবদুনি। ঐগী পুন্সিগী লমবেল অদুদা নহাক্কা লোয়ননা চৎমীন্ননীংই। নুপী ওইবী অমনা ইকায় ইকি থাদোক্তুনা নফমদা হায়জরিবসে খনবীদুনা নহাক্কা ঐগী নুংশিববু তরাম্না লৌশিনবীয়ু। ফরে পাউকৎ অমখক তৌজগে নহাকপু ঐগী ঈমা পাবুংনা খঙবা পাম্মী হায়, অদুনা নঙ চহি হৌবা নুমীত্তা ঐখোয়দা লাকউ। চাক চরা অমতং চামীন্নসি। ঙসিগীদি লেপ্লগে।

নহাক্কী ব্রাংলেনথোইবী

ব্রাংলেনথোইবী, ঐগী কিনথরক্লবা পুন্সিগী মনুং চন্না নহাকসু মৈরিলকসিদা হিংহন্নীংদেনে। নহাক্তা নত্তে মীপুম খুদিংমক্কী। মসিগী নত্রা ঐনা কনাসু উদনবা হায়দুনা চহি খরগী মমাঙদগী কা অসিদা লেলক্লীবসে। নঙ অমুক্তা হায়য়ুনে ঐসিবু নঙগী মীৎনা উবা খোয়ুমলাই অমনি হায়দুনা চ'উথোকচবা ঙমগদ্রনে? মসিগী মতুংদা ঐ লাকপা ঙমলোই হায়দুনা কয়ামরুম ইখ্রে। অদুগা পুন্সিগী মরমদসু ময়েক শেংফাৎত্রবা খরা মখৈদি লীখ্রে। অদুবু ব্রাংলেনথোইবী ব্রাফম অসিদা করিমতা লৌশিন্না ঙঙ্খীদব্রা নত্রগনা খঙন-খঙনা খঙশিন্নদ্রিবরা?

চহি হৌবা নুমীৎকী অয়ুকতু ব্রাংলেনথোইবীগী ড্রাইভরনা ঐবু লৌবা লাকখি। ঐদি ঐগী ব্রাফম অদুদা মাসু তুমীন্না লৈখ্রগনি খনবনি। খঙঙে, ব্রাংলেনথোইবীদি ইঙাও ঙাওজবনি। অরোইবগী ফাওনচেদুগী মতুংদসু ইঙাও-ঙাওনা নোক-খেনা অদুম ইরকখি। পুন্সিবু লায়না লৌই

নত্রা? অদুবু নুমীৎ অদুদি ঐগী ইফমদদি শিনিংবা হায়বদু পোকখি। চৈনা অমগী মথক্তা চৈনা মথং-মথং ননশিনলকখি। ইমিৎশিনা তাইবঙসিদা কনাবুসু উরক্তে। ইশা ইতোমতা হংজবা পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহংসু লুবা অসুম অসুম হেনজিনলকখি।

নহাক্কী ঈমা-পাবুংসু ঐগী ব্রারী খঙলবা তুংদদি ঐঙোন্দা মীনুংশিগী মীৎয়েং অমৎতসু উৎপিরক্তে। নুমীৎ অদুদা ঐবু মপূ লৈতবা মমৈ তৎলবা ঈহিং-নাইহিং তারবা সন অমনা ইঙখোলগী শম্বল নমখায়দুনা চঙলকপগুম খনখি। অদুগা নহাকসু কপতুনা চেনশিনখিবদগী অদুমক থোক্লকখিদ্রে। মদুগী তুংদা লুহোংখ্রে হায়বা পাউ তায়। নফমদা অমুক ইদ্রবসু মরুপ অমনা মরুপ অমদা থম্মোয় শেংনা য়াইফনবগীদমক তাইবঙ মপুদা থৌনিজখি। হন্দকতি ইনাওনুপাগী এন. জি. ও. গী মপানদগী লমজা মরানয়াই অমা লিংখৎতুনা পুন্সিসে ঈং চিক্কদৌবা লম্বী থিরকলে। মসিদনিদনা নঙনা নরাইবক্তা অমুবা পকলৈ (চন্দন) থিন্দুনা ঈমাগা লোয়নরদুনা নচা থম্বালবু পুদুনা লাকখিবদু। নুমীৎসিদনি ঐগা মতম কুইববগী তুংদা অমুক উনখিবদু। নচা থম্বালবু ইফমদা শিন্নরম্লগা পিরাংনা থূমহৎলবা মীৎ অদু চেজেৎ উইশিল্লদুনা নচাবু কাযন ঈপাক্ত লংথবম্লগা শোম্থাঙননা কপলম্বদো - ঙসিদা খঙলে খুন্নাইসিনা পীবা নুপা-নুপী য়ূম পানবগী চহিদু য়ৌদনা য়ূম পানগে খল্লবদি শোইনাইরবা অঙাংশিংগী কুম্কে হান্না যেংবা ঙমখো।

চৎখরে নঙদি তোংলিবা উঙামদুগী থোঙদুফাও চিংশিনবা কাউথোক্তুনা শুম চারবা ইফমদা শিন্নরম্বা নচা থম্বালবু য়েংলদুনা মীৎয়েংদুগী ঙমখৈনা লানদ্রিফাও......

*চৈখল*

# কম্যানদো

ঙরাঙদু তূম্বা খরা থেঙপ্রমাল্লে মাঙজৌননা পাউ পীরকতনা খূদক্তা লাকতুনা নেনবোইনা ঐবু কৌথোহল্লকপনি। ঐসু মানা ইউ পি এস সি থানবগীদমক মতম খরদি ইম্ফালদা লৈরুদুনা হোৎনরুনি হায়দুদা মতম চাদ্রবসু থাবলনা নাপলগা লোয়ননা ফজবদা মপা লৈত্রে খন্দুনা অরৈবা মঙালপূম্বা পুথোক্লম্বা অথেঙবা নুমীদাংদুদা থোক্লুবনি।

"চিংগোই ঙসিদি নুংশিবগী শকলোনসি ময়েক শেংলকপগুম তৌরকই। ঙহানখৈদগী ঙসিনা নঙসি নুংশিবা হেল্লকই। অদো হয়েংসি ঐ, ইম্ফাল চৎলনি। নঙ নিঙথিনা লৈরমমুকো। যিশুগী থৌজালদগী মায় পাক্লক্কে। অদো নঙোন্দা ব্রাহং অমখক হংঙুরা?"

- করি ব্রাহংনো য়াম্না লুবরো? নহানমখৈ উনবা খূদিংগী অদুম হংলিবদুদি?

- চিংগোই মাইথোঙদা লোম্না নোক্লুনা কাইলুনগী মতৌ য়েংল্লি।

- য়াম্না তাঙনা থোকপা মীকূপ অসিদা ঐনা নফমদা নৌহৌননা বাহং অমতং হংগে হায়বসিবু কয়ামমুক য়াম্না কায়রগেনে?

কাইলুনসু ঙসিদি য়াম্না হকচিল্লকখি। মশাদু মতোমদা পঙব্রাদা ব্রাবা, পোৎলূম অমনা ব্রাঙাঙ খূদিঙ কিনিংঙাই গুইরকই। মাগী তকশিন্বা কনমনবদুনা চিংগোইসু অরৈবা পূন্বা কৎথোকখি। অদুবু মহাক তিংখঙ তুমবৌশিং অদুবুদি কিখিব্রা নত্রগনা নুপী ওইবীগী অব্রাবা পূন্বা মহাক্লা খঙখিব্রা?

মথোঙ মরম খঙদবা ঙরাঙগী থৌদোকশিং অদুগী ব্রাহং চাম্ম-চাম্মা হংদুনা ফক্লাংলোমদা চেপ্লম্বদগী ফৈজূপ মনূঙদগী লিৎথোকনীংবোই লীৎথোকনীংদবোই তৌরিবা মমায়দু ভপ্না লৈথোরকই। ফাল মথক্তা থন্নিবা যিশুগী পাংতিংলিবা শক্তমনা অরাম্ব ফক্তবা তৌবশিংগী লানবীনবা ঙাইরীবগুম চৈনা খাঙলিবদু য়েংলদুনা খুরুমজরগা ফকলাঙদা থেৎলিবা ঘরীদা য়েংলকপদদি অয়ুক্কী পূং ৭.৩০ রোম তারমলে। চিংগোইদু খঙনিং নিঙশিংলকই ঙসিসে নোংমাইজিংনি হায়বা। চতা কাইলুনগী ইউ পি এস সি চাংয়েংগীদমক ময়াম্না লাইশোল তৌগদবনি। ফমুংদগী ফুক

হৌগৎতুনা ফজবা ফিরোল শেৎতুনা মপূ ইবুংঙোগী ব্রাহৈতনা থল্লবা ডাইরিদু পায়রদুনা চর্চ তম্না থোরক্লে।

কাইলুন লুখ্রাবী মচানি। লাইরিক লাইসু হৈতবা লুখ্রাবী চোংনিমকিম্নদি থাক অসি য়ৌনা শেম্লকপগী ব্রাখল লৈতে। অদুবু মহাক্কী হোৎনবা তনদবা অদুনা খোঙফম অসিদা লেপচবা ঙম্লক্লীবনি। খুন অদুগী অতাঙবা মীশক অমগা ওইরে খূনগী মীশিংনসু মাবুদি নুংশিদুনা অঙম-অঙম্বা মতেঙ পাংনরকই। ফমূংদগী হৌগৎ-কাঙখৎ ইঙম ঙমদ্রবী মমাগী খুইথরবা মতোঙ য়াওদ্রবা খূদাংদু তপ্না পায়দুনা মমাদগী য়াইফরোন নিদুনা থোরক্লে। খূনগী পাখঙ-লৈশা কয়ানা উঙাম ঙাইফমফাও থিনদোকলকই। কায়নরমদাই মীকূপ্তা মখূৎমক্তা শিবিরম্বা যিশুগী ক্রোসতু পায়দুনা চিংগোই মখূৎ হাইর-হাইরদুনা লৈহৌরে।

নুপী হায়বসি নুপা কোয়নবগী মতাঙদদি মমাগা হেন্না নকশীন্নরকই। চিংগোইগী মমাদু চঙশিনলকতুনা মচানুপীগী মনাক্তা ফমথরৈ।

- চিংগোই কুইথবা ফৎতে নঙসু অঙাঙদি নত্তেদনা হন্দক মানা হেক হল্লকপগা চা পুরক্লবা হৌদোকলো। পঙগনু অফবা হায়বসি থিনথবা কান্নদে।

কোইদবা মমাগী ব্রাহৈদুদা ইকাইবোই করিবোই ইমুঙদা চেনশিনখি।

ইউ পি এস সি গী চাংয়েং হাযদোকপ্লে, কাইলুনসু ফাওরে। খূন্দা হরাও মথোই কানখ্রে, শাজাও ককখ্রে। ঙসি পূং ১০ গী অদুব্রাইদা খূন্দা থুংলরনি। মানা হেক লাকপগা কবি ফমদা লৈগদবনো হায়বদুসু খঙলনি, মরম অদুনা ময়াম খৌরাংনা ঙাইনরি। চিংগোইসু ফোঙদোকফম খঙদনা থম্মোয় মথূম-মরাঙ হৌরি। মীথুং অমা লাকপগী মতিক চানা শেম-শারবা কা অদুদা মতোমতা ফন্নী। মমান্নবীশিংনা অমুক চঙলক্কনি অদুগা কল্লকপা করেম্নবা ব্রাহৈগা লোয়ননা মখজাই শিকপীবমগনি। মদুদা মথম্মোযবু থেমজিন্দুনা লৈহৌগনি। হন্দক্কী ঙাইঙম্লকতে। মশাদু তৌফম খঙদনা অমুক হৌগৎ অমুক ফমথ পিক্লবা কা মনুঙদুদা কোয়চৎ অমুক চৎ থোঙনাওদা অমুক শান্না য়েংই। হন্দক্কী চেকশীন্না থন্নিবা খৃষ্টমাস নুমীৎতা কাপমীন্নবা মমি শক্তমশিংদু য়েংদুনা

ঙৈহাক অমুক লৈ।

ফান মথক্তা মিংশেল মনুংদা থল্লিবা মখোয় অনিগী হেল্লা নকশিন্নবা মমি শক্তমদুদা অমুক মীৎয়েং থল্লী। মগুলান কয়ানা থল্লবা ব্রাখলগা লোয়ননা হৌখ্রবা মখোয় অনিগী ব্রারীশিংদু নিঙশিংহল্লী। মদুদা মপান্দা অচা-অথকশিং লাঙলিবা ময়ামদুনা মরক থৎলুবসু ঙমদে। এলেনদু নীংশা থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা চেল্লকই।

- লাকহৌরে ময়ূম য়ৌরকহৌরে কমান্দোদা S.P. ওইনা।

কাইলুন লাক্লে হায়বগী হরাওনরম্বা ময়ামদু অকোনবগী মাগী থবক অদু পল্লকপদা চপ লেপতুনা মখূৎশিংদু পামবোম অনি অদুনা চিনবালদা শোক্তুনা লঙজবশিংগীদমক যিশুবু অমৎতা ওইনা খুরুম্মী। মদুদগী মহৈ-মহৈ তপ্পা তপ্পা চৎনখ্রে। মীকূপ অদুগী অব্রাবা অদুবু সুনামীগী ঈথক্লা খঙহৌদনা চেন্থরকপদা ফংলিবা চৈনা অদুদগী ঙসিগী মীকূপসিনা তাগদ্রা?

নেনবোইদু কাদা চঙলক্লুনা পাউ তল্লী। চিংগোইদি পাউ অদু তাবদা ঙমখৈ লৈত্রবা ইপাক অমদা তাউরি। মখূৎতা পায়রিবা মখোয় অনিগী মমি শক্তম অদুদি লৈমায়দা তাখিদুনা মিংশেলশিং অদু পূমচাই চাইরি। মশাদু হুমাং কারক্লে মচিন্দা নাশোন পীক্লা অকিবা অমগা লোয়ননা নীংশা চাউনা হোল্লিবা মরক্তুদা মতৎ-মতৎননা সোল্লী - 'ক...মান...দো' সমজিনবা ঙমদ্রবা খোনথোকশিংদুগী মরক্তা লৈপাক ঙাক্লবা থল্লিবা কমান্দোশিংনা মরমদমগী ফুরুপচাশিংদা শাগী লমচৎ চৎতুনা থৌনা ফবা উৎতুনা মখোয়গী মথৌ পাঙথোকখিবশিংদু তপ্পা তপ্পা উরকই।

কনাগুম্বা অমা লাক্লদবগী চেৎনা থিংজিনদ্রবা থোঙদু তপ্পা হাংদোরকই।

- চিংগোই! চিংগোই ঐ কাইলুননি, ঐ লাকএ।

- হা....? মশাদু ঈপা পাখৎলী, ইথক থক্কৎনা মপান্দা চেনথোকখি।

কাইলুন ইঙক-ঙক্লা চিংগোইবু ফারদুনা "ঐনে কাইলুননী, ঐবু

খঙদ্রবো? করিগীনো ঐ উরগা হুমাং অনশ্লীগা কাংলিদুবু? ঐবু সাউরিরো? ঐ হৌজিক লাক্লবসিদি।

চিংগোই হৌজিক্তা চনিঙ-চমাঙ সম্লরকই। নীংশা তপ্না তপ্না সাংনা হোনথদুনা ''সাউদে! মসিদগী ব্রা মখা তারুদে মহৌশাগুম কোইনদবা মতৌ অদুসু মীৎকুপ অসিদা উদে। কাইলুননদি মহৌশাগুম ইচম-চমজবা মতৌদা মনাক্তগা ফমথদুনা ওইনরকপদু পাম্মী। কিথি কিরুম নীংশা মপী চাউনা হোনবদুদি লেপতে।

- চিংগোই করিগীনো ময়াম্না ঐ উরগা অমৎতা কৌরমদনা লৈথোক-লৈথোক চৎনখ্রিবদি? খূনগা ইমাগা সাউনব্রো?

- খঙদে! চিংগোইগী মরৌ লৈবা মীৎয়েংদুগী মরম কাইলুনদি খঙবা ঙমদে, মানা থবক অসিদা চহি অমরোম পুরক্লবদি মীৎয়েংদুগী ব্রাহন্দোকসু খঙলম্বা য়াই।

কাইলুন ইম্ফাল ব্রেষ্টকী এস. পি. ওইনা থৌ পুরে। হন্দক্তী কাইলুনগী অহনশিংনা চা পুরক্লুনা মখোয় অনিগী লুহোংবা শেম-শাখ্রে। মখোয় অনি লুহোংবা চহি ফাদ্রিঙৈদা কাইলুনবু পোকপী মমাসু লৈখিদ্রে। হন্দক্তী ইম্ফালদা মখোয় অনি পূন্না লৈরে। চিংগোই লৈশারিঙৈগী নোকমী-নোকমী তৌদুনতা লৈবা মাইথোং অদুদি ঙসিসু কাইলুন্না উজবগে ফংদে। ঙসি ফাওবা মশাদু ইতপ তপথবা ঙমদে। খোঙউপ মখোল অমখক তাবদা কিবনা মশাদু লৈতাজবা ঙমদে। অদুগা মতম চুপ্পদসু অকিবা থৌদোকশিংদু নিঙশিংদুনা মশাদু তৎতনা ব্রাহল্লী।

কাইলুনসু হন্দক্তী চিংনবা অমা ফাওরক্লে। মানা হল্লকপা খূদিং চিংগোইগী হরাওবা, নুংঙাইবগী মতৌবু মপূং ফানা ইফঙ-ফংদে। মা হেক হল্লকপা খূদিং মশাদু ইপা পাখৎনা থবক তৌই। উরিবা পূম্নমকসিদা অঙকপা শক্তম অমখক নিঙশিংলকই, নুমিৎতুদা মমাগী মনাক্তা চঙলকপদা মশা মথন্তা লেঙজবা ঙমদ্রবা মমাদুনা মমীৎ অদু তরু-তরু পাঙলদুনা মথম্মোয়দা পেন্না নোকচখিবনি। অদুবু কাইলুনগী হরাওবনা থল্লবা মায়থোংদুগা লোয়ননা কমান্দোদা লৈরনি হায়রকপদুদি মতোঙ য়াওদ্রবা খজাই অদুদা পি সীন্থুরদুনা মচাদা থাংগৎতুনা য়েংলম্বা মঙকতু ফৎ লৈথোকখি। মমা অদুনা কমান্দো পোকপী মমা অমগী মিংথোল ফংদুনা মমা ওইবী কয়াগী মরক্তা ইকায়বা নঙগদবা কমান্দো পোকপী

মমানি হায়দুনা ইকায় ফিরুক খুমগদবা অদুগী অন্নাবদুগী শকফমদুদি মহাক্না খঙখিদবনি।

মপুরোইবা লাকপদা ইপা পাখৎলবসু অহিং অমা হল্লকতবদা, খজিকতং মতম চারকতবদা মশাদুদি তূম্বা য়াদে। মপুরোইবগী য়াইফনবগীদমক মপূ ইবুংঙোবু চেৎনা কোন্দুনা থমজে। ঙসিসু পূং ১১ হেনজিল্লক্লদুফাও কাইলুন হল্লকত্রি। চিংগোই পৌরোল চেৎনা থারবা কা মনুং অদুদা মনা থাংগৎতনা মপুরোইবা হল্লপা ঙাইরি। অসুম ঙাইরম্বদগী হিপথরগে হায়দুনা তৌরকপদা জীপসী থৌজিনলকই। চিংগোই হিপ্লম্বদগী অফিঙ-অফাই ওইনা হৌগৎলকই। মপুরোইবগী অফিঙবা খোঙথাঙ অদুদা অতোপ্পা চিংনবা অমসু ফাওরকই। থেঙলবা অহিংসিদা করম্বা তাথীবা ব্রাহৈশিং পুদুনা কনা লৈজদ্রবা তুশোল্লবা কনাগী থোঙ নমলুদুনা য়েংহৈদবা মীহৌরোলগী মৈরী চূরদুনা অসুক থেঙনা হল্লক্লীবনো? মপুরোইবগী মফি-মরোলদু লৌথোকপীদুনা নিঙথিনা থুপচিনলম্লগা চাকতু থাংদোকলম্লগা মপান্দা অদুম থোরক্লে।

অতিয়াদা থোক্লিবা থাজদি চিংগোইগী মায়থোঙদা মীৎয়েং তারি। 'এপ্রিল ফুল'না গম্লাদা মকা ফন্না শাৎলিবা মফম অদুদা ফম্লদুনা ব্রাখলগী ঈংজফম থিরক্লী। অদুবু পোখাবা ইফঙ ফংদে। অথেঙবা নুমিদাং অদুদা মনাকোংদা তৎতনা খোম্থাঙ য়ৈরি। শরাক তম্বীরবা চনুরা কয়ানা লাউরকপা খোঞ্জেল, "ইমা! ঐবু করি হায়খো হায়বনো? তাচৌ নচনবু করম্না তম্মু হায়বনো অপাম্বা পূম্নমক লৌখ্রে শান্ননিংবা মওংদা শান্নখ্রে। তাতোন নখোয়গী নচে-নচন ঈমা-ঈচা কয়াগী ইকায়খুম্বফাও ঙাকপা ঙমদবা নখোয়সিবু হিংলুবগী করিবু কান্নরিবগে?"

কাইলুনদু মপান থোকলকতুনা মনাক্তা তপ্না ফমথরকপদুদা খংপ্রেক খংই। লূমলবা নীংশাসিংদু হোনদোকচবা হোৎনরি।

- ঐ কমান্দো ওইররোই। ঐ অতোপ্পা থবক অমা পাইরনি। চিংগোইগী নোনথরম্বা মমায়দু কাইলুনদা য়েংলকই। মীৎকী পিদুদি খাম্বা য়াখিদ্রে। থম্মোয় অনিদু তথেঙবা অহিংগী থাবল মরক্তুদা ঙসিদি অকিবা য়াওদনা মনিঙ তমখ্রে। অহিংদুনসু লোইখ্রে - চিংগোইগী লৈফম কাগী অকোয়বদা তাখিবা কমান্দোগী খোঙউপ মখোলদুসু।

*চৈখল*

# 'দাই-ইন-হারনেস'

ঐনা হৌরিবা লানহৌ অসিবু চুমলিব্রনে? হেরো! করিগী চুমদনি মসি পুন্সিগী লানফম্নী। ঐ চহি কয়াদগী হায়রকতবা নত্তেদনা, কয়ারক্নী মচা অমা ওইনা থম্মোয় শেংনা হায়খি।

- পাবুং! ঈমা! ঐ লোইশঙগী থবক অমত্তা ফংদবা য়াদে। হৌজিক্কী মতমদা অদুগুম্বা থবক্কা ফংহৌদ্রদি হিংবদা ব্রাগদৌইনি। খঙদে পাবুংনা করিনো থবক্তুগী পোথাদ্রিঙৈদা খঙনা চান্নবা থিদুনা নচা থবক তৌদবা য়াদবনি হায়রিসিনি।

মচা মনাইগী ব্রাকৎশিং লাকপদা লুচিংবশিং অদুগা মমা-মপা ওইবশিংশি অদুক্কী মতিক ব্রারমগনি অদুবু ঐগিদি অমখক্তনিনা। মদুসু ঐ পুবা থাংবা ঙমলোইদবদি হায়দে পিকপা চাউবা ঐ করিসু খনদে মশিবু নচা অমগী ফংফম থোকপা হক নত্রনে? মশিদা ঐগী অহল-লমনশিংনা কয়াম য়াম্না ব্রাগদগেনে?

- হৌজিকপু কদায়দগী থবক্লো? কবম্বা থবক কৌরিবগে? লোইশঙগী থবক্তনা থবক্রো? মদু তৌদ্রসু হিংবা য়াইনা।

ঐ খুম্নীংই থবক কৌদ্রে-কৌদ্রে হায়রগা মনুংদা লোন্ন-লোন্না হাপচিন্নরন্ত্রীসিনা করমহায়না তৌবা? অদুবু ঐ খুন্নরোই মসিদা মরৈ য়েৎনরুবগী কান্নবা লৈররোই। মদুগী শরুকপুদি ঐগী তানগদবা ব্রাকৎ অদুতং চপ য়ুংনা খোঙফম লেঙদনা চঙশিনল্লগা লোইরে। তৌববুদি ঐসু থৌনা হন্দনা নোংমগী ব্রাকৎপা তোক্ত্রী। নীংতম্বা ফংদ্রিবা লৈবাক কয়ানা নীংতম্বা ফংনবা হৌবা ঈহৌ কয়াদা ইউ. এন. ও.দা জেনেভা কনভেন্সনদা লিগেল নৌটিশ থাদুনা ঈহৌ কয়া লেপতনা চৎথবগুম মচা ঐগীদমক্তী ব্রাকৎ খজিক্তা ওইরবসু তাবিরিবা ঈমাদা কয়ারক ব্রাকৎলি।

- পাবুং! ঈমা! কমদৌরে নচাগী থবক ফংলগদবা নত্রা?

- ঈপাগী তোমচা ঈপাসু নঙগীদমক হোৎনদবদি নত্তে, য়াম্না হোৎনরি। নঙগীদমক জিপ কারমক তোংহনবা ঙমদ্রবসু মীওইবা মরক্তা

*চৈখল*

মীওইবা অমা ওইনা মরেক-মহাও থোক্লা হিংননবা ঈপানা হোৎনরি নঙসু মরেক-মহাও থোক্লদি হিংলিদনা। ঈপানা মপান লমদা থাদুনা লাইরিক তম্বা থাবা অদুদা চেনথোরকতনা হোৎনরম্লদি, 'সেন্ট্রেল এক্সাম' কয়া থাদনা করিনোমদা হোৎনগনি হায়বদুসু নত্তে। মদুদি নঙতনা ওইথোক্লোইদবা, য়ারোইদবা ব্রাফমদা নঙনা নিংঙাই তৌরিসে ইমুং মহী লাঙননবনি।

- করি তৌবগী ওইথোক্লোইদৌরিবা, করিগী য়ারোইদৌরিবা? লাইরিকসু ঐ ইশানা য়ানা তোকখিবদি নত্তেদনা। নখোয়না নমফু হাফুদা ইমানা কপ্পা-কপ্পা ঈচা উদনা লৈবা ঙমলোই নঙ হল্লক্লো হায়দুনা ফাওন-চে তৎতনা ইরক্কুনা নমদুনা ঐবু নখোয়না মাঙহনবা নত্রো?

- ফরে, মদুসু ঐ য়ারে, অদুবু ঈপাবু হৌজিক করি তৌ হায়রিবনো? ঈপানা তৌরিবা থবকসি নঙোন্দা শিন্নবা য়াদনা ঈপানা পোথারগা নঙোন্দা শিনজিনবা য়ারদি ফবা।

- অদু-অদা খঙদে। ওইরোইদবা ব্রাকোই শূদুনা মতম মাঙহন্দুনা ঐগী ঈহৌ হনখিবা ঙাইবদুনদি য়ারোই। নচানা পাম্বদি অশেংবা, খন্নবদা মহয় চাগদবা অদুনি।

- তোমচা! লোইশঙগী থবক তৌদবা কয়ামসু হিংনরিনে। নঙ ব্রাখল লৈতাওনে। নঙনা নঙগী পুক্সিগী নুংঙাইনা হিংনবা য়াৎলকপা অতোপ্পা থবক্ত ঈপাসু য়াই। ললোনগেরা করি তৌগে হায়রিবনো? ঈপা নঙগীদমক শেন থাদগে। মসিসু ঈপা হায়রেদনা। মদুগী মথক্তা নঙগী কোয়বা চৎপগী নোংমগী পীয়ু হায়রিখে ঈপাসু পীরি।

- ঐ ইশানা ইশাগী ঈখোঙদা নীংতম্না লেপচবা পাম্মে। নিদ্রিঙৈ পীদবা নিরবা মতমদসু অতোনবীগী মচাঙুম। পাবুং! ঐ ইশাগী লমবেল অদুদা কনাগী অয়েৎপা য়াওদনা নীংতম্না চৎচবা পাম্মী। মসি ঐগী ফংফম থোকপা হকনি, ঈঙমনি। মসিদা পাবুংসু মপা অমা ওইনা য়াবিফম থোকই।

মমাও লৈকায়গী তোম্বাসু অকনবা ঈহৌ কয়া হৌদুনা ঙসিদি

মা মশানা মরোমদোম সেপচবা ওমখ্রে। মনীংতম্না মাগী ইমুংবু ওাক শেনজখ্রে। অদুগুম্না হনবা লৈতনা চহি ১০ হেল্লবা ঐগী লালহৌ অসিসু ফংদ্রিবমখৈ অকন-অকনবা লালহৌ কয়া হৌরি। অদুবু, ঐগী পাবুংনা অশিঙ' শাদুনা ইমুং মহী লাওহন্নীংদবগী মিংদা ঐগী লালহৌবু ইমান্নবা কয়া থাজিল্লক্তুনা নমথনবা হোৎনরি। মখোয়না পাবুংগী চেঙ চাদুনা য়াথং ইন্দুনা ঐগী মাইয়োক্তা লেপ্লী। ঈংচীকপা পাম্বা শাবা কয়া অমসু নেনা তানা ফম্মীনদুনা ব্রারী শান্নরগা ঐগী ফিরেপ হোংনবা হোৎনরি। অদুবু ঐ মসিমদি হায়নিংই -

- ঐনা ঐগী পান্দম থাদোক্তুনা তপথনবা ব্রারী শাবগী মথৌ তাদে। মচা ঐগী অপাম্বদা মরুওইদবা ওইথোকলোইদবা নমথাক্কী ব্রারীদা থাজনিংঙাই ওইদে। নুংশিবগী মিংদা য়াথং পুদুনা ঐগী মাইয়োক্তা লাক্লিবা মরুপশিংদা হায়রি, ঐ! ঈ মশেলদা খূৎ থানিংদে। অদুগা ঐগী অপাম্বদা ঈ মশেলদা খূৎ থাও হায়বা ব্রারেপ লৈতে। অদুবু করিগুম্বা ঐগী ব্রারেপ অসিগী ওন্না তৈনবদা মরুপশিংনা লানগী পাউকৎ তৌরকপা তারবদি মদুগী মতিক চাবা লমন খুম্নবা ঐগীসু থৌনা লৈজে।

তোমচা হন্দক্তী মাগী থবক মতমগী চহীসু হেনখিগদৌরে। অদুনা অঙকপা ফংনা মাগী ঈহৌ কনখৎলকই। মাগী নিংঙাইদা ব্রারবা মমা মপাদু চিক্লবা কাদুদা মচাগীদমক খন্নরী।

- মমা ঐসিবু হিংলুবগী মমল লৈরিব্রা? ঐ নচাগী নীংবা থুংহনবা ঙমদবা মপা অমা হায়বদু ওইরে। মাগী থবক্কী চহী মতাঙসু হেনে দাকখিগদৌরে। করম থোক্লগবা।

- মঙাও থীবা, মরিঙজেল খাবা নীংখিবদগী হনবা লৈতবা ঈচানি। মমা ঐবু খনজবা লুনা তৌজবা ঈচাসে হন্দক্তী মমা ঐনা থেম্বসু য়াখিদ্রে।

মীকুপ কাংদ্রবা তোমচা মাগী ব্রাকৎতু পুদুনা অমুক লাকই। মপাগা মমাগা লৈরিবা কাদুদা চঙলকতুনা।

- .... হন্দক্কী চহিসি লোইখিবদগীদি নচাগীদি হিংবা অমদি শিবনি।

মচাগী ব্রাদু তাবদা মখোয় অনিমক মায়থোং থকমক মকশিনলী। মমাদু অব্রাবগী পোৎলমদু খঙলম লমথরকই। মচাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা থেমসিনজে।

- নুপামচা ঈমা ব্রা হায়গে নহে নশিংগী থাকসু ব্রাংদবা নঙনা করম হায়না থবক অমা পায়গদবনো? লোইশঙদ শুরিবা চে-চাং মদুদগী অদু-অদা লাইরিক্কী মথৌ ঙাক্কনি।

- থবক তৌরিবশিংসিবু মতিক চারবা ঙাক্করো? ক্লার্ক, এল. দি. সি. গী চঙলকপা কয়া টাইপ ফৃবা হৈরমদদনা কম্প্যুটর নম্বা হৈরমদদনা য়া-য়া লাউনখিবদুদি করি তৌখি। ব্রাহৈসে হায়নিংবনি অদুবু হায়খিদ্রে অদুবু ঐ মসিমদি চাউথোক্লা হায়নিংই -

- পাবুং নচাগী তাল্লিবশিংসিনা ফংলবা মতমদদা ইশানা ইশাগী ইখোঙদা লেপচরবা মতমদুদা ইশানা ইশাগী লম্বী য়াৎচগদবনি। ঙম্না-ঙম্নবা মীপান তাংদনা চাওখৎপা তুং ইনজনবা অদুম হোৎনজপ্রগদবনি।

তোমচা অনৌবা লানলোং হোং-হোংদুনা য়াৎপা হায়বসে মাগীদি মায়পাক্লবগী অচৌবা লমবেল অমনি। লৈঙাকলোইশঙদসু থবক কৌদ্রে, মচা-মনাইশিংবু য়েংসিনবীদ্রে, অদুনদি অপোকপা মপাবু হাৎতোক্লগা দাই-ইন-হারনেসতা মা থবক ফংহৌদবা য়াদে খনলকই।

সোমদনা তোমচাগী মপাদু মচাগী ব্রাখলনা চাদ থকলক্কবনা হন্দক্তী ফনা য়াম্না শোকচিনখ্রে। লাইবক থীবা অমনা নহান ডাক্তরদা পুরুবদা Blood Cancer না নারে হায়বা খঙলকই। ডাক্তরনা পোৎথানবা ব্রাখল নুংঙাইনা থম্নবগী হায়রকপদগী শিবা ঙাইনা ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরি। হেন্না লাইবক থিবদি তোমচানা পান্দম কয়াগা লোয়ননা মপাবু হাৎনবা হোৎনবদু হাৎলুদ্রবসু মথন্তা শিরগদবা মপাবু শিবা ঙাইরম্বদু মদুগী মমল য়াওদ্রে মরমদি লৈঙাকশঙদা 'দাই-ইন-হারনেস' ককখ্রে। তোমচা ঙসিদি মীৎতগী পিগী ঈরা ঈহৌরকই। শিবা ঙাইনা য়াতারিবা মপাবুংগী থৌগল তৌরিবী মমাগী নাক্তা চঙশিন্দুনা নিঙঙমদনা কপ্পী।

নীংশা হোনবদা মতৎ-মতৎ তৎলবা তোমচাগী মপাগী মমিং

অনিদদি পিনা থূমহৎখ্রে। নৌহৌননা মালা কপ্লদি, শিগানি কিবগী নত্তে মমা-মচানা লৈহৌগদবদু খল্লুবদা মীৎতগী পি তাখিবনি। অা য়ৌনা কৃৎশিনগ্রবা মমিৎতু মচাদা তপ্না য়েংলকতুনা মথূৎতু তিংথোরকই। নীংতম ফিরাল পায়বদা চোকথত্রবা খুৎ অদু থক-থক নিক্না তোমচাগী পাবুংনা পায়রগা কপ্লদুনা ভেংথোরকই -

- ঈপাগী তোমচা। মপা অমা ওইনা ঈচাগী অনিঙবা অপাম্বা থুংহনবা ঈপা ঙমখিদ্রেনে। ঈপা ঙসিদি মায়থীরে। লোইশঙগী থবক কৌদে-কৌদে হায়রগা মনুংদা ময়াম হাপলম্বদু ঈপাসু ঈচাগীদমক থব্রায় থারবসু ঙম্নবা চেল্লম্বা য়াবনি। অদুবু লাইরবা নঙগী মণিপুরগী ফীভম অসিদা ঈচানা থা ৪/৫ অব্রামল ফংদবগী অনৌবা ব্রাকৎ অমগী অনৌবা লালহৌ অমনা পোক্লফম মণিপুরসে পোথাবা ফংলরোইদ্রা চিংনরুবনি। অদুগা থবক ফংলবা ঈচানা ফংজবা ঐগী ঈশুশিংদুগী ব্রাকৎ অমনা অমুক 'দাই-ইন-হারনেস'কী মরুমদা ঈচাবু ইশুশিংগী খূৎতা তাখিগদ্রা চিংনরুবনি।

তোমচা খংপ্রেক খংই ঙসাইমখৈ ব্রাখল অমদা তাউরুরে খঙলকই। লৌশিং তারকপদা 'চেবাংদা ইরিবা ব্রাহৈশিং'দু পায়দুনা ব্রাকৎ মীফম ফন্নীবা ময়াম মরক্তুগী মমাংদা মাসু ব্রাকৎ মীফম য়াওরি হায়বা খঙলকই। আই. এস. টি. ভি.গী মী লাক্কুনা পাউমী অমনা 'মাইক্রফোন' থাংজিন্দুনা মাগী ব্রাখল হংলকপদুদদি লৌশিং তারকপ্নী।

- ঙসিগী লৈঙাকলোন অসিনা অসুক কুইরবা ঈহৌ অসিবু খঙবীদবসি খ্বায়দগী লাইবক থীবনি। করিগুম্বা অথুবা মতমদা ককথ্রবা 'দাই-ইন-হারনেস' অমুক চৎননবা অয়াবা পীদ্রগদি মসিদগী হেনবা অকনবা খোজং চঙশিনলনি।

*চৈখল*

- 'দাই-ইন-হারনেস হিংহন্নবা হোৎনরিবা লুপ'শিগী থৌবুরেল অমা ওইনা তাল্লীবা ব্রাফমসি ফংনবা করম্বা লৈঙাকলোন অমা পাম্বীবগে করম্বা মীওইবু মপী-মপা ওইহনগে হায়না খন্নীবগে?

- ওন্না তৈনবগী লৈবাক্লীনা ওন্না তৈনবা ঙাক্তা। মীখল ময়াদ ব্রাশকখিবা লম্বী থোং শেমগনি মীপূম খূদিং থবক ফংহনগনি মণিপুরদগী 'AFASPA' লৌথোক্লী হায়দুনা লাউখিবদুসু কাম্প্রগদি ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা, অদুনা ইবুংঙো ঈপাদি হন্দক্তী লৈবাক্তী খুন্নাইগী খল্লরোই, মণিপুরদগী AFASPA লৌথোক্লরোই অদুগা ককথ্রবা 'দাই-ইন-হারনেস'সু অমুক চৎনহনবা ঙমলোই হায়বা ঙম্বা মীহুৎ থাগৎকনি। কনানা খঙবা ওন্ন-তৈনবগী লৈবাক্লীনা থোক হেক ওন্ন তৈনরকপসু।

পাউমীশিংসু চৎখরে তাবীনবা লৈত্রবা লমদমসিদা 'দাই-ইন-হাননেস হিংহন্নবা হোৎনরিবা লুপ'কি ব্রাকৎ তমলুনবা অদুবু ব্রাকৎ মীফম ফন্নীবা ময়ামদুদি তোমচাগা লোয়ননা হয়েংগী ব্রাখল অমগীদমক অদুমক মঙলান চাউনা ফমহৌরি।

# চৈনা-চৈনাদুগী

চাওখৎলবা মালেম অসিদা মনিঙতম্মা লৈরিবা অচৌবা লৈবাক কয়ানা মালেম অসিগী মপান্দা করম্মা খুন্দাগাদগে হায়দুনা সাইন্সকী কাংলোনগী পাম্বে কয়া শিজিন্নদুনা থিজিনখ্রবা অমদি অতোপ্প গ্রহ কয়াদা কোয়দুনা করম্বা মফমদা মীওইবগা চুশিন্নগদবা ঈশিং-নুংশিৎ ফংবগে হায়না চাংয়েং কন্না তৌনখ্রবা মতম অসিদা ইরমদম কংলৈপাক্তদি মীনাই নাইথাংদগী ফাওবা হৌগৎত্রি। ঐখোয়গী খুন্নাই, মতম অমদা নোংপোক লমদমগী মনুংদা য়াম্না মঙাল নাইনা পাল্লম্বা হীরম কয়াদা চাওখৎ খোঙথাং লৈরম্বা লৈব্যাক অমনি। ইশাগী ইরমদমদা ঐখোয়না ঙসিদি মীনাইগুম হিংলি। মীখা থানবা মীপান তাঙনবসু লোইলম মপূনা চহি কয়াগী মমাঙদগী হোৎনখ্রবনি। মসিমক ঐখোয়গী মীয়াম্না ঈরৈবাক্তা থোক্লরবা খাঙফম থোকপা অন্নাবা অমা ওইনা লৌবদি চুমদে।

ঙসি ঐখোয়গী মীয়াম্না শেমজবা মীয়ামগী ওইবা লুপ অসিনা লংদাইসিদা চঙশিনলিবা খোঙজং অসিদি মীয়ামবু য়াকাই-শৈরোল শক্তুনা অমম্বা লৈঙাকলোন্দগী নোংঙাল্লকপগী লম্বী উৎনবা হৌদোকপনি। মীকপ থোক্লবা মীয়ামগী থিংঙমলরোইদবা শাফু কল্লবা ঈহৌদুদি ঈমা লৈবাক্কা ঙাইহিরি। লোইলম পোৎলূম পুরিবা লৈবাক লীশিং লীশিংনা খূজিং ওইদুনা অমৎতা ওইবগী লীপুনদা নীংতম মৈরী চূখৎপ মতমদা ঐখোয়বু নীংতম্বগী থোঙ্গালদা ঙাইদুনা লৈগদবনি।

অইংবীদু মচানীপাগী ব্রারেঙদু পাবা লোইশিন্দনা পাউচেদু পায়দুনা মচাগী কাদা চঙলকই। হায়বা ইন্দ্রবা মচাবু ব্রারকপা ঙমদ্রবী মমা অমগী চৈনা অদুদী মায়থোংদুদা তশেং-তশেংনা চোংথোরক্লী।

*- শে শে, শি য়েংঙউ!* ঈমাগী কংলৈপাল নঙবু অসুম্না তৌনু ঈমা পামদে হায়বসি য়াদ্রেনে।

কংলৈপালদু থোইনা খুমনিংঙাই লৈতে। মরমদি নুতিগীনি মমানা মঙোন্দা অসূম্না ইতৎতৎতনা চৈরিবসি। করিগুম্বা খরা ইরম্বদগী পায়রম্বা খোরজৈদু মখূম খুমজিনলদুনা খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই -

*চৈখল*

- ঈমা! মসিবু চুমদব্রনে? মসিদা করি কায়রবগে?

মমাদু মমিৎতা পিরাং চেল্লকই। নুংশা থীনা খোঞ্জেলদু ইনিক নিক্লা মচাবু থেমজিনলকই।

- ঈমাগী কংলৈপাল নঙসি ঈমাগীদি নতোমতনিনে। ঈচানা হায়রিবদু অচুম্বা ঙাক্তনি। মদুননিনে ঈমানা নুংশা থীরিবসে।

- ঈমা! অদুম্না খন্দুনা লৈরবদি করি ওইনি নঙগী লমদমসি? নচানা তৌরিবসে তৌহৈদবদি নত্তেদনা। খূৎলায় পায়দনা নচাশিংনা অশোয়বনা থল্লবা অশিবগা পাঙখ্নক ওইরবা ইরমদম অসিগী মঙালগী লম্বী তাকচবদনি।

অইংবীদু মচাগী ব্রাহৈদা মমা অমা ওইনা মখা তারুবা ঙমদে। মসিদা মখা তারুরগনা পাঙদবী মমা অমগুম্না লৌখিগদ্রা? অদুবু মমা অমা ওইনা মচাবু তিংখঙ তুমবৌ মরকসিদা নোক্লা নোক্লা য়াইফরোল পীবা পামগদ্রনে?

কংলৈপাল করিগুম্বা খরা ইরল্লিবা চেনাশিংদু তপ্না খুমজিল্লগা কাংথোলদা তপ্না ঙাথদুনা মশিং খঙদনা থোরক্লীবা ব্রাহৈশিংদুগী পাউখুম থিরি। অঙম্বা খরনা তৌনিংবতা তৌরিবা অদুগা ইরমদম অসিগী মীয়াম্না মীনাইগুম মীওৎ-মীনৈ খাঙল্লিবশিং অসিগীদমক ঐনা লৌরিবা থৌদাং অসিনা কদাইফাওবনো? কংলৈপালদু মতোমতা হনজিন-হনজিন হংজরবসু পাউখুমদি ময়েক শেংনা ইফং ফংদে। মমানা মথব্রায় ব্রানা হেক হেক অথিংবা পীবদুদা মাসু থৌনা লৈনা থৌদাং য়াজবসু ঙমদে। মসিগী মথক্তা মী অমা ওইরুবনিনা তুহৎ নৈহৎপীরবা থব্রায় কয়াগী তেংথাখোল অমদি ব্রাকৎশিংসু তাদুনা লৈথোকপা ঙমদে।

সনাজাওবদু কংলৈপালগী য়ুমদা মমানা মখূৎ শন্নদুনা থিল্লকলম্মী। মাসু মরায়বক থীরবনি মমীৎ অনিমক উখিদ্রে। মাগী অপোকপীনা মীকূপ খূদিং মীমান্নদ্রব মচাগীদমক তেংথারি। তোঙান তারবা মাগী পুন্সিগীদমক সনাজাওবা নোংদম্বু তৎতনা ওইনজৈ। পেন্দবনা লাকহৎখিদুনা পামবৈ উরক্রুবা মতমদা কংলৈপালনা মাগীদি হিমাই চুমলিবা হিরোই অমগুম্বনি। নিংথিরবা মমাঙগী লৈকোলদা মতোমতা হংবদা ব্রারবা ব্রাহংশিংদু মখোয় অনি পুন্না অমুক হংমিন্নরি। ঈংলবা

উলেনগী অয়ুক্তা উন্না নমথবিরবা লেঙঙম শাঙমদ্রবা উজাউগুম মখোয় অনিমক ব্রা মচেৎ অমফাওবা ঙাঙনদনা তুমীন-তুমীন লৈনরম্বদগী কংলৈপাল সনাজাওবদা তপ্না ওনশিনলকই।

- মরুপ ঐখোয় নীংতমগদবনি হায়বা ঈহৌ অসিনা মীয়ামদা চেনখিবা পাউজেলনা ঙসিদি ঐখোয়গী মীয়াম মপূং ফানা মীরুপ থোকলকদৌরে হায়বা য়ারে। অদুগা খুঙ্গংগী কাচিন কোয়াদা চন্না পুন্সি লেনজরিবা লৌমী কয়া, কনানা নমথবীরিবগে হায়বা ময়েক শেংনা খঙলকলে। নমফূদা শিজিন্নবা থবক কয়ানা মখোয়গী চাকখাও মতৌ করম্না মৎখিবগে হায়বা খঙলকপগা লোয়ননা ঙসিদি ঐখোয়গী মীয়াম পূম্না ইশানা ইশাগী ইখোঙদা লেপচগদবনি হায়বা খঙলকলে মরুপ।

- অশেংবনি মরুপ! অচম্বা ব্রাখলদা পুন্সি লেনজবা কংলৈচাশিংগী পুন্সিবু নমথবীদুনা অমদি মশাগী পূব্রারী কাউথোকহন্দুনা লাকখিবা লোইলম মপূগী নমহৎলোনবু মায়খুম হাংদোকপা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌদাংনি। ঈমা লৈবাক্না অসি য়ৌনা অরুবা ফীভমদা লৈরবা মতম অসিদা ঐগী থৌদাং খরা য়াজগদবদু ঐনা শোইনাইরবা মীশক অমা ওইরুবসিনা পুম্নমক অরেম্বা তারে ঙাঙজবদা মঙায়রে।

থম্মোয় খঙপীক পীকশিনখ্রবা তাবগী পাঙ্গল লৈরক্রবা সনাজাওবগী অরোইবা পিরাংগা লোয়নবা ব্রাহ্দেগী মরকথৎনা, "মরুপ! অদুম্না থম্মোয় পীকশিন্নগদবা নত্তে। য়েংউ চহি ৫৬ কী অমম্বা লৈঙাকলোম্না কংলৈচাশিংবু লৈঙাকলোন্দ, শেলমীৎলোন্দ, খুন্নাইরোলদ, ঈনাৎত নমথবীদুনা থম্বগী মহয় ওইনা উতাংবীগী ব্রাখলদা ইরৈচাশিং লায়চুরবনি অদুবু উতাংবীগী লায়না অসিদগী কোক্রবা হিদাক্তী ঐখোয় থিবা তাই। য়েংউ মরুপ! অশিবগ মান্নরবা খাংঙেনফম য়ৌরবা অসিফাওবদা অমম্বা খুন্নাইদা চৎপদি লেপত্রী। ঙসিদি শেংলবা চীং তমগী শক্তমবু মাঙহনখ্রগা মীরানচাগী শক্তম্না ময়েক লানা চঙশিল্লকপদগী ঐখোয়বু পোকপী ঈমাদি হিক্ল-হিক্লা কপতুনা ব্রানা পুন্সি লেল্লি। মীগী মমাবু পেন্নবা হোৎনবদা ঐগী ঈমাবু অব্রাবা ঈপাক্তা লংথবশিবু মচা চাউরকপগী মহয়রো, নত্রগা পূকচেল চাউবনি হায়রসিরা।

- অচুম্বনি মরুপ! লাইনীংলোননা হায়রি - ঈমা-ঈপা হায়বসি মীৎনা উবা লাইনি। অদুবু ঐখোয়দি ঐ-ঐগী ঈম্না-ঈপাদু খোঙপাক্না

নেৎখায়দুনা থনম্নগা মীগী অন্নাইবী মশক ফজ্জবী মমাদা ঈমা কৌদুনা লেপ্লি।

কংলৈপালদু সনাজাওবগী খূদাঙ অদু পায়রদুনা থৌনা অদুগীদমক থাগৎলি। "মরুপ! নহাকসি ঐগী মরুপ অমা ওইনা ফংবসি কয়াদা লাইবক ফরবনো? মিৎ অনিমক উবগী পাঙ্গল লৈত্রবা মরুপ্পদি ইরমদ অসিগী অৱাৎপা খুদিং উবা ঙম্নী। অদুবু মমীৎ অনিমক উরিবা মীওইশিং অসিনদি অমোৎপশিংসে অমত্তা উবা ঙমদে।

অসিনি মখোয় অনিগী মতৌশি। খন্নবা য়াবা খন্নরুনি, পম্বুংফম কমদৌনা? নীংতমদ্রগদি মসিসু করম্না? অপূনবগী পাঙ্গলনা। মসিসু করম্না? মীকপ থোকপা পান্বে লৈতে মথোং মরম খঙদনা শুরু-শুরু নৈশিন্দুনা ব্রাফম অমদা পোপ অমুম্ভাই। হন্দক সনাজাওবদি হিংবগী হক ফংদ্রবা মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা চায়েংগী থোঙফম অমখক্ত মমীৎ তাঙবা মীশক অমা ওইরুবনা M.P.S.E. থাহনখিদবদুনি। মীরক তিনজবা ফংদবগী তাইসিনবা ঙমদ্রিবা থম্মোয় অদুদা ইকায়বা পীবদুদদি মহাকসু মহাক্কী পুন্সিবু লৈঙাকপবু, নোংদম্ববু পেল্লক্তে। অমুকসু খল্লকতবা নত্তে ঈমা নচানা অসিগুম্বা ফিভমদা পোকলকপদুদা নচাবু পীক্কীঙৈদুদা করিগী হাৎতোকপীরমদবনো?

সনাজাওবদু হন্দক্কী খাঙদুনা লৈবা ঙমলকত্রে। মীয়ামগী লূপ অমদি মসিগী লুচিংবা কংলৈপালগী মতেঙগা লোয়ননা পেন্দবগী খোঙজঙ চঙসিনবা হৌরে। থিঙমদ্রবা মীয়ামগী ঈহৌদা ফাথনবা কাপলকপা পুলিসকী 'টিয়ার গ্যাস'না পানবদগী শোক্লবা কংলৈপাল চৈনা খাঙদুনা তুরিঙৈ মহাকপু ফাদুনা পুখ্রে। হন্দক্কী অসিনা অহানবা থৌদোক নত্তে। কয়ারক্কী পুলিসনা ফাখিবা, ইরাং শাগৎপনি, 'টেরোরিস'নী হায়দুনা।

ঙসিদু 'জমিন'দা শৎলুই। কংলৈপালদু ফমুংদা হিপ্পী। মমানা পেন্দবা ব্রারৌবনা থল্লবা ব্রাহৈশিংগা লোয়ননা শুৎ-শুৎ কপ্পী।

- ঈমাগী ইবুংঙো! কয়ারক্লো ইমানা নঙোন্দা হায়বসি, অদুবু নঙ ঈমানা হায়বসি ইনদ্রেনে। করিগীনো নঙনা ঈমানা পামদবা থবক ঙাক্তা তৌরিবসিবু।

কংলৈপালদু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা লৈরি। মমাগী থম্মোয় শোক্লবা ব্রারৌবনা থল্লবা ব্রাহৈশিংদুদি লেপত্রি। কংলৈপালদু তৌফম

চাক্ষম খঙদে। লৈতাদ্রবা ব্রাখলদু পুবা থাংবা ঙমলকতে, "ঈমা নচাদি, ঙসি, পূক্লিং য়াম্না নুংশি। ওৎপী নৈবীরবা নচাশিংগী অব্রাবশিং য়েংবা ঙমদে। ঈমা নহাকসু মীতৈ নুপী নত্রা? মচা কায়নরবী মমা কয়াগী, শারাক তন্বীরবা মচা নীংঙোল কয়াগী মচেৎ তারবা মমা কয়াগী থম্মোয়না ফাথবা ঙমদনা তেংথা নাওইনা মপু পান্দ্রবা ইরমদম অমগীদমক কপলকপগী মীৎকী পিনা নোং ওইনা চুরিবসি নহাক্তী থম্মোয় কায়দ্রনে? মখোয়না ইরাল ময়াম পীশিন্দুনা ঐবু অরানবা লম্বীদা চৎখিনবা হোৎনরি। অদুবু ঈমা! ঐনা ইশা ঙাকথোকচববু ঈমাগী ফংফম থোকপা নীংতম্বা তানববু 'তেরোরিস'নী হায়বা তারগদি নচাগী অচুম্বদি কদায় চৎখ্রবগে? ঈমা! হন্দক্তী নচা খাঙবগী পাঙ্গল লৈত্রে।

সনাজাওবাগী মমা স্নারৈনা কংলৈপালগী মনাক্তা মখূৎ সমদুনা থিল্লকই। মায়থোং মকশিল্লবা স্নারৈগী মায়থোংদা পিরাংনা থূমহৎনা মচাগী মতৌদু উবদা নিংঙমদনা চৈনা খাঙলি। ইনম্মা নচনগী লাইবকসি ওস্থোক্লা থীনা তন্বীরমলে। ঈচাগী মতৌসে য়েংবা ঙমদ্রে। ঈচাগী মতৌ অসিদা করম্বা মমানা শোইনাইরবা মচাগী কুন্ধে করম্না য়েংবা ঙমগদগে? মমা-মচাগা অইংবীগা লোয়ননা কংলৈপালগী কাদা চঙলকপদদি কংলৈপাল লৈরমদ্রে। মোন ময়াদা থনন্নীবা পিরাংনা চোৎলবা ফাওন-চে অদুনা তাক্লী, - অরোইবা ওইনা মহাক, ঈমা লৈবাক্তীদমক চৎখ্রে। অইংবীদু মচাবু কৌদুনা কপ্লকই, "ঈমাগী ইবুংঙো! ঈমাবু কনাগা লৈহৌ হায়বনো? স্নারৈ নঙদি শোইনাইবা নচাগী অব্রাবদা পিরাং চিন্থ্রি। অদুবু ঐদি ইচা কায়নবগী অব্রাবসি ইফমদা থুংলরেনে। অসূম্না পুন্সি চুপ্পগী ঈচা উদবগী চৈনা খাঙগদবগী শরুকপুদি নঙগুম্না শোইনাইবা ঈচা করিগী ফংহনলমদ্রি। অমোৎপনা থল্লবা তুহৎ নৈহৎপীরবা ময়ামগী চৈনাশিংসি তাদনবা উদনবা, করিগী হে নোংদম্ব! নঙনা ইচাবু মমীৎ তাঙহন্বীরমদে, মনা পঙহন্বীরমদে?"

পূম্নমকসিনা মাগী মাগী অপাম্বা ওইরবসু তাইবঙগী ফজবা মশক খঙদ্রিবা সনাজাওবগী অব্রাবা য়েংবা ঙমদ্রবী মমা অদুনদি করম্বা পুন্সি অমা পান্নমগনি। অদুবু পূম্নমকতু চৈনা-চৈনাদুনা ওইহল্লকপ্রা?

# নেসনেল হায়ব্রে-৩৯

মীগা মীগগী মরক্তা খেৎনরিবা অসিবু করিনো? চেল্লীবা ঈগী মচু অসিবু অমৎতা নৎতবরা? করিসু খেন্নবা লৈতে খেন্নরিবা হায়ববু ব্রাখল্লোন অদুখক্তনি। কদায়দা মাঙখ্রবগে মীওইবগী মিনুংশি? ঐসিবু মী মান্দ্রবরনে? ঐসু মীনে নুংশিরবা ঈপা-ঈমা, ঈবুঙ-ঈপ্বা পূম্নমক থাদোক্লম্লগা তমপাক লমসিদা মীতৈ ইমুংদা মৌ অমা ওইনা লাক্লবনি। ঐ মৌ অমনি ঐসু চীংলৈবাক মচানি, মণিপুরদগী। মসিদগী হেনবা ঐগী ব্রাখল লৈতে মসি নত্তবা ঐগী অতোপ্পা ব্রাহৈ লৈতে।

হনজিনলকপা ঙৈহাক ওইরবা লৈরিকতোম্বী মমৌনুপীগী তাইনফম খঙদনা ব্রাকৎলিবা ময়ামদু তারগা খাঙদুনা লৈবগী পাঙ্গল লৈরক্তে। লেপ্পা লৈতনা সীস্থরিবা মমৌনুপীগী মীৎকী পিদু চঙশিন্দুনা তৈথোকপী। "ঈমৌদা কনানা করি অমুক হায়রমলে? হায়য়ু মখোয়দু অমুক লাক্লস্ত্রা"? অপুইনা মপী হেন্না নৌথরকই। "ঈমা ঐখোয়সিবু মীওইবা হায়বদু নত্রব্রা? করিগীনো মখোয়না মিনুংশি অসুক য়াম্না খঙদ্রিসিবু। লান অসিবু ঐনা তৌহনব্রা? ফৎত্রবা খরদুগী থৌওং অদুনা তাংখুল পূম্নমকপু য়েক্লবা ওইনা খনবদি লান্দ্রা? নত্তে ঐখোয়সিবু কনানা কনানো?

- ঈনেমগী ঈবেম্মা! ঈনেমসু করি হায়গদবনো খঙলকত্রে? লৈরিকতোম্বী, তাইবঙ থাদোকখ্রবা মচানুপাবু কৌদুনা কপলকই। "ঈমাগী হেনবা ঈচা লৈরম্লবদি ঈমানা ব্রারিবা অসি ব্রারমলোইদবনীকো। ঈচানা লাউরম্বা চীংতম অমৎতগী অপূনবা শক্তমদু ঙসিদি অকনবা শহুম অমনা হুমদোকখিগদৌরে"। মনি-মমৌদু কপমীন্নবা নত্তনা পাম্নবৈ লৈজদে। নহানদু নাগালেন্দদা মীতৈ নুপা অমগী অশিবা হকচাঙ ফংবদগী অকূপ্পা পাউ খঙদনা কাঙলূপকী ঈরাং হেন্না কনশিন্নরকপনি। মসিদগী মহৈ-মহৈ কিনবদগী পঙচেন্দা চেন্নবনি। লৈরিকতোম্বীগী মচানুপা অতোম্বা, লৈখিদ্রবা হেনবগী মনাওনুপা ইরিকখোম্বাসু উখ্রুলদা মতৈমগী খূন্দা ওজা ওইবগী লৈখিবনি মদুসু হল্লক্লনি হায়দুনা পাউ পীরকই। খুনগী নহাশিংনা নুমিদাং-নুমিদাং চঙলক্তুনা হেক-হেক কিহল্লে অদুনা

থোক্লক্লগে হায়দুনা পাউ খারকপনি। অদুনা মাবু থোকলকপা ঙাইনরম্বনি।

থোঙ্গালদা নুপা ৪/৫ চঙলকই। অপুইনানা লৌথোক্লবা ফিদাদ লাক্লীবা নুপাশিংদু ফমথদুনা, "ঈমা, ঈমাখোয় করি খন্নবীরে?" লৈরিকতোম্বী থম্মোয় শোকচিন্না, "ঈচাশা ঐখোয়সিবু কনানা কনানো? ঐখোয় মীওইবা ঙাক নত্রা? চীংতমগী মীহৌরোল নখোয় খঙলবা নত্রা?" অপুইনা খরা লাপতক লেপ্লম্বদগী তপ্না চঙশিনলকই। "ঈনাওশা ঐখোয় ইচিন-ইনাওনি হায়বদাই চীংনা ময়াম্বনি তম্না মনাওনি। মফম মরাঙ খঙদনা হৌরক্লীবা নুংশিন্দবগী লান অসে নখোয় খামজিনলুনে।"

- ইতৈমা! পূম্নমক ঐখোয়না হন্দুনতা লাকখিবনি। ঈমা! ঐখোয় লান পামদ্রবসু মীনদি লান পান্নীনে। ব্রাহৈ খূদিং গ্রেটর নাগালেন্দ, মখোয়না মফমসি থাদোক্কুনা চৎখিবদি য়াই, অদুবু ঈমাগী শক্তমবু থুগাইদুনা তোখাইবা হায়বদুদি য়ারোইদবা ব্রানি।

- অদুবু হায়বা, লানসি লৈবাক হূপ্নদি তৌদ্রিদনা নুংশিনদবগী মরুমদা তোকঙা শনদোক্কুনা, ফূরুপ অমনা ইনশিন্দুনা ঈমুং অমগী লৈকায় অমগী ব্রারীনা ইচিন-ইনাও ঐখোয়বু নুংশিনদনবা হোৎনবনি। লাক্লিবা নুপাশিংদু অশাওবা উৎলকই।

"ঈগী লৌখোঙ চেম্নবা থবকতি মখোয়না তৌবা ঙাক্কনি। লানসি তৌদবা য়াদনা ঐখোয়গী ইমাঙদা তাদুনা লৈরে। মখোয়দি অমৎতা ওইবগী ব্রাখনদি খনদে মণিপুরগী বোৰ্ডিকী লাইরিক তন্নরোই, মীতৈ ময়েক্লা থাবা বস ট্রক্লচিংবা থুগায়রকই। মসিদবু করম্বা অপূনবগী লীচৎ য়াওবগে"?

লৈরিকতোম্বী তাবগী পাঙ্গল লৈরকতে। খাঙঙুথক্কগী হৌরিবা ঐখোয় মশেল নুংশিনদবগী, মমা-লৈবাক নুংশিবা শাবা মখোয় খরাগীদমক, ব্রাজবা নত্তনা। হয়েংদি মচানুপা হল্লক্লনি মদুতং হল্লক্লবদি মফম অসি থাদোক্কুনা লক্ষিপুরদা মকুতোনগীদা চৎনবা খল্লি। চাকথুমদা রেডিও পাউ তারিবা অপুইনা হূমাং কাংই। হৌজিক্কী পাউদা এন. ঐইচ. ৩৯গী উখ্রুল হাইজিল্লমদাইদা ঈরাং শাগৎপা তাংখুল খূৎপু খরনা ইম্ফালদা থোক্লকপা বস/ট্রক খরা খামদুনা মৈ থাখ্রে অদুগা মদুদা তোংলকপশিংদগী

অয়াওবা পূম্নমকসু মুনপ্রে। পাউ অদুনা পূক্লীং লৈতাহনদে। শোম্বাঙননা কপ্লগী খোঞ্জেল অমা তারকই। চিংননা মমানা লৈরিবা কা অদুদা তপ্পা চঙশিনলি। লৈরিকতোম্বী মচাগী মমি শক্তম অদু কোল্লদুনা পূম্নমক ব্রাকৎলম্মী। "ঈমাগী হেনবা নঙ ঈমাবু ব্রারৌগনুকো নঙগী নিংশি ফুরানা মফম অসিদা থনস্রগা ঈমাসে, ঈমৌ অমদি ননাও ইরিকখোম্বা পুদুনা চৎলগে হায়না লেপলে। নখোয়দি কংলৈ ঈমাগী মতম্বাক্তা পোকপনি। অদুনা নহাকতি ঈমাগী মতম্বাক অসিদা শিবসু ফংজরে। অদুবু ঈমাদি লাইবক থিবীনীনা ঈমা মাগী মশাইগোন্দা পুন্সি চূপ্পা লেপচবা ঙমমোইদৌরমানে। নুংশিজরবা লমদমসিনদি ঐগী ব্রারী খঙলমগনি, অদুবু ঙসিগী থম্মোয় শোক্লবা ব্রারীসিমদি কনাদসু তমবীরগনু। ননাইনুপীদি নখোয়গী থৌগলবু পুন্সী চুপ্পা ফংজনীংবনি অদুবু লাইবক থিবী মপোকসিদদি তম্বীরমদ্রেনে।" থোংজিন মপান্দা লেপ্লীবা অপুইনা ময়া চিকশিন্দুনা মখোন থোকতনা কপ্লীবদু ফাজিনবা ঙম্লকতে। মমাবু কোন দুনা কপচৈ।

হৌরিবা লান অসি মীওই খরতগীনি হায়বা অপুইনা খঙই। মশাগীতা খনবা মীওই খরগী খূজিন থৌরাংদগী অপঙবা খরনা য়াদুনা লৈবাক ঈরাং হৌহনবনি। "ঈমা মিনুংশি খঙদবা মশাগী ওইজবা থিবা মীওই খরগী ব্রারীসিনা লৈবক্কী ব্রারী ওইনা ফোংনা চাউথোরকতুনা চীং-তম অনিগী মরীসি থদৎলগে খল্লব্রা? অদুগা ব্রারী অসিবু লক্ষিপুরদা তারিবা মমালৈবাক্কি ব্রারী তাদুনা নুংঙাইনা হিংলিবা কংলৈচাশিংদুদা করম্না তমলুগনি"।

অহিংদু অপুইনা তূম্বা য়াদে। ফমমেন্দা তূন্নীবা মাবু তাহন্দনা তপ্পা থোক্লক্ল অয়ূক অঙনবদা উখ্রুলগী বস অমদা মনাও ইরিকখোম্বা ওকপা লাকই। অপুইনানা তোংলিবা চীং তম ট্রেভেলনা এন. ঐচ-৩৯ দা লানদুনা লোকচাও য়ৌরকপগী অদুব্রাইদা উখ্রুলদগী থোরকপা পাম্হোইবী ট্রেভেলসবু খামদুনা চীংগী গেং খূৎপু খরনা ওৎ নৈদুনা শেনথুম মুনবদু উরে। চীংতম ট্রেভেলসু মশক খঙদবা মখোয়না খামদুনা অয়াওবা সনা লিক-কোল মুন্দুনা ফূ-চৈবা তৌরকই। অসুম য়েংলকপদা গেং খূৎপু অদুদা মাগী মবুং ইয়ারঙম য়াওবা উরকই। অপুইনা চঙশিন্দুনা গেং খূৎপু অমবু

খূৎপাক্লা থাদুনা মবুংবু কোন্দুনা কপ্লী। গেং খূৎপু অমনা চঙশিন্দুনা ইয়ারঙমদা ব্রাকৎলকই। ''বোস! ঐখোয়কী য়েক্লপা ঐখোয়কা শাওনপা অপঙবা মীতৈত্তা য়ূম পানতুনা মীতৈকী মী ওইপা মাপু করিকী কোন্দুনা কোন্দুনা কপ্পা?'' অপুইনা অশাওবনা নীংশা চাউনা হোল্লকই। মশাদু থক-থক নিক্লকই। ''ইবুং! মীতৈবু কনানা য়েক্লবনি হায়বনো, মীতৈগা ঐখোয়গা কনানা খৎনৈ হায়ব্রানে''?

- এ! মীতৈনা ঐখোয়বু উৎশিৎতেএ! ইম্ফালতা লৈবা ঐখোয়গী ফূরুপকী মীদা মখোয়না ঐখোয়বু তাংখুলনি নাগাকী মীনে হায়দুনা ওৎপীপদি নঙতি খঙতব্রা''?

- অদুদি ইবুংদি নাগা ওইদব্রা?

- ওইয়েনে। মীতৈ অপঙবগা পূনকদবগী শরুকপুদি নাগা ওইবনা ফৈয়েনে। মীতৈনকো তাংখুলপু ওৎপদু মদুদা ঐনামুক মীতৈদা লমন খুমপনিনে।

- ইবুং! মীতৈনা তাংখুলপু ওৎলি হায়বদি ইবুং খঙপ্রা?

- এ! থাংপাউনা হায়এ।

- ইবুং! ঐখোয়গী অরোনা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা লীবা ব্রারীদু কাউবরা? চীংমীগা তম্মীগা মচিন-মনাওনি। চীংনা ময়াম্বনি তম্না মনাওনি। নুংশিবী ঐগী ইম্ফালনা চিংমীশিংবু ঙাক শেল্লহৌরি ঈমুং অমৎতগী মীওইগুম অরৈ-লৈতা তাথোক তাশিন তৌনহৌরিনে। তমগী য়ূমথোঙ খূদিংগী সূমাঙদ ব্রাতোন্দা মৈ থানদুনা চীংমী মচীন মনাওশিংগী য়াইফনবগীদমক, মৈরা-মৈনম কত্তুনা খুরুমহৌবনিকো।

ইয়ারঙম মীৎতগী পি সীন্থরকপদু খাম্বা নংহৌদে। ''করি মীতৈশিংনা ঐখোয়গীদমক! এহ! অদুগা করিগী থাংপাউনা খুনকী মীদা পাউ লান্না-লান্না তমশিন্দুনা ঐখোয়বু শাউহনপ্রা''? ইয়ারঙম মখূৎনা পায়রীবা নোংমৈদুগী মমল লৈরকতে। ঈ কারবা মমিৎতা পিগী ঈরা চেল্লকই। পাম্লোইবী ট্রেভেলদগী ঈহিং নাইহিং শারবা ইরিকখোম্বানা ঈতৈমা হায়দুনা কৌরকই। তৌরমলীবা মতৌদুদা অপুইনা চেনশিন্দুনা মনাওবু কোন্দুনা কপ্পী।

নেংবোই কুকি নিংঙোলশী ইরিকখোম্বগী মতুং ইন্দুনা লাক্লবীনি। মাগীনি হায়বদা কনা লৈত্রবী মাবু ইরিকখোম্বানা পুদুনা লাক্লবনি। নোংমৈ পায়দুনা লান-লান হায়দুনা থাংগৎলম্বা ইয়ারঙম নোংমৈদু লৈবাক্তা থাদদুনা অপুইনা অমদি নেংবোই মচন অনিবু অমত্তা ওইনা কোন্দুনা চূপ্লীরি। ''ইবুংগী ইবেম্মা অপুইনা! ইবুংগী নেংবোই! নখোয় অনিনা তম্পাক্লমদা লৈহৌবী অশোনমী ঈমা অদুবু নীংথিনা থৌগল তৌদুনা কংলৈপোকপীগী ঙমখৈ নাকল অমমম ঙাক্লী হায়বা উৎলুরুকো। অদুগা নখোয় অনিনা অসিমসু তম্বীরুচো - শা চাবা মীনা শাগী ব্রাখল খনবদু ঙসিদি পূম্নমক থাদোকখ্রে। ইবুং ইয়ারঙমনা, মমা লৈবাক নুংশিবগী মিংদা তোখাইবা ব্রাখল খল্লিবা ঈরাং শাগৎলিবা অমুবা মাইখুম উপ্লীবা মখোয় খূদিংকমতা ব্রাংলবা চীংদোলদা লেপতুনা তম্পাক লমদমবু য়েংমিন্নদুনা ঈংলব নুংশিবগী পাউজেল চেনদুনা চীং-তম অনিগী মীহৌরোলবু লীহৌরি তম্বীয়ুকো। চীংগী চীংমায়দা অব্রা-পোৎলূম পুদুনা লেপ্লম্বা পাম্হোইবী ট্রেভেল অদুনা চীং-তম ট্রেভেলনা হরাও মোমোন নোক্লুনা মাগী-মাগী মায়কৈ তবখ্রসনুকো। ঙসিগী ব্রারী অসিবুসু উহৌবা পাম্হোইবী ট্রেভেল অমদি চীং-তম ট্রেভেলনা লম্বী অসিদা চৎপা লেপত্রিবা মখৈ চীং তম অনিগী মরীদি তৎতবা ওইসনুকো। চেল্লীবা বসতু ব্রেক খঙফা ফারকই। ইরিকখোম্বা মীকপ খংথোক থোকলকই। মসিগী লমবেলসি লানথোক্ল বা হোৎনবদা মিপাইবা ফাওনরবা তোংমিন্নরিবশিংনা নুংশা থীনা অশোঙবা মরকশিদা কিরুক-কিরুক য়েংনদুনা তাইবঙ মপূবু থম্মোয়নুংদা থাগোম্নজদুনা লাক্লরম্বনি। অদুগা মহাক্তি ঙাইহাক তূমথোকলুরমাল্লে মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলি।

মহৈ মহৈ মাঙলোমদা য়েংনৈ। করিগীনো হংনৈ।

- তমপাক য়ৌরে সেক্যুরিতি লৈবা হৌরে করিসু খূদোং থিররোই হায়দুনা উঙামলোইনা লাউরকই। ইরিকখোম্বা নিংসা মপী অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লগা তপ্না ফমথরকই। ''হে! এন. ঐচ-৩৯ নঙগী লম্বী অসিগী খোঙচৎতা চেঙগুম চেঙগানরিবা নঙগী নচাশিংসি করম্বা মতমদা অমুকতংদি নে-তানা চৎচবা ফংগদৌরিবা? লৈহৌরবী হে চীংশাঙপরেং! য়েংবদদি নঙশে কয়াদা ফজরিবা।'' ইরিকখোম্বাগী মীৎয়েংদগী চিংদোলদা উখিবা চর্চ অদুসু চীংদোনগী অশংবা মচুরক্ত তিনশিনখরে।

# লেম্বীগী হৌদোং

মাইবম লানঙম্বা চহি কুন থা অনি নুমীৎ তরানিথোইনি শুরে। ফম হৌদোংদা ফমই। অৱাং য়েক্লবনি, নোংচুপ খূদোংথীবনি। অনৌবা থবক পায়খৎপা য়ারে। মপোক্কী ময়িদা য়াইফব খরা য়াওরি। অচৌ অশাংগী মনাই ওইবা ফংউ হায়বা লৈ। লৈঙাকলোন্দসু খোঙদাদুনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ ওইবা ফংগনি। মী নপ্পা য়াম্না হৈগনি। মকোক থোংবা অঙম অথৌ খল্লী। পুক্লিং লৌসিং ফৈ। মহে মশিংদি হোৎনজবগী মহয় ফংগনি। লৈবাক্না শক খঙনবা মীশক অমা ওইবা ফংউ হায়বা লৈ। অৱাবা বারী তাবদা মীৎতগী পি সিন্থগল্লি।

হা .... ঐদি নখোয়গী হৌদোংদি উদেনা। লানঙম্বদু খংপ্রেক হেক খংই। অপোকলোন্দু পাদুনা লৈরিঙৈদা নাকলগী শীং ললোনবা ইমুংগী মচানুপী লেম্বীনা মনাক্তা লেপ্লম্বদুদা খঙহায় হায়দোকখিবনি। লেম্বীনা লানঙম্বদা হৌদোং উৱা হংদ্রিবনি লানঙম্বনা খুমখিবদু। লেম্বী চৎখ্রে। নাকলগী মোংশোংশিংদু কোয়য়েঙ কোয়য়েঙ য়েংল-য়েংলদুনা লানঙম্বা মপুক্লিংদা ইপা পাখৎলী। মাগী হৌদোংদু ঐনা চাথোকখ্রে হাযবা খঙখ্রবরা করিনো। কদাইদগী ঐদি হেক নোনখৎলকপদুদা মাঙদা লেপলম্বদুদদি হংসু হংলকত্রিঙৈদা খূমদোকখ্রেদনা। হাইস! তোম্বসু লৈ মৈরাসু অসিদা থবক শুরি মখোয়দদি হংদদনা ঐঙোন্দা খক্তা হংলিসিবু মাবু তশেংনা হৌদোংসি ঐনা চাথোকখ্রে খঙখ্রৱামী? অস! ওখাক হাউইকো মদুগী হৌদোংদু। ইমান্নবশিংনা হাডই-হাউই হায়দু চুম্মীনে। মাদি ইচম চম্না ঐগী চাকলুক ময়াদা তারিবা ঙা মৰু-মরাঙদু চাজগেদনা চঙজরকপনি। ঐসুনে করিদগীনো পোপ হেক থোমলুই। হৌদোং চাবসিবু মপা চুমদে হায়বসিবু অশেঙবরনে? ঐগী অপোকলোনদদি ঐগী মপোকসি ফনা ফরিবনি। অদুবু হৌজিক ফাওবা মপা ইচুম চুমদে।

লানঙম্বদু মথৱায় ৱাবা হেল্লকই। অদুবু খূৎনাং চারবা অপোকলোনদু পাবা লেপতে। হনজিন-হনজিন পারদুনা লানঙম্বা ৱাখলগী ঈপাক অমদা তাউরি।

*চৈখল*

**লেম্বীদু অমুক অশোংবা মরক্তুদা কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংলদুনা লাকলে। লানঙম্বদু মিহুন চোংবা হৌরকই। উশিন্নদবা শাদুনা হান্নগুম্না পাদুনা লৈরি।**

**- ঈতোন! হৌদোংদু থোকলকপা উবিদ্রো?**

**- হাই লেম্বী! উদেনেহে। ঙরাংদি আম্বাইশিদা উরম্বনি। চৎলো-চৎলো হেক থোকললকপগা ঈতোম্না ফারগা পীরক্কে।**

- অদো, হৌদোংদু অরাংবনেবা চাউসু চাউরবনেবা ঙরাংদু চাকসু চাখিদবনি। ঙসিসু হনজিল্লকতে।

লেম্বীদু মপী ঈরা চেল্লদনা লানঙম্বদা ব্রাকৎলকই। লানঙম্বসু হেন্না কোক সাবা হেনগৎলকই। অমুকসু নুংঙাইরক্তে লেম্বীগী মতৌ অদুদা। লানঙম্বদু হন্দকতি করিনুংগিনো হায়বদু য়ৌরে। ‘‘অস ঐসুনে কদায়দগী থোক হেক থোমলুই। হাইস লেম্বীগী হৌদোংদু ওইরমগদ্রনে ঐনা চাখ্রিবদুবু? হেরা ওইনিদা ঐসুনে লেম্বীগী হৌদোংদু অমোল্লা-লাবরা হংহৌদ্রেনে। লাবা ওইরদি নত্তেসে। ঙরাংদি ইন্দয়াগী লান্মীসু ‘কমান্দোসু শ্বাইদা লাক্রমই মদুদগা ফাখ্রবা করিনো? ফারম্বসু য়াইনে মখোয়দি অমোম হায়বসি উবা য়াদবনিনে। লাবা ওইরল্লদি..... মদুসু অমোমতা নত্তেনে লাবশিংবুসু ‘এরেস মেমো’ পীরমদনা পুখ্রগা ‘মীরেলসঙদা’দগী হেক হেক লৌবা লাকহল্লীদুনি। অতৈ লায়রি, লেম্বীনা অওইনমক্কী খঙখ্রবরা করিনো।

লানঙম্বদু ব্রাহংতনা মশা পূম্বা চোকথহল্লে। মখূৎতা পায়রিবা অপোকলোন্দুদা মমায় অমুক ওনশিল্লী। মদুদ ইরম্বা মপোক্কী ব্রাফমসিংদ চাউথোকচনা হিংলি। ময়ামদুগী মরক্তা মহাক্লা পামজবা খরগী মঙলান্দ তাউজরকই। ‘অচৌ আশাংগী মনাই ওইবা ফংউ হায়বা লৈ। লৈঙাকলোন দসু খোঙদাদুনা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবা ফংগনি। লৈবাক্লা শকখঙনবা মীশক অমা ওইবা ফংউ হায়বা লৈ। লাইরিক লাইশুদা মীথোই মীহেনগনি’’ অসিনচিংবগী মঙলান্দা।

মসিনা ফনা ওইদুনসু লানঙম্বা হৌদোং চারবদি মপা চুমদে হায়বসি খল্লুবদা অৱাবা ফাওহল্লী। মশীং খঙদবা ব্রাহং কয়ানা মশাদু তনথহল্লী। চোকথরবা হকচাংদু ফক্লাঙদুদা তপ্না ঙাথরদুনা মওন-মওন খল্লি।

চাউথোইনা 'মীখল' কারে, চাউথোইনা 'মীখল' কারে

- থারোশং পুন্সি হায়বসি অসূম্না ওইরক্লী থাজরুব্রো? হৌজিক্তী ঐনা মণিপুরগী লুচিংপুরেল ওইরেদনা চাউথোই ঐনা মণিপুরসে পাল্লেবা। হে, হন্দক ঐনা লুচিংপুরেল ওইরকপসিনরা করিনো থরো নঙসু ফজখৎলকলিএ।

- অসিবু ব্রানেনা চৎলোদা।

- ময়াম্না লুচিংপুরেল ওইবা তাননরম্নীবসিদি মসিনা ওইরেদনা মতম অমদা নঙ ঐনা তু: তু: মসিগী মকোক তাঙবা 'গান্ধী' য়েকপা মনাসিগীদমক ব্রারম্বদু হৌজিক্তি ওরো-ওরো অহিং নুংথিল নুমিদাং শুকলেপ লেপখিদরেদনা।

- ও শেন্দা মোমখাকলাই চুবদুনদি য়ারোইএ। লৈবাক্কী খুন্নাইগী খরসু খল্লু। লৈপাক মীয়াম্না নঙবু লুচিংপুরেল ওইহল্লক্লীবসি নসাগী নরন তানশিন্নবা নত্তেএ।

- হে অপঙবী কৈদৌরুনি তার্ম অনি-অহুম লুচিংপুরেল ওইননবনি হায়দুনা অরৈবা পূম্বা তিংথোকতোই শরুকপুদি তার্ম অমখক লুচিংপুরেল ওইহৌরগা লোইরে।

- ওহ! মদুনদি লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবা য়ারোইএ। মীয়ামগী খোল্লাউবু নখোয়না করি ওইনা তাগে করি ওইনা উগে? 'টিয়ার গ্যাস' খরা কাপশিন, রবর বুলেট খরা থোমজিন মদু মপী-মপা অমগী চৎনা লোনচৎ নত্তে।

- লৈবাক মীয়াম অশিনিনে ঐনা য়াম্না শাওনিংলিবসে। মহেরোইনা মহেরোইগী মথৌ তৌরকত্রে। নুপীনা নুপীগী শিনফম

খঙলকত্রে। খঙদে লৈবাকসি শেমদৌরিব্রা, থুগায়দেয়রিব্রা অমা তৌরিনে। নখোয় মৈরা পাইবীসুনিনে, য়ুমদা অঙাং ব্রাক ব্রারেতমদনা লৈগেদি হায়দ্রদনা ইরাঙ শাগৎকদবগী....।

- ওহ! য়ারে তোকও নখোয়গী নুপীবু নমথবগী ব্রা ঙাক্তা। লানঙম্বদু ফুক হৌগৎলকই। ঙৈহাকত্তং মানা মণিপুর সঙ্গীৎ নাতক বিদ্যালয়গী 'ড্রামা'দা য়াওরিঙৈদা কুমখিবা মতেক অমথক্তা তাউরুরে খল্লকই। মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলমলে। তপ্না ফমথরদুনা অপোকলোন দুদা মুন্না য়েংলদুনা ব্রাখল তৌরকই। 'অসিদা ইরিবা ঐগী লাইবক ফবসিংসে তশেংনা ঐবু ওইবা ফংগদবমক্কা? লৈঙাকলোন্দ খোঙদাদুনা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইয়ু হায়বা লৈ। মসিবু ঐনা 'ড্রামা' খূদিংদা অচৌ অশাংদতা শাই মসিদকা শকচিন্নখিদৌবা মানখ্রেদা? অচৌ অশাংগী মনাই ওইবা ফংজৌ হায়বা লৈ। মসিগী ব্রাহল্লোক অসিবু করম্বা মওংনো? ঐ হৌজিক হৌজিক হিংনবগী লানফমদা পান্দম অমগী মখা পোন্না সেক্যুরিটি গার্ড য়াওদুনা ওফিসার ক্লবতা লৈ। ওফিসারশিংগী মীনাইগুম মখোইনা তৌ হায়বদুদা তৌরি। মীনাই মনাই মসিবু ব্রাহনথোক মান্নব্রনে? অস মথোঙ খঙলকত্রেদা।

হন্দক্তী লানঙম্বদু হেন্না লূশিল্লকই। থবাক্কী মিহুনগদু খোঙজেল থুজিল্লকই। অদু ওইরবসু লানঙম্বগী মপোক্কী ইরকপ্রবা ময়িদি শোয়রোই হায়দুনা অচেৎপা থাজবা থন্ত্রী। অদুবু মরক মরক্তা অমুক অমুক পাথৎতবদি নত্তে হৌদোং চারবদি মপা চুমদে খল্লুবদা।

লানঙম্বদু ঙৈহাক উংলম্বগী থৌদোক অমা খঙনিং নিংশিংলকই। মাগী নুপী চেনবদা থোকখিবা লানদুনি। ইবেম্মা চেল্লকপগী নোংঙানবদা ফজবীনা অমুক মখোঙনা থোংনা লাকতুনা মাসু হনবা ঙম্লরোই হায়দুনা তৌরকখিবদু। ফনা চাউনা ব্রাথোক ওইখি। মশানা পামজনা চেল্লকপা ইবেম্মা অদুদি ফজবীগা লৈমীন্নবা ঙমলোই হায়দুনা ময়ুমদা হনখ্রে। মদুদগী ফজবীগা ওইনা লুহোংহৌবনি। মদুগী মতাঙদনি পাউচেদগা অব্রাই-অখূম তৌনদনগা লৈবাক ব্রাথোক ওইদনা মফম খূদিং লানঙম্বগী ব্রারীনা পোৎথা ব্রারী ওইখিবদু।

*চৈশ্বল*

**"মরাল লৈরুবদুনা নুপীদুনা মশানা মখোঙ থোংনা লাকপা ঙম্নীবনি। য়েংউনে তাতোন ঐঙোন্দা হৌজিক নুপী ৫-১০ দা লাকউ হায়রিবনি লাকউ য়ারোইনে। থবক থবকতুনা ওইরকপা ঙাক্তনিনে। ব্রাহৈশিংসি লানঙম্বগী ব্রারী ঙাক্তনি।"**

**লানঙম্বদু হন্দক্তী মকোকতু পুবা ঙম্নকত্রে। মশীং থীঙমদ্রবা ব্রাহং কয়ানা মশা পূম্বা লাঙ্গোই চনশিনলকই। "লৈবাক্লা শকখঙ মাইখঙনবা মীশক অমা ওইরক্নী হায়রিবসিবু অফবা থৌদাংদরা নত্রগা ফত্তবা থৌদাংদরা? লানঙম্বদু হেন্না মকোক সাবা হেনজিল্লকই।**

লেম্বীদু অমুক লাক্লে। লানঙম্বদু হন্দকতি নুংশা থীরে। মখূৎতা কোল অমসু পায়রকই। কপলি কপলি "ইতোন! হৌদোংদু ঙসি ফাওবা হল্লকখিদ্রে। মাগী মফম অমতং খঙলবদি নুংঙাইগদবনি। ফরে করিগুম্বা মানা লাকপা তারবসু ঐনা পুরক্লিবা চাকসে মসিদা থনম্লগে মসি চাজসনু। লেম্বী চৎখ্রে লানঙম্বদি চপ য়ুংনা লেপ্লদুনা লেম্বীগী হৌদোংগী থারম্বা চাকতুদা মুন্না য়েংলদুনা মীৎতগী পি সীন্থরি। মরাং কায়দ্রবসু অরাবা হায়ফম খঙদবা অমগা লোয়ননা সীন্থরকপা নিংঙমদবা লানঙম্বগী মীৎকী পিনা মখূৎতা পায়রিবা অপোকলোন্দুদা ইরিবা ময়েকশিংদুদি চাইখাইরক্নী। লানঙম্বা ঙসিদা ব্রাখল তারক্নী। অদুঙৈ পীক্লীঙৈদা ওজানা ক্লাসতা পারা মতেক অমা খঙদবগী ফূরকপদা কপখিবদু। পারা মতেকতু অদুম মুন্না খঙদনা লাকখিবনি। অদুবু ঙসিদি নৌহৌননা খঙলকপগুম তৌরকই।

"ব্রাখলনা নহাকপু কৈদৌঙৈদা খক কৌরকলোই। অদুগা নঙনা ব্রাখলবুসু কৈদৌঙৈদা খক ঙাইগদবা নত্তে। ব্রাখলগী মঙাল ফংনবা লম্বীদি হোৎনবা অমদি তনদবনি।"

লানঙম্বা ফূক হৌগৎলদুনা মখা তানা ব্রাখল তৌরুদনা শিন্থাগীদমক চঙলকলে। অদুবু মাদি হায়হৌদ্রে লেম্বীগী নুংশিরবা হৌদোংদু অমুক হন্না লাক্লরোই।

*চৈখ্রল*

# নিঙোল চাক্কৌবগী কৎনপোৎ

ঙসাই অয়ুক্কুগী লৌ খাওবা চৎখিবা মংলেমদু নুমীৎ চপ য়ুংখৎলকপগীদুদা কারকই। য়ুমগী সাইকংদু (দারি) হেক কাখৎলকপদা রেদিওদা ‘মেরা থাগী শনারৈ মরকশিদা ....’ হায়বা ঈশৈদুনা নিংঙোল ওইবশিং অমদি পিবা ওইবসিদা নিঙোল চাক্কৌবা য়ৌরক্লে হায়বগী মাংজৌননা পাউকৎ লাক্রমলে। লৌবুক্কুগী চরাম-চাদৎননা কারকপনি। অদুবু ঈশৈদু তারুবদা নিঙোল চাক্কৌবা নিংশিংলকতুনা মথম্মোয় মাকা লান্নকই। “ওহ নিঙোল চাক্কৌবা য়ৌরক্লুবা, হন্দক্তী ইচননুপী ইম্ফাল ওংবীদু মশক থোকপা পোৎশক অমদি তৌবা তারে। মমাঙ লৈকায়গী ইচননুপী অসিমদি নকসু নকনবনীনা থোইনা খনদে। মাদি ইম্ফাল লৈবাক অমদনিনা মীগী মমাঙদা ইকায়।” মংলেমদু মচিন্দা মরুম-মরুম শোনলদুনা ইমুংদা চঙলকই। থারিকতু চাখুমদগী চেনথোরকই। খাওবা লোইরম্নবা নত্রো? হোরেলদি ইম্ফাল ওংবীদুগা মালেমঙানবীগদু খরা চৎথোপিরুরো। কৎনপোৎ (দক্ষিনা) য়াম্বা য়ামদবা চাক চরা অমমমতং চামীন্ননবা।

মংলেম থারিক্কা ঙাঙলিবদু থোইনা থৌ-ব্রা শাদে। মহাক ব্রাখল অমদা তাউরি। ঙৈহাক তুমীন্না লৈরুরগা তপ্না হায়রকই, “থারিক! ওজা তোমপোক্কুগী চাক্কৌবা লোইবগা খাওননবা লৌ শংঙম অমগী শেন লৌশিল্লসি। মদুনা মখোয় অনিগী লাঙলসি। নঙগীসু চৎতৌরিবনিনা পোৎ চৈ লাঙদবা য়ারোই।” থারিক খুমদে নিঙোল চাক্কৌবা লাক্লে হায়দুনা মকা লান্নম্বা থারিক্কী মায়থোঙদু খঙলূক লূকথখি। মংলেম হায়ফেৎ শামিন ফংই। “করি তৌরে নপিগা অমুক তারকইদুনা।”

থারিক মপিদু তৈথোকপা হোৎনৈ অদুবু থোইনা ফজদ্রবা থারিক্কী মখূৎতুনা থম্মোয় কায়রবা মাগী নূং পাল ফূক্লা চেন্থরকপা মীৎকী পিদুদি খাম্বা ঙমদে। কপলি কপলি “ঐ চৎলোইদা অমুক হন্না ঐ চাক্কৌবা চৎলরোই। চহি অমগী মনুংদা অমুক্তা থোকপা মীতৈগী নিঙোল চাক্কৌবদা চহি অনিরোমসি ঈপাম লামদমদা লেপচবা ঙম্বগী হক ফাওবা ঐগী ইফমদা লৈত্রে। ঐ কৎনপোৎ পামদে শোল্লবী ঈমা-পাবুংদুগা চাক চরা

অমৎতং চামীন্নীংবনি। অদুবু মচন অমা লৈরি মচে অমা লৈরি কাউথোকলবা মখোয়শিংদুগী মফমদা ঐনা চাক্লৌবীয়ু হায়গদবা নত্তে। শোল্লবী ঈমাদুনদি নিঙোল চাক্লৌবা খূদিংনা লাকপদা ইঙা থাগী নোংজুগুম খুইথরবা খজাইদুদা অতৎ অখম লৈতনা পিগী ঈরা সীন্থরদুনা মচা নিঙোল ঐ লাক্কনি হায়না থোঙ্গালদা লেপতুনা ঙাইরমগনি। নিঙোল ওইবী পুম্নমকসি খ্বায়দগী লাইবক থীবীনি। য়ূম হেক পানখিবদগী পূম্নমক লমলানবীনি মখোয়গী মফমদদি।”

ঙসিদি মংলেমদু ইম্ফাল ওংবী নুংশিগা মমাঙ লৈকায় ওংবী মালেমঙানবীগদা চাক্লৌবা হায়বা লাক্লে। কাহৎলবা মংলেমগী পুন্সি খোঙচৎতা মচননুপীগী কৎনপোৎনা অমুক্কা হেন্না মৈশা পীররে।

“তাচৌ ঐখোয়গী মৌশিংসে য়াম্না উৎশিৎনদে অদুনা হযেং চাক্লৌবগী কৎনপোৎসে য়াম্বা তান্নদৌরিনি। অদুগা তাচৌ মখোয়গী মপামদা পুনবা পোৎ চৈসু য়াম্বা তান্নদৌরিনি। তাচৌগী খোঙগ্রাও ফিদক, ফুরিৎ ফিদক, ঈনম্মগী ফনেক, ফূরিৎ মদুদগী শেম, হৈজুপেৎ, য়ুবি.....। মংলেম মংলাল অমদা তাউখ্রে। অঙাওবা অমগুম মচননুপীনা মখূৎ ও-মশা ও মৌ মশেনগী বারী লীবিবদু থোইনা তাশিল্লুদে। নিঙোল চাক্লৌবগী হিদান্নবগী ব্রারী কয়াদু নাথৈদুনা মমিৎ অদুনা ঙমখে লৈত্রবা ঈপাক অমদা তাউরি - ব্রাহনথোক মাঙখ্রবা নিঙোল চাক্লৌবগী শেংলবা চৎনবী অসিবু হে হিদান্নবা, নহাক্লা মাঙহনখিবা তান্নবা। হিয়াঙগৈগী নিনী পানবা নিঙোল চাক্লৌবা য়ৌরকপদা নিঙোলশিং হরাও মথোই কানরম্বশিংদু ঙজিদি থা অসিনা লাকপদা পিরাং পিরোইনবা থা ওইববা। অরৈবা কয়ানা হরাও মীনোক তমজরবসু ঐগী থারিক্লদি মবুং মৌপ্বানা নিংশিংবিদ্রবাগুম মপাম লমদমগী ব্রাহনথোক লৈত্রবা নিঙোল চাক্লৌবদা চৎনিংবগী অপাম্বা পোক্ত্রি। অদুগা ঐগী ইচননুপী মালেমঙানবীনা চাবগা চরা হেনবগা চরা হেনবনা মশীং য়াম্নবা নোংমগী শুরুরগা চাবা মানা অমুক কপহৌই।

“তাচৌ ঐ করি পুরগা লাক্কদোইনো? নচনগী করিমত্তা পুনিংঙাই লৈত্রিএ।”

*চৈখল*

“নখোয়সু করিমত্তা পুরক্কনু ইবুংসু নখোয়দা করিমত্তা পীবা ঙমলোই। ইবুংনা পাম্বদি নুমীৎ অসিদা নখোয়না হরাও-হরাও লাক্কনা ইবুংগা চাক চরা অমভং চাম্মীনরগা নখোয়না হরাও-হরাও হনখিবদুনি।”
ৱাহৈ অসিফাওবা হায়দোকচবা ঙমদনা মংলেম অদুমক উংলক্লী। লৈকায় ওংবীদসু অদুগা ইম্ফাল ওংবীদসু। ইম্ফাল ওংবী নুংশিগী ৱারীদুসু লোইদ্রি “তাচৌ মৌ অতোনবীগীদি ‘এক্টিভা’ ওইনা তৌরক্লী হায়। অদুগা অহনগীনা ‘ৱাছিং মেছিন’ অদু তাচৌ নচনগীদি য়াম্না চাউনসু হায়রোই। মখোয়গা য়েংনবদসু চোপতবা ‘ফ্রিজ’ ওইনা তৌবীয়ুকো তাচৌ।

মংলেম খংপ্রেক খংই। হায়ফম খঙদবা অচৌবা পোৎলুম অমগী নীংশা মপীদু শাংনা হোনদোকচবা লোইদ্রি।

“তাচৌ তৌবা ঙমলোই হায়রিরো? ঐ মদুগা তৌদ্রবদি চাক্লৌবগা অমৎতা লাকওই হায়রিবসিনী।”

- হে কৈদৌবগী লাকওইদৌরিবনো? ইবুং লৈরিসিদি ইচনগী কৎনপোৎপু তৌদবা য়াব্রো? ফরে ঙন্না লাকও ইবুং চৎলগে।

মংলেম অশাবা শক্তমগুমখ্রে। মায়কৈ খূদিং মমশিল্লক্লে। মতম অসিদা থারিক্কা তান্নদুনা লৌ খাওবগী শেন খরা লৈরিবসিগা তুরেলদগী নুংজ্রেং পেকতুনা উঙাম (গাড়ি) মপোৎ অমা-অনিদগা শুরবদি পংয়াম য়াম্না ৱাৎলরোই খন্দুনা মখোয় অনি অয়ূক নুংথিল নুমিদাং খঙদনা অয়ূক্কী অঙৈংবা মরক্তা লৌ খাওবা অদুগা নুংশা থোরক্লগনা তুরেলদা কৃমদুনা নুংজ্রেং পেকপা তৌদুনা শেন তানবা হৌরক্লে।

নুংজেং লৌবা উঙামদু (গাড়ি) নহান লাক্লম্বনি। ঙসি নোংমা নিনি লৈরগা লাক্কে মপোৎ অনি অহুমদং থনম্মু হায়রম্বনি। মংলেমখোয়গীসু মপোৎ অনিদি ফারনি। নীংজবা অমগা লোয়ননা মংলেম উঙাম লাকপা ঙাইরি। অদুবু লাক্কনি হায়রম্বা নুমীৎতগী ফনা য়াম্নদি চোম্বক্লে। মংলেম য়ূমদা লৈরবসু লৈফম খঙদে তৃম্নবসু তৃমফম খঙদে। উঙাম মখোন অমতং তাবদা চেনথোকতুনা য়েংই। চাক্লৌবদি হয়েংনি ঙসিদি শোয়দনা থেঙলবসু থেঙনা লাক্লনি খনলি।

ঙসিদি নিঙোল চাক্লৌবা নুমীৎনি। নীংঙোল ওইবী কয়ানা ফজবা ফিরোল শেৎ চাদুনা মপাম লমদমদা লাকপা হৌনরে। মংলেম তৌফম চাফম খণ্ডদে। হৌজিক ফাওবা কৎনপোৎ অমত্তা লৈদ্রি। থোঙ্গালদা ফমলন্নদগী তৌফম খণ্ডলকত্রদুনা য়ূমদা চঙলকতুনা থারীক্লা অমুক তানরগা মপান্দা অমুক থোকলকই। মংলেম মীৎকী পিদি খাম্না ঙমদনা মতোমতা চেম্ভরকই। তানজা অদুদা নুংশিগা তিন্নরম্বা মেমথোইদি মপাম লমদমদা চাক্লৌবা লাক্লে। মেমথোই মংলেমদা খূদৈ অমা পীরম্মী। ‘‘তাচৌ করিমত্তা পুরকতে তাচৌগী খূদৈসিমা য়াওরি। য়ামদি য়ামদ্রে।’’

- হে শুক য়াম্নীসিদি নতাসু য়ৌরক্লনি য়ূম চঙলুরো অদুগা ঐখোয়দা অমুক লাকউ।

- হোয় তাচৌ।

মংলেম মখূৎতা পায়রিবা খূদৈদু পাউচেনা য়োম্নী। য়েংথখিবদা অথুবগী ওইনা খোংজাবী (কিদনি) অমা পামজে হায়বদু উরে। মহাক মঙাল অমা লাকলে। খূদক অদুদা ইমুংদা চঙশিলগা ফিরোল শেৎচিন্দুনা থারিক্তা কৎনপোৎ লৈরুরগে হায়রম্নগা মংলেম পাউচেদু পায়দুনা থোবক্লে।

নুংশিগা মালেমঙানবীগদু থুংলদুনা কুইনা উনখিদ্রবা মমান্নবীশিং উন্নদুনা নুংঙাইবা ব্রারী কয়া শান্নরগা অচা অথক কয়া চামীন্নরে। মতমসি থেঙজিনলক্লে থারিক অমদি মচননুপী অনিনা মবুং হল্লকপা ঙাইদুনা হৌজিক ফাওবা চাক চাদ্রি। মালেমঙানবীদু থোঙ্গাল থোকলক্তুনা য়েংলি। ‘‘ঐখোয় তাচৌসিনা আদগী লৈদ্রবসু স্বাইদগী অমা কোক লৈবা য়াবদুবু।’’ অসুম থেঙজিল্লপদুদা চাকতু চাথোকলে। হরাও-হরাও চাগদবা চাকতু মবুং য়াওদবা অদুদা মহৈ-মহৈ তুমীন-তুমীন চাকলুপ ময়াদা উংনরি। ময়াম চাক তোকপগা ক্লা হৈ চাদুনা শুমাঙদা নুংশা য়াইরগা পরেংসানা ফম্লী। থোঙ্গালদা হোরন খোংলকই! থারিক চেনথোকতুনা কোনথোং অদু হাংদোকতুনা জিপতু শুমাঙ ফাওবা থৌজিনহনলকই। ‘ফ্রিজ’ অমগা ‘উপ্’ অমগা য়াওরি। মদু মংলেমনা থারকপনি। অদুবু মংলেমদি য়াওরক্লে। লৈকায়গী নুপা খরা খোমদুনা পোৎচৈদু লৌথহৌরে। মচননুপী

মালেমঙানবী পুমঙক ঙকই। ড্রাইভরনা ফাওনচে অমসু পীরম্মই। মদু নুংশিনা ফাকতোক্কুনা পারকই।

নুংশি, মালেমঙানবী,

নখোয় অনিমক ইবুংবুদি ব্রারৌনুকো। ঙসিগী নীঙোল চাক্লৌবা নুমীৎ অসিদা ইচিন ইপ্পা হরাও-হরাও চাক চাম্মীন্নগদবসু তানজানা য়াখিদ্রে। ইবুঙনা লায়রবা মীশক ওইখিবনা চহি অমৎতা ইচনশিংগী মশক থোকপা কৎনপোৎলম অমত্তা তৌবা ঙমদে। ফ্রীজ অদুনা নুংশি নঙগী ওইরো। অদুগা উপ্ অদুনা মালেমঙানবী নঙগী ওইরো। মালেমঙানবী নঙদি নরাইবক থীরবীনে ইবুংনা নঙবু লুহোংবা ঙমখিদবনিনা নঙগীদমক অউনপোৎ করিমত্তা পীবা ঙমখিদ্রে।

ফরে ঙসিগী কৎনপোৎলমসে ইবুংনা নখোয় অনিদা পীদুনা ইবুংনা নখোয় অনিদগী য়াইফরোল নিহৌগদবু তানজানা অথুবা থবক অমগী ইবুং গুব্রাহাটি য়ৌদবা য়াদদনা চৎলে। থারিক নঙ কপলমগনু নঙদি কপ্পা কুইরক্লে। ঐ য়াম্না থুনা লাক্লী। থারিক নিঙোল চাক্লৌবনা লাকপদা নঙগীদমক নবুং নৌপ্পানা নঙগীদা লেপ্লদ্রবসু শোল্লবী ঈমা-পাবুংনদি ঐনা চৎখিবদা নখোয় থোঙ্গালদা খুইথরবা খজাইদুদা ইঙা থাগী নোংজুগুম ঈচাগী মশক উদবা কুইরে হায়দুনা নঙবু লাকপা ঙাইহৌ ইনে।

নখোয়গী মবুং

মংলেম।।

থারিক মখোন থোকচবা ঙমদনা লোনথোকতবা উজাউগুম অমমম্বা অহিংদা উজাউশিংনা অমম্বা পুম্বা মকোক থক্তা ননথরকপগী অব্রাবা খাঙনা চপ য়ুংনা লৈবগুম ঈপাক অমদা তাউরি। মালেমঙানবী মীৎকী পি খাম্বা য়ারক্তে। নুংশি মবুংবু কৌরদুনা কপ্লী, "তাচৌ নচন ঐগী অকনবা শাফু অমনা নুংঙাইরবা নুমীৎ অসিদা মীৎকী পিনা নোং ওইনা চুরেকো তাচৌ। নচনগী কাহৎলবা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা অব্রাবসি নচন্না পামজবা কৎনপোৎলম ফ্রিজ অসিনা ঈংথহনবা ঙমদ্রেনে তাচৌ"।

*চৈখল*

# সিজ-ফয়ার

য়াম্বৌরকপদা পিক্লীবা অঙাঙ অনিদু লৈরমদে অদুবু য়াইমদি অঙাং অনিদুনা লৈরমগদবা মফম খঙবনা থোইনা পাখৎপদি তৌরুদে। হিংনবগী লানফমদা খরদং শরুক য়ানবা হোৎনবদা ব্রাবনা খম থেংলবদা লংফে চৎভুনা থবক শুনিংই। অদুবু পিক্লীবা অঙাং অনিসিনা খূবৈ অমত্তা নানথোকহন্বা ঙমহন্দে। অপোকপা মমা-মপা, শাগৈ-নাতৈ লৈকায়না ঈনথোকপিরবা পূক্সিনা লৈতাফম খঙদনা হিংলি। অদুবু হন্দক্কী অঙাং য়েৎতনা নোংমগী থবক শুবা চৎপদি ঙমজরে। মসিনা মঙোন্দা খরা য়াংবগী ব্রানি খন্থরুবা মীকৃপ্তা অব্রা মৈচাক্লা হেক-হেক হুমাং কাংদবদি নত্তে।

ফমুংদগী খোঙ হেক থাংথরকপদা অকায়বা মিংশেল মনুংদা থব্রায় তানা নোক্লীবা অলবীনাগী মমি শক্তমনা লৈমাইথক্তা তাদুনা লৈরম্বদু উই। শ্বাই লাউনা, কায়রবা মিংশেলদু ফৎ ফৎ কোৎথোক্লগা মমি শক্তম পায়দুনা থব্রায়তানা য়েংলি। অকায়বা মিংশেলনা য়াৎপগী শোক্লবা খূৎশাসিংদুদগী চেন্থরক্লীবা ঈসিংদুদি মহাক খঙদবগুম তৌই। মমি শক্তম অদুদা মীৎফম হোংদে, মীৎমাঙদা থোকলকই হৌখ্রবা থৌদোকতু.....।

য়াইমা ময়ূমদগী ফিরোল নাননা থোকলকই। কৈশামপাৎতগী থোইবগী বিক্সোনি মানা পায়গদবদু। থোইবগী খূমদা ফিরোল হোংদোক্লগা রিক্সোদু থৌদোরকই। মী চোম্না তিল্লবা ইম্ফাল কৈথেলগী ময়ায়দা উরিবা মাগী-মাগী শিন্থা পাঙনরিবা কয়াবু উরগা মোমোন নোকতুনা পূক্লীংদা চাউথোকচবগা লোয়ননা রিক্সোদু থৌরক্লী।

'রিক্সো! ডি. এম. কলেজ ফাওবা চৎসি'। নাকলদগী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমনা কৌরকই।

য়াইমদু খংপ্রেক খংই। ঙসাইমখৈ তাইবঙসিদা লেংলি-ওৎলিবা থব্রায় পানবা কয়াসিগী অঙকপা ব্রাখল অমদা লৈরুবনি। ফৎ

য়েংথোক্লুবদা ব্রাং চাউরবা মশক মতৌ ফজরবী চীংমী লৈশাবী ওইরমখি। চীংমী নিঙোলদা অদুক ফজবা উখিদ্রি। য়াইমা মীৎফম হোংদে।

চীংমী লৈশাবীদু খরা শুকপা মাল্লী। অশোয়বা অমা য়াওরমলগদৌবগুম মশা পূম্বা শিন থুংনা য়েংহ্রে। ফৎ য়েংথখিবদা ফূরিৎকী কুদাম অমা নানথোক্লন্নীবদু উই। মমায়দু নাকলদা লৈথোকতুনা নানথোক্লীবা কুদাম অদা পানশিল্লি। য়াইমদি মদুবু উরুবদি তৌদে চুম্নগী লৈশাবীদুগী ফজরবা শক্তমদুনি মনা মীৎফম হোংখিদবদি। চীংমী লৈশাবীদু খংলাউ লাউরকই।

'করিনো শুকখুম খুম্নদনা মুন্না য়েংতনা লৈরদি?' য়াইমা খংপ্রেক খংই, মাগী পাউখুম পীখিদ্রি হায়বা খঙলকই।

'হোয় য়ানি'।

ঙসিদি য়াইমদু মশাদু তৌফম চাফম খঙদবগুম ইরাঙ লাঙই। মসিবু অওনবা হায়বদুরা? শারবা লৈকংলাগুমলবা মাখী পুক্লিদা অনৌবা নোং পুবা অমুবা লৈচিলগী অঈংবা লাক্লীবা। শক হায়রা পঙথী থীবদি নত্তে। মাগী, হীরম অসিগী মতাং য়ৌরকপদা চীংমী লৈশাবী অদুগী ব্রাখলদগী থাপতোকপা ঙমলকতে।

ঙসিসে নহানমখেগা ইমান-মাম্নর্দনা ইম্ফাল মনুংসি মী খরা লননা উই। য়াইমদু ঙসিদি ব্রাখল অমদনি মানা লৈরিবসি। ডি. এম. কলেজগী গার্লস হোস্টেলদা লৈখিবা লৈকায়গী মচন অনৌবীনদি শোয়দনা মতেঙ পাংগে হায়রমই। হন্দক্কী য়াইমগী মওংসিদা অনৌবীসু মতেং পাংগে হায়বসি খল্লী। য়াইমদু মী ঙাইন-ঙাইনা মঙক্তা য়াল্লিবা খূদৈদুনা মমায়গী হুমাংশিংদু তৈথোকতুনা তোম্বনা পারম্বা পাউচে চজিকতু লৌদুনা পারি। অতৈসু মাগী-মাগী হৈনবা মওংদা মতম লেন্দুনা মী ঙাইরি। পাউচেগী মকোক্ত চাউনা ইরিব নাগ্রা তাবা লম খাংখ সিজ-ফয়ার লাউথোক্রে। ইরিবা ময়েক্তু উরুবদা শ্বায় লাউই। ঈ কারবা মীৎ অদু চাউনা থারিবা ময়েক অদুদগী মীৎফম হোংঙমদে। খঙহৌদনা নাকলদগী কৌরকই 'ত্য়াইমা নত্রো'?

*চৈখল*

'এ.. অনৌবী করি হায়রে?' য়াইমদু ইক্কিং ফিংগৎলি।

'তায়াইমা! ফোঙদোকপদি হৌরে অদু মাসু খজিক্কুং খল্লকখিগে হায়। ঙসি নোংমা নীনিশিদা নুংঙাইবা পাউদু পুব্বিরক্কে''।

চৈরকসিদ নাগালেন্দনা মণিপুরগী নাগা তাবা লম্মখে নাগালেন্দগী ওইনি হাইদুনা ভারত লৈঙাকপগা লৌতুনদুনা মণিপুরদা সিজ-ফয়ার থমজিনখিবদগী খোয়শাওনরবা মীয়াম্মা পেন্দবগী খোল্লাউ লাউবা হৌরকলে। মণিপুর ঈমাগী লম মচেৎ অমৎতা পীবা য়ারোই অদুগা হকচাঙদা চেল্লীবা ঈখেংদি য়াই হায়রদুনা রেল্লি কয়া চৎতুনা য়ানিংদবা অমদি লৈঙাকপশিংদা পেনদবা কয়া লাউবা হৌরক্লে। ঈরাংসিদ মিপাইনরবা মীচম কয়া কোয়চেন চেন্নরে অদুবু অলবীনদি হল্লমলদ্রা নত্রগা লৈরমখিগদ্রা?

হৌনরুবা তৌদনা মফম কয়াদগী মীওইচা কয়ানা লাক্কুনা পোক্লফম ঈমাগীদমক মচা ঐখোয় লৈরি হায়দুনা ইম্ফালদা পূল্লপ তিল্লরে। খাঙবা ঙমদ্রবা পেন্দবনা ইম্ফাল মনুং ঈরাঙ থোকলে। লৈঙাক লোইশঙ কয়া লানদাব হৌরক্লে। জুন ১৮, লান হায়বদু ওইরে। লাকশিনবা ঙমদবা মীয়ামগী ঈহৌদা ময়াং লানমীশিংনা নোংমৈ চীনদোন ওনশিন্দুনা মপারি ১৮ না নুমীৎ অসিদা থব্রায়না পোম্থা পীখ্রে। কয়া অমনা অশোক অপন নংখ্রে। য়াইমদু মখা মায়কৈদগী মীওই কয়া লুচিংদুনা লাকপনি। মমাঙ মকতদা নোংমৈনা পাল্লবা ঈমাগী অথৌবা কয়ানা নোংমৈগী চৈনা খাঙনা-খাঙনা অরোইবা মীকৃপতুফাওবা লাউরম্বা মণিপুরগী শক্তম কায়বা য়ারোই, ঈশাদগী চেন্থরকপা ঈখেংগা শিন্নসি হায়দুনা লাউরকপদু উরগা খাঙবা ঙমদে।

ঙসিদি মণিপুরদগী সিজ-ফয়ার লৌথোকপ্লে। মতম কুইনা থন্নকপা কারফিউ অদুসু ঙসিদি পূং ৩ ফাওবা কোমথোক্লী। য়াইমদু অলবীনাগীদমক চেঙ-চাক, এঞ্জাং নাপী খরা য়োমশিন্দুনা ডি. এম. কলেজগী গার্লস হোস্টেল তম্মা লাকই। অনৌবীদু লম্বীদা থেংনৈ।

*চৈখল*

'অনৌবী কনা ঙাইরন্নীবনো? অলবীনাদি হনখ্রব্রা? ঐ নখোয়গীদমক চেঙ-চাক, এঞ্জাং-নাপী পুরক্লীবনি''।

'হন্দ্রী, তায়াইমা!' অনৌবীদু হায়ফম খঙদে। মমায়দু লুকথরদুনা, তায়াইমা! অলবীনাদু মমা অমা হায়বদু ওইদৌরে, ঙসি-হয়েং অসিদা থোক্লবা য়াই। ঐখোয় হায়ফম খঙদ্রে তায়াইমনা মতেঙ খিৎতা পাংবীরম্মু'।

থোঙ্গালদা সঙঙাকপগা মাগী নুপীগা অনৌবীবু ঙাইরম্মী। অনৌবী লাক্লবদুদা সঙঙাকপগী নুপীদু অনৌবীগা অলবীনাগী কাদা চেনশিনখি। য়াইমসু ব্রা মচেৎ অমফাও ঙাঙদনা সঙঙাকপাগা লোয়ননা চঙলক্তুনামপান্দা ফন্নী। মীকুপ খরগী তুংদা কাদগী অঙাং কপলকই। মখোয় অনিমক মীয়েং চপ মান্নে। সঙঙাকপদু মোমোন নোকলকই। অদুবু য়াইমদি ব্রাখলদু কদাইদনোমা লৈরি। অনৌবীদু চেনথোরকই।

''ফাইবোক্লী নুপী অমা নুপা অমনি। অঙাংশিগী মপাদু মখোয় খূন্দগীনি। থা মঙাগী মমাঙদ কাঙলূপকী ঈরাংদা লৈখিদবনি।''

যাইমদু ব্রাফমসিদা খোয়জংদবগুম তৌরি।

''অলবীনা কৈনোমা তৌখ্রে। মনুংদগী ইপা-পাখৎনা লাউরকই - মখোয় লোইনা চেনসিল্লি। চেনসিনখিবদা অঙাঙবা ঈখেঙগী মরক্তা অলবীনাদু অরোইবা ওইনা মমীৎ অনিদু উশিনখ্রে। কাদুদা লৈরিবা ময়ামদু কপ্পরকখি। যাইমদু অলবীনাগী মনাক্তা চঙশিনলকই। অলবীনাগী অশিবা হকচাঙগী নাকলদা কপলীবা অঙাং অনীদুবু য়েংলদুনা তপ্না ফমথবগা অঙাং অনিদুবু য়েৎ-ওই পন্নদুনা থাংগৎলকই।

কপ্পরন্নীবা ময়ামদু কপ্পা লেপ্পদুনা ঙক্লা য়াইমদা মুন্না য়েংনৈ।

য়াইমা অঙাং অনিদুবু চেজেৎ কোনশিল্লদুনা ''হে নুপা ওইবশা! নুপী ওইবীগী পুন্সিবু মাঙহনবদি নুপা ওইবা খক্তননি''। ফনা নুংশিন্নদুনসু লুহোংবগী অহিংদুমক নত্রবদি মখোয়বু শোকপীগনু। য়াইমগী মীৎকী পিনা অঙাং অনিদুদা পোপ পোপ তারি। ''হে লান! নঙ তোকলো। নঙনা ব্রাহল্লে পুম্নমকপু।''

চৈখ্‌অল

মীকৃপ খরদং পিক্লীবা অঙাঙ অনিদুবু নানথবীরদুনা কৌরকই, ‘‘ঈপাগী সিজ! ফয়ার! নমাদি চৎস্ত্রে। নখোয়না হয়েং চাউরক্লগা ঐখোয়গী ঈমা কনানো হংলকপদা ঈপানা নখোয় অনি পোকপী নমাবু শক তাকপা ঙমলোদৌরে শুপ্লগী চীংতম পোকপী কংলৈ ঈমাসি নত্তনা......।’’

থোংজিন মপান্দগী সিজ, ফয়ারনা কৌরকই, ‘‘পাবুঙ!’’ ঐখোয় লাকএ। য়াইমদু খংপ্রেক খংই মীকৃপ খরদং হৌখ্রবা থৌদোক অমদা উংলুরে খঙলকই। চেনশিনলক্লীবা মচা অনিবু য়েৎকা ওয়গনা নুংশিনা কোনবীরদুনা, লান লৈতবা তাইবঙ অমগীদমক মপুদা থৌনিজরি। সিজগা ফয়ারগা থিল্লকপী থোইদি থোঙজিল মপানদা লেপ্লী। অঙাঙ অনিদু তানজা খঙনা মপান্দা চেনথোকখি। তপয়াংব ফংদ্রবা তাইবঙ অসিদা মখোয় অনিখক কা অদুদা ব্রা মচেৎ অমফাওবা ঙাঙনদনা অচিকপগা শাগোম্নরি।



চৈখল

# সকতাক ব্রারোল

মাইবম প্রেমোজিৎ ইং কুমজা ১১/৮/১৯৮৫ থবানগী ২৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা মাইবম রনজিৎ অমদি মাইবম ওংবী প্রমো অনিগী অহানবা (নুপা অনি, নুপী অমা) ফংজবা পারিনি। তেম্না প্রাইমরি স্কুলদা অহানবা মণি নাইরিক তম্লগা কংবা পাইওনর ইংলিস স্কুলদা ক্লাস টু ফাওবা তম্লকই। অদুদগী তেম্না প্রাইমরি স্কুলদা ক্লাস থ্রি দগী ফাইব ফাওবা তম্লগা তেম্না হায় স্কুলদা ক্লাস সিক্সতগী ক্লাস টেন ফাওবা তম্লকতুনা ২০০২ দা মেট্রিক পাস তৌদুনা রাই কে কলেজদা ক্লাস টুয়েলব ফাওবা অমুক তম্লকখি।

মোয়নসিম্নোনগী বমদা নৌনা খোঙদাররক্লীবা প্রেমোজিৎ মোয়নসিম্নোনগী থৌরমসু পামজনা য়াওরকই। ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী সহিত্যগী থৌরমদগী শরুক য়ান্নবা চে তরুকলক ফংবগী মনুংদা শৈরেং অমুক, ব্রারীমচা অম্ফমক ২৩/৮/২০০৪ দগী অহানবা ওইনা শরুক য়াবা হৌরকই। মদুগীসু মথক্তা মশানা ইজবা বিল্লা মচা অমসু (মৈরা পাইবী ২/৮/২০০৫) এ আই আর গী নহারোল খোঞ্জেলদা রিডিং পার্ট লৌদুনা শনদোকখ্রে। অতোপ্পাগী ময়েক্তা মশামক আর্টিস ওইনা কয়ারক শরুক য়াখ্রে। স্কুলগী প্রোগ্রাম কয়াদসু শৈরেং খিবা, ফ্রেনসিদ্রেস, মখল-মখেল কয়াদা মনা-মথুম কয়ারক লৌরকই অমসুং থৌবাল ডিস্ট্রিক্ট রিসাইটেশন কম্পিটিশন, ককচিংনা শিনবা অমদসু ফার্স্ট তারকখ্রে।

বিল্লা-দ্রামাবু পামজরকপা অমা ওইনা Sanggit Natak Bidalaya Wangjing গী ডাইরেক্টর অমসুং রাইটর এন রাই মনিী মখাদা দ্রামা য়াওদুনা Festival অনি Competition কয়াদা শরুক যাখ্রে। ২০০২ শী জুন থাদা [illegible]মোহোনদা পাংথোকপা Competition (মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি), ২০০২ শী অগষ্ট থাদা রাংগোই দ্রামা Festival দা (লৈশিরেন নৈপুনবী), ২০০৩ গী লাংমৈদোং দ্রামা Festival দা (রাগোল নিংথৌ থৌয়াংবা) নচিংবশিং শরুক যাখ্রে। হৌজিক কলমগী নহা থৌমি অমা ওইরী। তুংগী পুন্সিদা হেন্না মায় পাকপা ওইরক্কনি হায়না থাজবা থমজরি।

মণিপুরগী পাউ চে অমদি চেফোং কয়াদা শৈরেং, ব্রারীমচা অমদি অর্টিকল কয়া নেপতনা ইরি। মশামক চীংনুংগী হরি অমসুং কবি অঙাংহল হাযরিবা এনখোলোজি অসিদসু শৈরেং হাপখ্রে। মহাক্কী অনীংবা অপাম্বা নশীসিদা মহাক্কী মমা-মপানা অচৌবা সর্পোট পীবিদুনা হৌজিক 'সহিত্য-যোকখৎ কাংলুপ তেম্না' অমদি 'কলম'গী মেম্বর ওইরি।

## কলমগী ফোঙখ্রবা লাইরিকসিং

১। [illegible] নচোম (খোমজিনবা সৈরেং) - কলম বোর্ড
২। খল্লুবনা নোক্লিংই (ব্রারীমচা) - ইহিলেন খা-জানব (ওকেন্দ্রো)
৩। অশংবী অতম্বী লাইরেম্বীগী তেংথাখোল - ব্রাংলেন খোইবী (উজ্জ্বলা)
৪। এজ দ দ্রোপ ফোল (হিস্তরিকেল) - কিনথুইজিনাং মারেম্মে
৫। মহুম (খোমজিনবা ব্রারীমচা) - কলম বোর্ড
৬। অচুম্ব নৈই (নোভেল) - এম দি রাজ খান
৭। সলাই সৈরেত (শরেং ৭/৭ কী সৈরেং) - সনাহোজবা মঙাও
৮। পিবানেন (নোভেল) - খোকচোম মঙাল (কিরন) মোইরাংচা
৯। ব্রাখলগী উচেক (ব্রারীমচা) - সোমানন্দা লৈশাংথেম
১০। ইমাদি খোংদাই পেৎলরোই (সৈরেং) - ইরোম চনু শর্মিলা
১১। রাশতুগী চৈনা (ব্রারীমচা) - রাকেস নাওরেম (কোকিল)
১২। সব্যস ওল্লবা লাল্লেন (সৈরেং) - খুন্দোংবম গুনমনি দেবী
১৩। শৈরাঙ (দ্রামা) - খোকচোম মঙাল (কিরন) মোইরাংচা
১৪। খল্লুবনা নোংক্লিংই (ব্রারীমচা -২শুবা খুৎলম) - ইহিলেন খা-জানবা (ওকেন্দ্রো)
১৫। নীরজ শরেং (সৈরেং) - হৈজ্রুজম যোয়হেম্বী (গোমতি) দেবী
১৬। মোইরাং নন্দগী সংবাদবী - নযেংবম উজবীলৈম (জমুনা)
১৭। চৈথল - মাইবম নোংইল (প্রেমোজিৎ)